PANTHUNG (Novel)
by Shamurailatpam Chaoba Sharma
Langthabal Mantrikhong,
Mayai Leikai,
Canchipur 795 003

Published by : Smt. Shamurailatpam Ongbi Jandhabee Devi
Langthabal Mantrikhong, Mayai Leikai,
Canchipur - 795 003

অহানবা ফোঙবা ঃ জুন ৭, ২০০৯, নোংমাইজিং।

কোপি মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল ঃ লুপা ৯৫/- (লুপা মরিফুতরামঙা)

মখুম ঃ থোঙাম বিরেন সিংহ

কোপি রাইট ঃ অইবা

লাইব্রিক ফংফম ঃ অইবা য়ুম।

দি টি পি ঃ এস চাওবা শর্ম্মা

ওফসেৎ ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

## কচচবা

হে! ইমা নুংশিবী!
নুংশি চাউবীনি নহাক্তি,
মালেমদা ইমাবু হেনবা লৈতে।
য়েংবদা মীৎফম হোংনিংদবী,
ইমাগী নিঙথিবী মায়থোঙনি।
নচাবু চাওনবা য়োকপদা
চরা তঙখাই তমদুনা
ফীজেৎ-ফীগায়না লৈতেংথিবিনি।
ইমাগী লমনবু করিনা শিংগনি খনবদা,
অবাবনা ইশারুক ওইরবা
তোল্লবা নচানা ইজবা
"পস্তুং" হায়না মিংথোনবা
লাইরিক মচা অসিমত্তং
ইমাগী নখুয়াদা কচচরি।

---

# পম্মুং পারুবদা

"পম্মুং" শ্রীশামুরাইলাৎপম চাওবা শর্মাগী অনীশুবা উপন্যাসকী লাইরিক্নি। অহানবা উপন্যাস অদুগী মমিংনা "ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ" হায়না মমিং-থোনবা লাইরিক্নি। লাইরিক অদু ভোল্যুম পংচাউ-চাউদবা উপন্যাসনি; অদুগা পাবা য়াবা লাইরিক অমা ওইখি। অদুগা হন্দক্কী উপন্যাস অসিগা বারীগী মখলদি অমমম্নি।

মীওইবগী পুন্সিদা তাক্কক কয়ামুক লৈ, মখোয়শিং অদুদি অঙাং ওইরিঙৈ, যৌবন, মীয়ায় চম্নকপা অমদি অহল ওইশিল্লকপগী তাক্ককশিং অসিনি। হায়রিবা তাক্ককশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী কন্নরুবদি যৌবনগী মতম অসিনি। মতম অসিদা মথোৎ কারক্নিবা শাবী-শানৌ কয়ানা পুন্সিগী খোঙলোয় থিনবা অমদি নিঙজবা, পামজবা মহাক্তুগী আশাগী মঙলান্দা তাওনবা ঙাক্নি। অদুগা অমুকস্তু মপাঙ কায়নরবা কায়নরবি কনানা অনৌবা মপাঙ থিনরকপস্তু য়াওদবা নত্তে। অস্সুম্না মানা-মানা পামজবা, নিঙজবা অশাগী পম্মুংদু ঙায়না ঙায়না হিংনবা ঙাক্নি।

গোবিন অমস্সুং রাধামনি পাখঙ-লৈশাবী ফাদ্রিঙৈদা রাধাগী মমা থম্বাল্সনানা শিল্লক্তুনা জগোয় অমা শান্নখি; মদুদা মখোয় অনী রাধা-কৃষ্ণ শামিন্নখি। অদুবু থোয়দোক্লা হেক্তিনবা বাখন্দি লৈনখিদে। মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না মখোয় অনী পাখঙ-লৈশাবী ফানরক্নে; মতমসিদা নোংমা সন্ধ্যাবাইরম অমদা গোবিন্না মাগী স্কুটর অদুদা মাগী পুঙদুগা, পোৎয়োম অমগা য়ানশিল্লগা হল্লকই; মহাক শৈফম অমগী পুঙ য়ৈবা চৎলুবনি। ফীভম অমদগী সড়ক্কী মতাইদা চৎলম্বী লৈশাবী অমগী মরেঙবান্দা য়াম্লিবা বেগতু মাগী স্কুটর সাইড গ্লাসনা কোৎলগা চেম্লক্লে। মহাক্না খজিক্তং হেন্দোক্লগা গাড়ীদু খাম্লগা চঙশিল্লুবদা রাধামনিগা নৌহৌননা অমুক থেংনখি। ঙাইহাক বারী-বাতায় শানরগা ময়ুমদা হন্নখিবদা রাধামনিগী বেগতুদি গৌবিন্দগী গাড়ীদা অদুম্মক য়ান্দুনা চৎখ্রে; মখোয় অনীমক্না খঙহৌদ্রে।

নোং-ঙাল্লগা রাধামনি মথন্তা গোবিনগী ময়ুমদা বেগতু লৌবা লাকই। অন্থম্না বেগ অসিগী মপান্দগী মবাম্লিগী থম্মোয়গী ওইবা মরী শাগৎনরকই। অদুবু ফোংদোক্তবা নুংশিবা কয়াদা লাইবক থীখ্রবা! খন্না-খন্না, নিঙনা-নিঙনা লম্ফেফনবা বাখল অমদগী নৌনা খণ্ডনবদা ঙায়রিবা জগোয় শাবী (রেবিকা) নুপী অমা গোবিন্না চেনশিন্নকখি। রাধামনিগী শাগৎলুবা আশা মহাম তাখি। মহাকস্থু হান্না মশক-মশা খণ্ডনদবা নুপা অমদা লুহোংখি। অদুবু, নুপা অদুদি লুহোংবা নুমিৎকী অহিংদুমক্তদা মহাক্কা লৈমিন্নদ্রিঙৈদা সংসারদগী বিদায় লৌখি; মতুঙদা মহাক মপামদা হন্নক্তুনা লৈরখি। রাধা, মৌগী মিংথোলদি ফংলে, অদুবু লৈশাবীনি।

সোমদা গোবিনস্থু জগোয়শাবী রেবিকাগা পান্নদুনা মচানুপা অমা পোক্লবা মতুঙদা মখোয় অনী থোইদোক্লা খৎন-শাওনবা তৌনদনা গোবিন রেবিকাগা কায়নখি। রেবিকাস্থু নুংশিরবা মচানুপাদু হুন্দোক্লম্লগা অমেরিকান অমগী মতুঙ ইন্দুনা অমেরিকা য়ৌখ্রে। হৌজিক করম্বা পম্থুং অমা অমুক লৈরিবা উপন্যাস অসি পাবিরগা খঙবিগনি।

“পম্থুং” পাবা য়ারবা পংচাউ-চাউদবা পুঙ, ঈশৈ অমদি জগোয়দা য়ুমফম ওইবা ঐজ্ঞাগী অনৌবা মথলগী খুৎইনি।

ঐজ্ঞা চাওবনা নুপীগী চরিত্র থারকপদা অপাকগী মমীত্তা শঙ-শঙ উহল্লি; তৌদ-তৌরমগদবেই খল্লি। মসিগী থোইদোকপা গুণ অমা মঙোন্দা য়াওই। ঐজ্ঞাগী উপন্যাস অসি প্লোট মচা-মচা কয়ামরুস্না য়োম্লগা শেম্বনি। মসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং অসিগী বারী শমজিন্নবদা খজিক্তং নানবা বাৎপা নত্তনা “পম্থুং” পাবা য়ারবা উপন্যাস অমনি।

বীরেন হৈথস্বা।

তাং ৭/৭/২০০৮

এপ্রুভ লিরিসিষ্ট, এ-আই-আর, ইম্ফাল।

কোংবা নান্দেকম লৈকায়, ইম্ফাল।

M.

# বাহৈ খরদং

হন্দক ফোঙজরিবা উপন্যাস অসিগা থানা ঐগী লাইরিকসি অহুম শুখ্রে। অহানবগী লাইরিক অদুদি ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক্নি।

হৌজিক্কী মতমদা বারী লাইরিকনচিংবসি মেটিরিয়েলিজমদা নত্রগা ফিক্সন্দা বেজ তৌরগা ইবনা অয়াম্বনি। মদু পুং ইশৈদা বেজ তৌবদি য়াদত্রা; পাখং লৈশাবী স্পিরিচুয়েল ওইনা নুশিনবদি কমদৌহৈ; হায়বা বাহং অমা ঐগী পুক্নিংদা ফাওরকখি। খুদক অদুদা ঐঙোন্দা উপন্যস অসি ইনিংবগী ঈহুন তমখি; খুৎ হেক থাবদি ঙমখিদে। অতোপ্পা অমনা, বারী লাইরিক নৎত্রগা উপন্যাস অমা ইবসি পুক্নিংনদি ইগে মথনবা, হেক ইবদি ময়াদবা থবক্নি। অদু ওইদুনসু ঙসিদি উপন্যস অসি ইবা লৌইরদুনা মীয়ামগী মমাংদা পুখোকচরে।

থবক অমা তৌরবদি মদুগী ফল অমা শোয়দনা লৈগনি, ফলদু ফবা/ ফত্তবা অমসুং মতম ঙনবা/থেঙবগী বাফম্না অমনি। হৌজিক মতমগী মীশিংসি থবক্কী ফল ঙাইঙমদবগুম তৌবি। লাইরিক অসিবু ওইরক্নবা হোৎনবদা স্পিরিচুয়েলিজম দরকার লৈবদগী ধর্ম্মগী বারী বাতায় অমসুং বাহৈ-বাতা খরা শিজিন্নখ্রে। অদুনা লাইরিক অসি পাবিরকপদা পেন্দবা কয়ামরুম থেংনবিরকপা য়াই, মদু অইবগী শরুকনি। লাইরিক অসি ইরকপদা ঐগী ইনাও, বীরেন হৈথম্বা, এ-আই-আর ইম্ফালগী ঈশৈগী লিরিসিষ্ট অমা ওইবিরিবনা পাংবিরকপা মতেঙবু লাইরিক অসি মীয়াম মমাঙদা ফোঙবা ঙমজবসিনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

চাওবা শর্ম্মা

# পান্থুং

## ১

ওঝা তোমান কৈশামথোংদগীনি, চহীনা ৪০মুক্কী লোম্নি; শিনফম্মা পুঙ য়েবনি। ওঝাগী খোঙ কারন থাংলগা খোঙদোম্না লৈবাক্তা শিং-শিক্তুনা, মাঙ-তুংগী খেন্নবা লৈতবা পুঙগী চোলোম অদুদি ওখেৎল্লা ফজখ্রে। অসিদম্সু নত্তে, পুঙ য়েনা-য়েনা ফমশিং চৎলগা মগুলি অদু লৈনা-লৈনা কৌইবদুস্সু অঙকপা ফংনা ফজে। মরম অসিদগী মীয়াম্না মহাকপু তোমান অপায়বী হায়রগা খঙনৈ; মমিং হায়রপ চৎলি। মহাক্কী অতৈ গুণ খরদি জগোয়, যগশেনবা, গৌরলিলানচিংবা তম্বিবা ওম্বসিনি। মহাক লাই-তীনগী বারী-বাতায় অয়াম্বা খঙই, ঙাংথোক-শক্তোরকপদা মীনা তানিঙই অমসুং থাজে। মহাক্কী অঙাংদি নুপী অমগা নুপা অমগদনি; নুপীনা অহম্নি; মমিংনা ইবেম্চল অমসুং গোবিন কৌই; থোইনা শকথী-শকওই ওইদে।

গোবিন্না চহী ৩/৪ শুরকপা মতমদা, নোংমা নুমিদাংগী পুং ৯ মুক তাবা অদুবাইদা গোবিনগী মমা সখী, ডাইরিয়াগী লায়না অমা হৌরকখি। তোমান্না থোইনা লুনা খক্লুদবা অমদি নুমিদাং ওইবদুদা হোসপিটালদা পুখৎনবগী থৌরাঙ তৌদনা মখোয়গী লৈকায়দা লৈবা কম্পাউণ্ডর অমদা তানরুবদা কম্পাউণ্ডর অদুনা মঙোন্দা হীদাক খরা পীরকখি। হীদাক্তু পীজরুবদগী অনাবদু হেক্তিল্লক্তুনা অহিঙ অথেঙবদা সখী ডাক্তরখানাদা পুখৎলম্মী। মফমদুদা ড্যুটি তাদুনা লৈরম্বিবা ডাক্তরদুনা অনাবগী হিষ্টোরি লৌরবা মতুঙদা হীদাক খরা ইরগা "হীদাকশিংসি কোর্স অসিমা চাবিয়ু, করিশু তৌরোই; অদুগা হান্না চাখ্রিবা হীদাকসিদি ওম্নখ্রে" হায়রকখি। বাফম্দু তাবদা তোমান, তুংদা করি থোক্লগবা

খনবদা মথবায় নুংঙাইখিদে। ডাক্তরনা হায়গুম্মদনা নুমিৎ ২/৩গী মতুংডা করিস্সু তৌরক্তনা অনাবদু ফখ্রে; মতমদুদা হীদাক ওম্নখিবগী বাফমদুস্সু কাউনখ্রে। অদুবু চহী খরগী মতুংডা সখী চাকখাওগী লায়না নারক্লে। মপুরোইবনা ফলস্সু লায়েংই; ইফ-ফগত্তে। অচম্বা চিঞ্জাক খরা নত্তনা অতৈ চিঞ্জাক চাবা য়াদনা লৈরকপা চহী য়াম্লক্লে।

ওঝাগী শঙ্গায় অদু খা-বাং যৈনা শাবা কা-অহুমগী য়ুমনি; মনিঙ থংবা শরুক্তনা য়ুমগা তাইননা চাকশঙ অমা লৈ। য়ুমগী ময়ুং ইম্না ফুট ১৪/১৫ মুক পাকপা মাঙ্গোল অমা লৈ। অবাং থংবা কা-অদুগী মপাদা, মাঙ্গোন্দুদা ড্রেইং-রুম অমস্সু লৈরি। শুমাঙ্গী অবাংথংবদা তোংতক তৌবা, অবাং শঙ্গোয় অমা শাবা য়াবা য়ুমফম অমা, মদুদনা মতম-মতমগী ওইবা এন্ছাং-নাপীশিংনা মকালাম্না হৌরি। অসিদস্সু নত্তে মমাঙ শঙ্গোয়, মখা শঙ্গোয়স্সু লৈ। মমাঙ শঙ্গোয়গী ফক্লাং অদু মহাভারতকী লান্দা অর্জ্জুনা লাল তৌজররোই হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা গাণ্ডিবা লীরুং থাদোক্লগা মখুৎ লোম্নদুনা হায়জবা, বিষ্ণুপ্রিয়ানা তুম্লিঙেদা প্রভুনা লোম্না ময়ুমদগী থোরকপা, কংসনা দেবকীগী মচা নুংপাক্তা হায়হত্তুনা হাৎপা, বসুদেবনা পোকপদা ঙাইরিবা মচাবু গোকুলদা থৈনবগীদমক্তা যমুনা তুরেল লানবা, রাবন্না লৌনম তৌদুনা সিতাবু ফারগা পুরকপগী লম্বীদা জটায়ু থেংনদুনা লান শোক্নবদা রাবন্না ঙমদুনা জটায়ুগী মশা ককখিবা অসিনচিংবা লাইশিংনা লৈতেংলি। মমাঙ শঙ্গোয় অদুগী অবাংদা ফুট ১০ মুক পাকপা মৈইন-রোডকা শম্নবা লম্বী অমা লৈ; মদুনা য়ুমজঙ লম্বীনি। শুমাঙ-থেলোং তরু-তনাক্লি; হেক চঙলকপদা শুমাঙ ময়ায়দা লৈরিবা চবুতোড়াদুদা মকালাম্না হৌরিবা তুলসী পাম্বী অদুনস্সু য়ুমদবু রাশি লৈহল্লি। য়ুমলৈ-কৈরে অদুনা য়ুম্বু অদু মশা নানবা মীওই অমা ওইরমগনি হায়বসি তাকচরি। ওঝাগীদি শিনফম্না য়াদবনা কৌনা ফকসি মরাঙ খরা কায়রে। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা অঙাং খরা পুঙ তম্বিরি। পুঙ তম্বদুদা মচানুপা গোবিনস্সু য়াওহল্লি; লোয়ননা স্কুলগী

লাইরিকস্তু তমহল্লি। অয়ুক্তা অঙাংশিংদু মানা-মানা তোংলিবা সাইকল অদুদা পুঙ-অমমম য়ানশিল্লগা ওঝাগী ময়ুমদা লাকই। ওঝাগী ময়ুম য়ৌরক্লগা সাইকলশিং অদু মফম চানা-চানা থল্লগা শুমাঙ-থেলোং, শঙ্গোয়নচিংবদু তরু-তনাম্না শিত্তোক-শেংদোকই। মখোয়না লাঙনবদু তারদুনা ওঝা থোরক্লবদা ওঝাদা ভক্তি কৎলি; মসি নোংমতগী নত্তো। অতোপ্পা অমনা অঙাংশিংদুগী মরক্তগী রামানন্দা কৌবা অমগা, ওঝাগী মচানুপা গোবিনগনা অঙাং অতৈদুদগী হৈথোই-শিংথোইবা হেল্লি।

## ২

নোংমগী অয়ুক্তা ওঝা তোমাম্না অঙাংশিংদু পুঙ-তম্বিরিঙৈদা চহী ৩০মুক্কী লোনগা ওইগদবী মৌ-নহা ২খক চঙলকই। মখোয়গী অনী মরক্তা অমদি থম্বালসনানি; তোমাম্না মশক খঙই। মতাঙদু ওঝাদি পুঙ য়ৈরগা অঙাংশিংদু তম্বিদুনা লৈবা তাঞ্জা ওইবনা মখোয়বু উরবস্তু কৌবগী মহুত্তা মঙক ইল্লগা মাঙ্গোন্দা ফস্লুনবা খঙহল্লকই। মখোয় অনীদু মাঙ্গোল্লোমদা চৎখিদুনা ফক অমদা ফমখ্রে। তোমানস্তু নুমিত্তুগী অঙাংশিংদু তম্বিবা লৌইরদুনা ছুটি থাদোকখ্রে। মচানুপাদা মাগী পুঙদু পুশিল্লক্লবা হায়রল্লগা মহাক মাঙ্গোল্লোমদা চঙলকই। ফম্মেন্দা থারিবা ফত্তুদা হেক ফমথবগা নুপী অনীদু হৌগৎলক্তুনা ওঝাদা ভক্তি কৎলি; অদুগা অমুক মফমদা হঞ্জিল্লগা ফমখ্রে। মথঙদা ওঝানা মখোয়না মাগীদা লাকপগী মরম হংলকই। থম্বালসনাগা লাকমিন্নরিবী নুপী অদুনা মখোয়গী লৈকায়দুদা জগোয় রাস অমা কৎনবা খন্নরি। মহাকপু (তোমানবু) জগোয়দু তম্বিনবা হায়জবা লাকপনি খুম্মী। মখোয়গী বাদু তারগা তোমাম্না, "কনা-কনা কমদৌগদৌরিবা" হংলকই; থম্বালসনানা মোমোন তৌরগা মানা মকোক চিংলগা, মচানুপীদুনা থৌরাণী অমস্তুং মহাক্কী (তোমানগী) মচানুপা অদুনা কৃষ্ণ শানবা খন্নজরি। তাবদা তোমাম্না ফরে জগোয়স্তু তম্বিরগে, মচাস্তু

পুথোক্লগে, মখা তাবদি মঙোন্দা হায়রক্লনু হায়রক্রে। অচুম্বনি, অসিগুম্বা লিলাসি অমত্তং কৎননবা হোৎনবদা য়াওগদৌরিবা নায়কনায়িকাশিংদু শেন-থুমগী নত্তনা মখোয়গী ইমুঙ মনুঙগী বাখলগী মখাস্তু য়াম্না পোল্লি। অমুকস্তু, থবক অদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা থবায় য়াওবা খোঙবান (মীওই) খরস্তু দরকার ওই। মরম অদুনা বাফমদু মঙোন্দা তানরমদবগী মরৌলৈবা বাঙাংদু তাবদা থম্বালসনানা মী-শুম্বী মীনোক অমগা লোয়ননা পুন্নমক্তু ময়াম্না মাবু খরা চৎলুসো হায়বদগী লাকচবনি, মাবু নুংশিবিদুনা শোয়দনবা খরা শিনবিয়ু। মবুংমক্লি, য়াবিরক্কনি খনবদগী মানস্তু খরা চাওথোকচরুরে হায়রক্রে। থম্বালসনাগী নুংশিবিয়ু হায়বা নাউশুম ঈশৈদু তাবদা তোমান্দু খরা ঈংথরদুনা "কমদৌনি নুংশিবীয়ু হায়রবনিনা হোৎনবা তারেদনা" খুম্লক্রে। থম্বালসনা অমুকস্তু নোৎশিল্লকই, "অদু অদা থিবিরনু তাইবুংঙো। ঐস্তু লৈদুনা তৌজবা নৎচদে; হন্দক্কীসে ঐগী দষা লাংফম ফত্তবা পুন্নমক কোকচরগে খন্দুনা তৌজবনি।" মদু তাবদগী তোমান্না মাবুদি জগোয়দু তম্বিরগে; থবক্তুদি য়াম্না চাওবা থবক্লি তহা-তহা তৌগনু হায়রকই। তাবদা থম্বালসনাদু মায়থোং মকালাম্না থাগাৎ বাহৈগা লোয়ননা তোমানবু ভক্তি কৎলম্লগা মখোয় অনী চৎখ্রে।

মখোয়না চৎখিবদু তোমান্না মমীৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈরি। শঙ্গোয় মচিন য়ৌরকপা অদুবায়দা থম্বালসনানা তুং-হম্না য়েংথোক্লুবদা তোমান্না মাবু য়েংদুনা লৈরম্বদুগা মীৎচানরুরে। মহাক মীৎয়েংদু খাঙবা ঙমদবদগী হুৎ-লৈথোক্লগা খোঙথাং খরা কনখৎলি; মশানা মশাবু কাওজখি। মাগী মতৌদুদা চৎমিন্নরিবীদুনা তোমান্না মাবু তান্নরক্লবরা হংই। "কেস্তু তৌদে হিংচাবী। নংদি করিগী প্রপ-প্রপ চৎলি?" কুইদে, তোমানগী মীৎয়েংদুস্তু শঙ্গোয়গী ফক্লাংনা খক্তিনখ্রে।

থম্বালসনাগী মনেম-মকু লৈখিদবা কুইরে। মরাইবক্না থীরিবস্তু মচানুপী অদুনা চহি ৫মুক শুরকপা অদুবাইদা মাগী মপুরোইবদু নোংমা ওফিস কাবদা এক্সিডেন্ট থোকপদগী লৈখিদ্রবনি। ডাই-ইন-হারনেসতা থবক চঙদকস্তু, মচানগা পীক্লিবনে, মানগা লাইরিক-লাইশু কয়া পাঙদবনে মদুমস্তু হোৎনখিদ্রে। হৌজিক

মানা হিংলিবসি মাশানা শুজ-নোমজবগা, মপুরৈইবগী পেন্সন্দুগনা মমা-মচাদং তরু-তনান পাঙ্গরিবী ইমুঙনি। অদু ওইদুনম্ভু মহাক্কী পূক্নিং তঙদু-লৈতাবদি ওইদ্রি; অবাৎপা অমদি লৈরি।

খরা লৈরগা তোমান্না নুপী-অঙাংশিংদু জগোয় তম্বিবা হৌখ্রে। জগোয়গী অহানবা তাক্তদি থম্বালসনাদু রিক্রুইটমেন্ট ওফিসারগী মমাংদা কেন্দিদেটনা তরঙ চৎপগুম তান-মেন ইচা-চাখিদে; কদোম থোক্লগবা খনবদা তোমানগী মথবায়দু ইরৈই মচীদা থৈইদিং থম্বগুমখি। অদুবু জগোয় অদু কৎপা নুমিত্রুদদি ঈশ্বরগী কৃপাদগী থোয়দোকপা অশোয়-অঙাম য়াওখিদে।

## ৩

মতম হায়বসি খঙহৌদে, গোবিন বিঃ-এঃ পাস তৌখ্রে। অদুগা নট-সঙ্কীর্ত্তনগী পুঙ তত্তনা য়ৈরকপনা নট-ঈশৈ পুন্নমকস্তু অয়াম্বনা ফারে। মহাক বি-এ পাস তৌরবা মতুঙ চহী ২/৩ সরকারগী থবক ফংদদুনা লৈখি। হায়রিবা মতমসিদা মহাক নট-সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈশিংস্তু লোইনা তমখ্রে; মতমস্তু ঈচঙ-চঙখিদে। হৌজিক মহাক য়ৈবা-শকপা অনীমক ফজনা ঙমলে; মখোল-মবাস্তু চৎনবা অদুম য়াই। মহাকসি অহল-লমম্না ঙাংবা-শকপদা হুৎ-ফেৎ তৌগনবা, ওইহাক-ওইহাক্কী ঙাংবা মীস্তু নত্তে।

অস্তুম্না চহী ২/৩ লৈরবা মতুঙদা ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টগী এল-ডি-সিগী পোষ্ট খরা কৌরকপদা গোবিনস্তু কেন্দিডেট অমা ওইরুবদা মরাইবক ফবদগী মহাকস্তু থবক অদু খনবদা য়াওরক্রে; পোষ্টিংনা ডি-এম কলেজ ওফ সাইন্সকী এন্থ্রোপোলোজি ডিপার্টমেন্টতা তারে। মহাক মণিপুর সরকারগী চাকরী অমা ওইখ্রে। হৌজিক মহাক্কী শেন্দান লম্বীসি সরকারগী থবক, পুঙ য়ৈবা অমদি ঈশৈ শকপা অহুম অসিনি।

মানা থবক চঙলকপা নুমিৎ ২/৩ নি শুরকপা অদুবাইদা নোংমদি গোবিন্দু এস্ট্রোপোলোজিগী লেবতু য়েংনিঙদুনা চঙলুই। লেব অদুগী থোংজিন্দু কানশিল্লুবদা মাগী মীৎয়েংফমদু মীগী শরীর পোলাং অনীখক য়ান্দুনা লৈরিবা অদুদা তারুরে। মদু উবদা গোবিন্দু কি-তুক্কচ গুম খৌতক তৌই। খল্লকই, কনা-কনাগী শরীর পোলাং ওইরিগবা, নুপাগীরা নৎত্রগা নুপীগীরা, করম্বা জাতিগী শরীর ওইরিগবা, অমর ওইবা হায়বদুবু মখোয়সিরা। মীওইবা হায়বসি করিস্তু লৈতে; শদোঙ খরনা কুপশিল্লগা ফজবা-থীবা, নুংশিবা-নুংশিদবা পূল্লমক খায়রিবনিকো। শদোঙ য়াওদ্রবা শরীর পোলাং অসিদদি নুংশিবদি লায়রদনা শোল্লুগদবা হঙ্গৌইরি। মানি, শদোঙ অসি য়াওদ্রবদি খেন্নবা লৈত্রে। পূল্লমক অসি খল্লুবদা গোবিন্না শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী (৫/১৮) “আত্মা জ্ঞান ফংলবা মহাক অদুনা মহৈ হৈবা, লমচৎ ফজবা, ব্রাহ্মণ, ষণ, শামু, হুই অমস্তুং চণ্ডাল পূল্লমকপু চপ মান্ননা উবা ঙম্মী” হায়বা বাফমদু নিঙশিংলকই। অদুনদি মঙোন্দা মরূপ অমস্তুং য়েরুবা অনীগী খেন্নবা লৈত্রে। অসিগুম্বা বাখল্লোন অমা নুমিৎ অসিদা গোবিনগী থম্মোয়দা মরূ হুনখি। মহাক্কী বাখন্না অসি ওইজরবস্তু, ওঝা তোমানগী ইমুঙদু হান্নদগী ফীভম য়াম্না ফগৎলক্কুনা মারুটী কার তোংখ্রে; মচানুপী ইবেম্মলস্তু থাজখ্রে।

মীওইবগী লাইবক কনানা তম্বা ঙমগনি। চপী ১/২ লৈরগা সখী অনাবা হায়বদু ওইরক্কুনা হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদ্রে। মপুরোইবা অমদি নুংশিরবা মচাশিং অদুবু থাদোক্কল্লগা সংসারদগী f .ন লৌখ্রে। হৌজিক ইমুঙ অদুদা মপা-মচাদমক ঙাইহৌরে। মতমসিদা ওঝানা মচানুপাবু ময়ুম পালহন্নিংলবনি; অদুবু মচাগী বাখল খঙদনা নম-হাদুনা পাঙথোক্কুরগা অমত্তা ঙায়জরবা মচাদু কারল তাখিগদ্রা খনবদগী কাঙথোকপা ঙমদনা লৈরি। অমরোমদনা মচানুপাগী খঙন-চান্নবী, মশুঙ-মমান্নবী কনাগুম্বী অমা লৈরব্রা নৎত্রগা লৈত্রিব্রা হায়বদুস্তু খঙদ্রি।

## ৪

নোংমগী সন্ধ্যাবইরম্মি, চাননস্নু মমদ্রিবা। গোবিন, শৈফম অমগী পুঙ-য়েবা চৎলুবদগী হায়রিবা মতমসিদা হল্লকই। মাগী স্কুটর অদুদা পুঙ অদুনে, পোৎ ময়োম অমগা য়াশিল্লগা থৌরকই। স্নুমখোকউ হায়বদুনা কৈশামপাৎ থোং লান্থোরকপদা গাড়ী অচৌবা অমগা লম্মুক্লবদগী শোয়বা তারে খন্দুনা সড়ক্কী মতইদা মখা পাঙনা চৎলিবী লৈশাবী অমগী ওইরোমদা, রোঙ সাইডতা গোবিন্না বগাল লৌখৎলি। মদুদা লৈশাবীদুগী ওইগী মরেংবান্দা য়াল্লিবা বেগ অদু স্কুটরগী সাইড গ্লাসনা কোৎলগা চেল্লক্লে; মদু মখোয় অনীনদি খঙখিদে। স্কুটরনা হইফেৎ থেংলম্বদুদা লৈশাবীদুনা "অসঃ", গোবিন্না "সোরিঃ" খোঞ্জেন অনী অসি চপ মান্নখি। গোবিন্না গাড়ীদু খাম্লগা লৈশাবীদু শোক-পম্বা য়াওব্রা হঙ্গে চঙশিল্লুবদা লৈশাবী অদু রাধামনি ওইরম্লে। মহাক্লা "রাধা!" হায়না কৌরগা মাবু কদায় চৎলুরিবনো হংই। মসিগী মমাঙদা গোবিন অমস্নুং রাধামনি কয়ারক উনখ্রে। তৌইগুম্বস্নুং মখোয় অনী উনরকস্নু হইফেৎ-হইফেৎ য়েংনরগা তমিন-তমিন চৎনখিবা নত্তনা কৌনদুনা বারী-বাতায় শানরক্তবা মতম কুইরক্লবনি; গোবিন্না কৌবিদবসিদা মাদি মথবায় নুংঙাইত্রিবনি। অদুগুম্বা মহাক্লা "রাধা" হায়না কৌরকপদু তাবদা রাধামনিগী থম্মোয়দা হরাওজে; লোয়ননা মহাক কৈস্নু শোক্তে, ম্যুজিক কলেজদগী হল্লকপনি হায়না খুম্মী। অদুবু মফম অদুবায়দা লৈরম্বা নহারোল খরনা "গাড়ীনা থেংঙে, গাড়ীনা থেংঙে" হায়না লাওনরগা চেনশিন্নরকই। তৌরক্লিবা মওংদু উবদা মখোয়না গোবিনবু ফুবিরগদ্রা খনবদগী মহাক্লা গোবিনগী মমাঙদা চঙশিল্লগা মখুৎ তিংথোক্তুনা মঙোন্দা গাড়ীনা থেঙদে হায়রগা মীশিংদুবু থৎলি; মখোয় হেক্তিল্লকপা ঙমখিদে। মথঙদা নহাশিংদুগী মরক্তগী গোবিনবু মশক খঙবা নুপা অমনা "গোবিন্দ! নং ওইরে, লৈশাবী অসিনা কনানো? শোকনবা য়াওদ্রা?" মখোয় অনীনা পাউখুম পীদ্রিঙেদা অতোপ্পা নুপা অমনা অমুক হায়রকই, "আইঃ সিদি হোদাম লৈরক্কী থৌরাগীনে।

কৃষ্ণগা থৌরাণীগা —? থেঙ্গাইনৌ-থেঙ্গাইনৌ ঐখোয়নদি ওম্বা নত্তে৷" অচুম্বনি মহাক্কী চীঙ-লেম্বা শাজত্তুনা, পাখং অমনা মপাক্লিংদা খঙবা লৈরবস্তু মঙোন্দা বা হৌরব্বা ওম্নদে। কনাগুম্বা পাখং অঙাওবনা "ঐ হায়বিগেনে" হায়রগা মতুঙদা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লুরবস্তু মনাক য়ৌরগা হায়বা ওমদদুনা হন্দোক্করকপা ঙাক্তনি।

রাধামনিগী অতোপ্পা মমিং থৌরাণী হায়বসি খাঙ্ডুথক্কীনি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা গোবিন্দগা লোয়ননা শান্নখিবা জগোয় অদুদা মহাক য়াম্না হৈ-শিংখি; মদুদা মীয়াম্না মাবু থাগৎনখি। জগোয় অদু শান্নখ্রবগী মতুঙদা মী পুন্নমক্না মহাকপু হেক উবদা থৌরাণী/থৌরাণী-শাবী হায়না কৌবা হৌনরকখি। মদুদগী চিন্দুঙ ইন্দুনা মাগী জগোয়দু উহৌদবা মীনস্তু মাবু থৌরাণী হায়না অদুম কৌনরে।

মথঙদা নুপাদুনা মখোয় অনী অমনা অমবু কৌনদ্রা হংলকপদা অনীমক্না চপমান্ননা খুম্মী; "কয়া কৌনদে"। মখোয়না মখা তানা রাধামনিবু গোবিন্দগীদমক্তা রিজর্ভ তৌরবনি হায়রকই। হৌররেইদ্রা খল্লুরবা মরূনা মতোন চোংলকপগুম বাহৈদু রাধামনিগী মফমদা থোকখ্রে। ঈরোম্নুংদা পোম্লম্মী লৈরাং থম্বাল্না ঈমায় হেনগলাক্তুনা কোরৌ মাবু উজবা ফংবদুগা পাংখল্লি; অদুবু মরূপ মহাক্না য়েক্কবস্তু ওইরকই। মখোয়বু করেম্নরকপা বাহৈদু তাবদা গোবিন্দু মফম অদুদা লৈনিংলক্লে; খুম্মুবা য়াবস্তু নত্তে৷ মহাক মফম অদু খুদক্তা থাদোকপা পাম্নক্লে; মরম অদুনা রাধামনিদু মহাক্না লোয়ননা চৎমিন্নখ্রসি, থিনবিরম্লগে হায়রকই। অদুবু মহাকস্তু ঈকায়বদগী গোবিন্না হায়রিবদু য়ারক্তে। গোবিন্দু ঈকায়বগুম-করিগুম তৌবদগী অমুক পম্বা তৌদনা তুমিন্না অদুম চৎখ্রে। মহাক্না হেক চৎখিবগা মীশিংদুস্তু মফমদুদগী হন্দোকপা হৌনখ্রে। মতম অসিদা রাধামনি মাগী বেগতু নিঙশিংলক্তুনা মফম অদুবায়দা তুং-মাঙ লৈদুনা য়েংই; উদে। মাগী মতৌদু নুপা অমনা উরদুনা মাগী করি মাঙখ্রবগে হংলকই। রাধামনিনা

মাগী কেগতু য়াওরমদ্রে হায়না খুমই। পাউখুমদু তাবদা নুপাদুনা "চৈরকসিদা কেগতু কনানা অমুক লৌবিগ্রবা, ওইখো নংনা কেগতু মফম অমদা কাউদুনা থনম্লগা খ্বায়দা থিরিবরো?" বাহং অদুদা মহাক্না কেগতু মাগী মরেংবান্দা য়াম্লগা লাকপনি হায়রম্লগা মফম অদুদগী খোঙলে থুনা চৎখ্রে।

রাধামনিগী ময়ুমসি হোদাম লৈরক্তা চঙশিল্লগা লৈবনি; লাইরিকলাইশুদনু বি-এ পাস তৌখ্রবিনি। মহাক হৌজিক মপুঙ-মরে ফারবী লৈশাবী অমনি। মাগী কুচুদু ঙৌদ-ঙৌকনু নত্তে, মঙাল লৈনা ফজবা কুচুনি, মহাক তশেংনা ফজে। মশম অদু মুশিন মুই; করিগুম্বদা নুংশা হাইফেৎ য়ৈরবদি খোইমুগুম্না লেঙ-লেঙ চংকুম্নী। থম্বাল মীত্তা তারবী মমীক্তুনা তরু-তরু, তাথরকইবা নাতোন অদুনা লৈরিবা রাশি, হেক উবদা তাপ পায়রগা শিল্লিংবনি। মচিশ্বান্দুনা তবা-তবা, অমুনবা তয়ালগুমই। মাগী কল্লকরবা মখজাই অদুবু নাপগী লৈতেংনা অমুক্তং শোকচবা ফংলবদিকো খনবদা মীৎকুপ অমত্তং পোথাবা ফংজদ্রি। যম্লপ তাবা লেঙজুমদগী তাথরকইবা পাম্বোম্না গর্ভ লৈবী তাংজগুম, পয়থর অনীনা মমুন ফারবা হৈ-খাগোক্লা কেলাদবগী ওইবগুম নিংথিজে, মখাং চেংলপ, তুংয়ান যম্লপ, খুবাক-খুনিং অদুনা থম্বাল লৈনাগুম ঙাংলি-ঙাংলি, খুৎশা-খোংশা য়েংঙুরকনু পুম্বুম্নে। লৈকা খুদিং লৈহৌনা থম্নবা থম্বালগা পাঙথক্লরবী রাধামনিনা মতম পুম্নমক্তা গোবিনবু খঞ্জদুনা লেম্লক্লি।

সোমদা গোবিনদু ময়ুম য়ৌরদুনা মথা শঙ্গোয় অদুদা গাড়ী অদু ইনখৎলগা পুঙদু লৌথোক্কে তৌরম্বদা সাইড গ্লাসতা য়াম্লিবা কেগ অদু উরক্লে; মহাক্না মদু রাধাগী শোয়দনা ওইগনি খল্লি। ময়ুমদা থিম্নুগদকনু নুমিদাং ওইশিল্লকপদুদা নোং-ঙাম্লগা থিনবিরম্লগে খন্দুনা কেগকা পুঙগনা মরেংবান্দা নাকল-নাকল য়ানশিল্লগা পোৎ-ময়োমদুনা মখুৎনা কোল্লদুনা মাগী কাদা চঙলকই। ইমুঙ য়ৌরগা মাগী পোৎ-চৈশিংদু মফম চানা-চানা থমজিল্লি; অদুগা কেগ অদুবুনা টেবল মথক্তা অদুম থম্লগা মফি-মরোল হোংদোক্লি। মতমসিদা চাকশঙদা চাক

থোংলম্বা মপানা মচানুপা হল্লক্লে খণ্ডবদগী মনাক্তা চঙশিল্লকলগা মানা থেঙনা হল্লকপগী মরম হংলকই। গোবিন্না মমান্নবা অমা থেংনবদগী বারী. ঙাইহাক শামিন্নরক্লে হায়জিল্লি। তাবদা মপানা "ঐবু ইমৌমা লৈবন্দু নত্তা খজিক্তা ঙম্না-খোৎনা লাক্তুনা ঐগী ইতেং পাংলবগী বাদি লৈত্রেনে" হায়না মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা চাখুল্লোমদা অমুক চঙখ্রে।

গোবিন মফি-মরোল হোংদোক্লগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লুরে; অদুগা, ঙসি মঙোন্দা থারকপা পৈশাদু মশিং থীরি। তাঙ্গাসিদা মপানা চাক লৌইরে, চামিন্নরসি হায়দুনা কৌরক্লে। মপানা কৌরকপদু তাবদা মহাক্না "তারে-তারে" হায়না খুম্মী। মহাক্না পৈশা থীবদু লৌইশিল্লগা চাক চাগে চঙলকপদা মপাদি চাবা হৌরম্লে।

গোবিন, ঙসি মপানা হায়খিবা বাদুনা মাবু ময়ুম পালহল্লিঙলে হায়বা খঙই। অদুবু কনানা মাগী নুপী ওইগদৌরিবনো, মাগীদি খঙন-চান্নবী কনাম্বু লৈতে। মহাক চাকত্তু ঈকায়রপ তৌনা চাবা হৌরে। মপাদু চাক খরা চারবা মতুঙদা মচানুপাদা ঙসি মাগী পৈশা কয়াম তারকপগে হংলকই। গোবিন্না "নুপা ১২০০ মুক তারকই।" গোবিন্না চাক্তু চাকলুক তঙখায়মুক চারক্লবা মতুঙদা মপাদি চাবা লৌইরদুনা তোকখ্রে। মহাক মফি-মরোল হোংদোক্লুরগা মচানুপাগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লগা "হয়েংদি রামানন্দদো মমান্নবা অনীগা লোয়ননা মেন অমা শাগৎপা তম্বা লাক্কনি হায়রম্বনি; নংম্বু য়াওগদবনিকো। ঐ ঐজ্ঞা গৌরোগীদা ঙাইহাক অম্বুম কোয়থোক্লুখিগে" হায়রম্লগা থোকখ্রে।

ঐজ্ঞা গৌরো হায়রিবা বামোনসি তোমানগী লৈকায়দুদগী পোষ্ট মখোঙ 4/5 মখারোমদা চৎলগা লৈবনি। মহাক জ্যোতিষকী বিদ্যা হৈবা বামোন অমনি; সংস্কৃতম্বু খঙই। তোমান্না মাগীদা চৎপসি নোং-ফাদোক্কী নত্তে; মতম্বু শাংলবদি মহাক ঐজ্ঞাগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্কী পোথাফম ওইজে। মোৎ

চানরুব্বদগী মহাক্না ঐত্তাগা য়াম্না চাম্না লোয়নরক্নি; মাগী লাইগী-তীনগী থবক পূন্নমক ঐত্তানা লৌইনা তৌই।

গোবিন্দস্থ চাক চাবা লৌইরদুনা থবক-ইনখাঙ লৌইশিন্নগা মাগী কাদা চঙলকপদা টেবল মথক্তা লৈরিবা অমুবা বেগতু উরকই। মহাক্না বেগতু হাংদোক্লগা মথং-মথং য়েংবা হৌরকই, ডাইরী অমা, রুমাল অমা, নুপীগী কেনবা পোৎ-চৈ খরা নত্তনা করিস্থ থেইদোকপা য়াওরমদে। মথঙদা বেগ মনুংগী সাইড চেন অদু হাংদোক্লগা অমুক য়েংলকই; মদুদনা পৈশা খরগা, এনভেলপ মচা অমগা য়াওরম্মী। মহাক্না এনভেলপ্তু হাংদোক্লগা য়েংলুবদা মখোয় অনীগী অঙাং ওইরিঙৈগী জগোয়দা রাধা-কৃষ্ণ শাখিবগী লেঙ্গোম্নগা নমখিবা ফোটোদু য়াওরম্লে। হায়রিবা ফোটোসিগী ফুল-সাইজ অমদি রাধামনিগী কাদা তরু-তনাম্না থেৎলি। গোবিন্না ফোটো অদু য়াম্না মুন্না য়েংলগা খল্লকই, "করিগীদমক্তা অস্তুক কুইরবা ফোটো অসিবু মানা কয়াদা চেকশিন্না থাম্লিবা; নিঙশিং খুদমগী ওইবতায়।" চুম্মী, রাধামনিনা গোবিনবু কাউবা স্থুকঙম ঙমজদে। পীক্লবা পাম্বীনা নোংমা-নোংমগী চাওরক্তুনা মপাল-মউ ফারকপগুম রাধামনিগী থম্মোয়দা তাখিবা গোবিনগী নুংশি মুর্ত্তিনা নোংমা-নোংমগী ময়েক লাবা হেনগৎলক্নি; অদুবু গোবিন্নদি খঙবিদ্রি। মহাক ফোটো অদুদা ঙাইহাক য়েংলগা পোৎ-চৈশিংদু হান্নগুম মথঙ-মনাও কায়দনা হাপচিন্নগা থমখ্রে; অদুগা তূম্নবগীদমক্তা ফমুঙ চঙখ্রে।

অশোমদস্থ রাধামনি, চাক-ঈশিং চারগা তূম্নবগীদমক্তা ফমুঙদা চঙলে; তূম্বা য়াদে। থোকখ্রিবা থৌদোক্তু মমাদস্থ তমদে। খল্লকই, নোংঙাল্লগা হংলুগদ্রা নৎত্রগা মানা থিল্লকপা ঙাইগদ্রা, অদুম্না লৈরস্থ মঙোন্দা বেগতু লৈরমদ্রবদি। অদুগা থৌদোক থোকফমদা তাখিবা "রিজর্ভ" বাহে অদুনা মাগী পূক্লিংবু মীশিংদুনা খঙখ্রবরা, ঙসি মহাক্তবু খল্লিবসিনা করিগী। ফরে, হংবদদি মহঙল্লুরগে খল্লদুনা মহাক তূম্বা থেমখ্রে।

নুংশিনদ্রিঙে মতমদদি অমগা-অমগা বারী-বাতায় শানরম্বা, সিমা চাও হায়দুনা পোৎ অমা পীরম্বা করিগু খল্লমদে। পুন্নিংদা খজিক্তংবু খল্লুরবদি, মীনা উথ্রগা করি খনখিনি, মহাক কৈদৌবা লাকইনো, কৈদৌবে পীরকইনো পঙচিংদা-চিংনরক্তুনা য়েংনিংকম্নু য়েংবা ঙমদে, হায়নিংকম্নু হায়বা ঙমদে। "চাদশিন্না চখোমজাও, য়েংদশিন্না মীৎলাওবী" হায়দনা লোম্না-লোম্না য়েংনবা, বারী-মক্তা শানরকম্নু তুমিন-তুমিন ঙাক্তনি। লিম্না চিক্ত্রবা মীনা লিনগী মহ্ খঙবা হৌনদে।

## ৫

ঐজ্ঞা গৌরোদু নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চারবা মতুঙদা তুম্বম্নু ঙনমল্লি খনবদগী ড্রেইং রুমদা থারিবা সোফাদুদা ফম্নগা গীতা পাদুনা লৈরি। তোমান্না য়ৌরকপগা থোঙদু কোক-কোক থিল্লি। তাবদা ঐজ্ঞানা তোমান ওইরম্মনি খঙলদুনা "ইবুংঙো তোমানলো?" — "মাম্নি ঐজ্ঞা" — "চঙবিরকউ" হায়রগা লাইরিক্তু পায়না-পায়না হৌগক্তুনা থোঙ হাংই। মহাক্না চঙলক্লক্তুনা সোফা অমদা ফমথরগা ঐজ্ঞাদা হংলকই, "ঐজ্ঞা! পাবিরিবদুবু করি লাইরিক ওইবিরবনো?"—"গীতানি ইবুঙো।"—"ঐজ্ঞা! গীতাম্নু পাবিরি।" — "হায়য়ুনে।" — "ঙসিগী খবরদুদা মখোয় তরেৎপু সেক্যুরিটিনা কাপ্তুনা হাৎপনি হায়দুনা ফোটো অমা য়াওরকইনে ঐজ্ঞা! ঐদি মদু উরম্বদগী মী হাৎপসি তিন-কাঙ হাৎপগা মান্নরেদনা খনখ্রে। শিরিবশিংদুগী মমা-মপা অদুনা কয়াগী মতিক বারম্নগনি অমম্নুং নুপী-অঙাং লৈরম্লবদি মখোয়না ওইরম্নগদবা ফীভমদু খল্লুবদা ঐদি ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা।" তোমানগী বাদু তাবদা ঐজ্ঞা গৌরোনা খুম্লকই।

M/

— ইবুংঙো! নুংঙাইতে হায়বা নত্তনা ঐখোয়নদি করি তৌরগনি? ঙসিগী সমাজ অসিদা ওইরক্লিবা মীশি-মীনা থোক্লিবা ময়ামসি শেন্দাংনা

উমায়বীগুম বাংলা পাইনিংবদগীনি; নোংমগী মী ৩/৪দি শোয়দ্রে। অদুগা শিরিবশিংদুস্থু অয়াম্বনা চহী ২৪/২৫গী পাখং নহত্রগা মচা অমা/অনী লৈরবা, ময়ুম পাম্নবা নুপানা অয়াম্বনি; মসিগী মথক্তা মশানা মশাবু মাঙহন্জবস্থু য়াওরিবনিদো।

মান্নি ঐত্তা। হৌজিক্কী চাওখৎলে হায়রিবা সাইন্সনা মী অমত্তা শারগা পুথোক্ত্রি। মপুন্সি লোইদুনা শিগদৌরবা মীফাওবদা মতম খরদং ওইরবস্থু হিংলবদি খন্দুনা লাইয়েংনরি। অন্দুম্বা মীওইবগী পুন্সিবু খাশুথক্তা মাঙহনবসি অফবা ওইরক্লৌই।

কদায়দগী-কদায়দগী, শিনিংবা জীব কনাস্থু লৈতে।

অদুম্না মাপাঙ কায়নরবী চহী নৌরিবীশিংদুনা মখোয়গী অনৌবা মপাঙ থিরক্লৈইদ্রা?

করিগী থিরক্তনি? মদুদি লৈবাক খুত্ত্রুম শুবনি। ঐনা পারম্লিবসি মতাঙ'দুনি, শাগৈগী মৌনবু মরমচং চুম্দ্রবদি বর্ণসঙ্কর (ক্রোসব্রড) থোরক্কনি। মদুদস্থু নত্তে; মহাক্না মরম ওইদুনা কনাগুম্বী মপুরোইবগা ঈংনা-চীক্না লৈজরিবী মশুঙ-মমান্নবী অমগী মফমদা খুনু মখোঙদা শম-লৌবা হায়বদু ওইরূগদৌরিবনি।

অদুগা শিশ্রিবা পাখংশিংদুগা মপাঙ শেমগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবী লৈশাবীশিংদু অফংবা অমগা মপাঙ শেমখিবা তাবনি; মসিদা থোইনা বারৌনিঙায় লৈতে।

চুমশ্রেদা ইবুংঙো। ঐগী ফরগা লোইরে খনবদা ঐগী অমোংপদু ইশানা খঙজদ্রে; তাকপীগদবা মীদুস্থু ঐগুম্না মোৎলে; য়েংগদবা মিংশেনস্থু উফুম্না কুপখিবদগী ময়েক শেংনা উদ্রে। তৌনরিবসি, হূরানবা মশেন ঈকায়-খুম্নে হায়বদুনি।

— ঐজ্জা। হৌজিক্কী মতমদা মী পুন্নমক মৈটরিয়েল বাল্ডদা পুক্লিং লুপখ্রে। থোক্লিবা বাথোক অয়াম্বনা মৈটরিয়েলিজমগা মরী লৈনে। লৈবাক শেমগনি, লৈবাক ঙাক্কনি হায়দুনা থোরক্লিবা কাণ্ডবুস্য অহানবদা য়াম্না মাল্লম্মগা মমৈদদি মৈটরিয়েলিজমদা ওনশিল্লকই।

— ইবুংঙো তোমান! মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মহীক-মতায়শিংদু চাদনা খোইদা লেংলিবা অনোয়বা তীন্দু চারুবদগী ঙানা কংফাল য়ৌখি; মতৌ অদুম্না জীবনা অহেনবা পাম্বদগী মথবায় মাঙই।

— অদুগা ঐজ্জা। হৌজিক্কানগী অঙাংশিংসি য়াম্না শাথীবা য়াওরি। অঙাং খরদি মখোয়-মখোয়গী অপাম্বদু ফংনবা হোৎনবদা মমা-মপাদা খাঙওমদবা চৈনা পীকস্য লৈ। মচানিনা নুংশিবদগী অরৈবা মপোৎ-মরল কায়থোক্তুনা মচাগী অপাম্বদু ফংনবা হোৎনরে; মদুগী ফলনা অবাবা শঙবায়, নুংঙাইবা লাইতং ওইরকই। হিংবা ঙম্নবা হোৎনবদা মখোয়না মীনম্বা বা ঙাংলকই; মীনম্বা বা অমবু চুমহন্নবা হোৎনবদা মীনম্বা তরা ঙাংলকই হায়বসি মখোয়না খঙদে। মমৈদদি মদুনা হৈনবী ওইরক্তুনা ইমুঙদুদা নক্তনা লৈকায় ফাওবা শান্তি লৈহন্দে; মখোয়গী মরী-মতা ফাওবনা মখোয়দগী মমায় লৈথোকখিগনি অমস্যুং মরুপ-মপাঙগী মশিং হস্তুরক্কনি হায়বসি মখোয়না খঙদে। ঙাংবদদি মখোয়গী অবাবদা মতেঙ পাংবিনবা লৈকায়সিদা কনা মত্তা লৈতে হায়গনি।

— অচুম্বনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা অদুগুম্বা মীসি য়াম্না মরাঙ কায়রে, অদুনা সমাজ অসি কৈদৌঙেদস্য চাওখৎপা ঙম্লোই। মখোয়না অতোপ্পগী মপোৎ-মরল অদুদমক উগনি। মীগী মচা অফবদু মচাদা খুদম পীদুনা ঙাঙ্গনি। মদু ওইরক্নবা হোৎনবদা মীদুগী চঙথ্রিবা মতম, পাঙ্গল অমস্যুং শেন অদুবুদি মখোয়না উবিদে। মীগী মচাদি মমা-মপানা মতমচানা মমিং চনবী, লাইরিক লৈবী, চাংনাইনা স্কুল চৎলি; মদুনা অফবা ওইরকই।

সোমদনা মাগী মচাগীদি হায়রিবশিংসি অমত্তা মতমচানা তৌবিদে; মচাদুনা হায়জরবস্থু হৌজিক লৈত্রি হায়রগা তাবিদে। ফনা ফবা অঙাং ওইদুনস্থু মতমচানা মমিং চনবিদ্রবা, লাইরিক লৈবিদ্রবদি অঙাংদু স্কুল কানিঙদে। মসিবু মুম্না খস্থবিরবদি মীকোকমক থোংদ্রবস্থু অফবশিংদুগী মতুঙফাওবদি ইনবা ঙমগনি।

নহান্দো ঐনা স্থম চখোঙ্গুবদগী হজিল্লকপদা উবনি; মানা শুগেএনা শুরবদা চহী ২০মুক মঙায়। মারুটি কার অমা তোংদুনা লাক্লগা তোমচৌগী দুকান মপাদুদা খাম্লরে। মানা গাড়ীদগী কুমথরকপদনা তুং-হম্নগা য়েংবিবা নত্তে; গাড়ীগী থোঙদু মখোঙনা থক কাওরগা থিংজিনখি। মাগী মতৌদু উবদা ইতোমতা পূক্লিংদা খঞ্জখি, তৌজশারিসিবু কয়ামুক ইনাকখুনবা মচানো, মরম্না লৈবা ওইরম্লেই।

কদায়দগী বানোদা হায়রিবা চহী মতাঙদুদা মানা করি থবক তৌরগা কার লৈগদৌরিবা? করিগুম্বা ওইরম্লবস্থু মীঙোন্দগী উৎ-পাৎ তৌরগা তানবা শেম্না লৈবা ওইরমগনি।

ঐদি, মখোয়সিমুক পঙবা মী অনী শুদ্রে খল্লি। মরমদি মমা-মপাগী সম্পতি অদুবু করম্না ঙাক-শেনগনি অমস্থুং মমা-মপা অদুনা থুপখ্রবা তুংদা মহাকস্থু মপাদুগুম্বা মপা অমা ওইহৌনবা হোৎনগদবনি হায়বসি মখোয়না খন্দ্রে; খনিস্থু লোইবা মাইরকই।

চুম্মী ইবুংঙো! হায়নবা লৈখি। ভারতকী অহাম্বা প্রধান মন্ত্রী পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা নহা ওইরিঙেদা মপা ইবুংঙো মোতিলাল নেহরুদা কার অমত্তা লৈবিয়ু হায়জখি। মদুদা মপানা মচাগীদমক তোংঙান-তোংঙানবা মখলগী কার নিপান অমুক্তদা লৈবিখি। মহাক মশাবুনা কার অমত্তা থৌহনখিদে; তোংবদমক ওইখি হায়নে। নুংদা লৈরিবা বাখল্লোন

অদুদি কনানন্সু খঙ্গনুদে। মখোয়না খঙই, মহাত্মা গান্ধী চহী ১৩ শুবদা ময়ুম পানখি; লণ্ডন্দা বেরিষ্টর তম্লিঙেদা শা চাখি, য়ু থকখি অসিদনি।

— এঃ অদুগী হায়রুরদি ঐভ্ৰা। হৌজিক্কী নহারোলদি হাই-ব্রীড ওইনবা মোবাইল ফোন মেত্তুনা লৈরে।

— ইবুংঙো তোমান। মতম পম্নমক্তা ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু পল্লিংনা মাগী অপাম্বদা পুশিন্নবা হোৎনৈ। ঐখোয়গী লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগী তোংঙান-তোংঙানবা মথৌশিং লৈ। মখোয়দু মফম-মতম য়েংদনা পাঙথোক্লবদি ঐখোয় ঈকায়বা নংবা নৎত্রগা থবায় ফাওবা মাঙবন্সু য়াই। অসিগুম্বা থবকশিংসি পল্লিংনা হেক খঙ্গকপদা বুদ্ধিনা ফাথদুনা থমগদবনি। ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংসি বুদ্ধিনা ফৈ-ফত্তে খনগা তৌগদবনি। বুদ্ধিগী মপাঙ্গল শোনবদগী সমাজনা পামদবা থবক কয়া তৌরকই। ঐখোয়গী পল্লিংসি থবায়দগী হৌরকপনি; থবায় অসিবুনা আত্মা নৎত্রগা জীবাত্মা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা জীবাত্মা অসি পরমাত্মাগী (স্নুপর সৌল) অম্ব (খোম্থোক্লা অনু, অর্থনা কপ্লেন-কপ্লবা) অমগীন্সু মচেৎনি। পল্লিংগী হৌরকফম আত্মা নৎত্রগা থবায় অসি মশেক-মণ্ডাল নাইহনবা তায়; মদুতদা বুদ্ধিগী মপাঙ্গল হেনগৎলক্কনি। আত্মাবু মশেক-মণ্ডাল অমন্সুং মপাঙ্গল লৈহন্নবগী খ্বাইদগী লায়বা পাম্মেদি ঈশ্বরবু থাজবনি। কঙনা কুপ্লবা পম্রিগী ঈশিংদু কঙদু হাইদোক্লগা অরূবা ঈশিং ফংবদি য়াই; অদুবু ঈশিংদুদি কঙদুনা হান্নগুম অমুক কুপশিনখিগনি। ঐখোয়না মতম পম্নমক্তা অরূবা ঈশিং ফংনবা পম্রিদা লৈরিবা কঙদু হান্না শেংদোক্কদবনি। চপ মান্নবা পাম্বীনা হৌফম খেন্নবদগী মচিজ্ঞাক খেন্ননা ফংবনা মতীক চানা মহয় য়ানবা ঙমদে। আত্মাগী মশেক-মণ্ডাল খেন্নবনা, অফ-ফত্তা খন্দোক-খঞ্জিন তৌনবা মীওইবগী বুদ্ধিগী মপাঙ্গলন্সু খেন্নরকই। মীওইবনা মাগী-মাগী যন্নবা খনবদা তুংদা কায়রক্কদবা থবক্তু খঙন-খঙনা তৌরকই। মদুনা সমাজ অমন্সুং য়ুম্লোন-কৈরোম্নবদা অকায়বা ওইরকই।

MA

অস্থুম্না মখোয় অনী বারী শানরিঙৈদা মতম হৌখিবা খঙহৌদ্রে। কাদুদা থেৎলিবা ফল্লাঙ ঘড়ী অদুদা নুমিদাংগী পুং তরা য়েরক্নে। মদু তাবদা ঐগ্জ্যানা "ইবুংঙো তোমান। ঙসিগীদি শ্বায়দা স্থুম পোথারসিনে।" তোমানস্থু "ফগনি ঐগ্জ্যা। ঐস্থু হজ্জরগে" হায়রম্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে।

৬

নোং-ঙান্নে, রাধামনি অয়ুক্কী থবক'ইনথাং লৌইশিল্লগা মমাদা কৈশামথোং ফাওবদা চৎলুগে হায়রম্লগা গোবিনগী ময়ুমদা লাকই। মহাক্না গোবিনগী থোঙাল য়ৌরক্লবদা পুঙ ময়াম য়েবগী মখোল তায়। করিগুম্বা কর্ম্ম অমা পাঙথোক্লিবরা খল্লি; অদুবু মী তিনবদি উদে। মহাক পাক চঙবা ঙমদ্রে; কৌইরুপ-কৌইরুপ য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরে। মহাক কুইনা লৈবস্থু য়াদবনিনা ঈকায়-ঈকি থাদোক্লগা চঙশিল্লে। মফমদুদা গোবিনগী মপা, গোবিন, রামানন্দ অমস্থুং অতোপ্পা নুপা অনীগা লোয়ননা মখোয় মঙানা অকনবা পুঙগী চোলোম অমা তৌরম্বদু উরে। চোলোম অদু তৌরিঙৈদা মখোয়না থীল্লিবা, চোংলিবা লৈবাক্কা থক-থক নীকপা জাৎনি। মখোয় মৈ-ঈশিং খঙদে; কনাবুস্থু উরুদে। মখোয়গী অঙকপা ফংলবা পুঙগী চোলোমদু মহাকস্থু ঙাইহাক য়েংলে। কুম্মৈদু লৌইরবদা ওঝা তোমাম্না "মসিদা কায়হনগনু নখোয়বু মীনা মশক খঙনরগদবনি" হায়রকই। তগ্গাসিদা রামানন্দনা শুমাঙদা লেপ্লিবী মহাকপু উরকই; মহাক্না ইচম-চম্না গোবিন্দা ইঙ্গিৎ তৌদুনা খঙহল্লি। রাধামনিনা ঈরাঙদু উবদা মাগী বাখলবু গোবিম্না খঙবিরে খগ্জখি। মহাকপু হেক উবদা গোবিন ইমুঙদা চঙখ্রগা মাগী বেগতু পায়রগা থোরক্নে। মানা খিল্লক্লদবনি, মমাম্নবশিংদু লাকপদগী থাদোকপা য়াদদুনা তৌখ্রবনি বারৌবিবা য়াদে হায়রগা বেগতু রাধামনিদা পী। রাধামনিনা গোবিন্দগী বেগতু লৌনা-লৌনা মহাক বারৌনিঙাই করিশু লৈতে। কো অদুগী মপান্দগী নুংঙাইরবা কুম্মে অমস্থু মহাক্না উজরে, অহানবনি হায়রগা বেগতু লৌশিল্লি। গোবিম্না

বেগতু হাংদোক্লগা অবাৎ-অপা য়েংনবা হায়রকপদা য়াতোন উৎপী মীনোক্কা লোয়ননা "বাৎলম্লবস্তু কায়দে" হায়রম্লগা মহাক মফম অদুদগী থোকখ্রে; গোবিন্দ তপ্লি-তপ্লি মতুঙ ইম্নখ্রে। মী অতৈদুনা দৃশ্যদু উবদা মরেঙবান্দগী পুঙ লৌথোকপা কাওনখি; মখোয় মশেন য়েংনরগা মমীৎ খৎনখি। থোঙ্গাল লাম্থোকপগা তুংহন্না য়েংথোক্লুবদা রাধামনি গোবিনগা মীৎচানরুবদগী হুৎ লৈথোক্লগা চংখ্রে। মহাক চংখ্রবদা গোবিন্দ ময়ামদুগী মরক্তা অমুক চঙলক্রে। গোবিন্না য়ৌরকপগা তোমান্না মখোয়গী পুঙ তম্বদু "ঙসিগীদি মতাঙ অসিবাইদা লৌইশিল্লসি" হায়রকই। মদু তাবদা ছাত্রশিংদুনা "ফগনি ওঝা" হায়রগা মখোয়-মখোয়গী পুঙশিংদু পায়নরগা চৎনখ্রে। গোবিন্দ পুঙ অনীদু নাকল-নাকল য়াম্লদুনা ইমুঙ চঙখ্রে; ওফিস চৎনবগী থৌরাং হোৎনখ্রে। মপানা এন্ছাং-নাপী থারিবা অদোমদা চঙখ্রগা কোয়য়েং-য়েংলি; মরক্তা হৌরিবা নাপীশিংদু ফৌইদোক্লি; পাম্বীদা তোংলিবা মহিক-মতায়শিংদু ফাদোক্লি। খল্লকই, "ইচানুপাসিবু থম্বালসনাগী মচানুপীসিগা মরী লৈনবা জাৎলা।"

## ৭

কুমারচান্দ খোয়াথোঙ পুখ্রি অচৌবা অদুগী মনিঙ অদুবায়দগীনি। মহাক পি-ডবলিউ-ডিদা এল-ডি-সিগী থবক অমা তৌই; চাবা-থকপা বাত্তবা ময়ায় ওইবা ইমুংনি। মহাকসি য়াম্না চলাক্কী ওইবা, ইখঙদ-খঙবা, ইয়াওদ-য়াওবা মীতানি। করিগুম্বা অমা খল্লরকপদনা মবুক ফবা শারদনা মহাক্কা খঙনৈ, মহাক ঙাংনবিগে অসিনচিংবা হায়গনি। মী অদুনা থৌ-ওইনা লাক্লগনা অদু-অদা হায়রগা মনাম্থোকপা; মাগী হৌনশানি। ময়াম চামিন-থকমিন্নবদা মশানা খঙনা নোংমতা পৈশা পীগন্দে। ময়ুমদা মরুপ-মপাং লাকপদস্তু নোংমতা চুরুট-চা অমুক্তা লান্দে। অরাকপা মী অদুনা মাবু ঙাইবদা বারদুনা মখুৎ থাঙ্গৎ-থাঙ্গত্তুনা

ঘড়ী য়েংলবা কান্দা নোকখি-নোকখি তৌরদুনা লেঙথোকঅসি ভায়! চা-নুংদু হোটৈন্দগী ওইনা থক্কুরসি হায়রগা থোকমিন্নরক্কনি। হোটৈন্দা চাবা-থকপা লৌইরগা মানা পৈশা শুকপী পীরেৌই। মীদুনা পৈশাদু পীখ্রবা মতুঙদা খঙদবা শারদুনা মানা পীগদবগী মওং তৌগনি। মদুদা মীদুনা "পৈশা থাদখ্রে" হায়রক্নগনা "ওস্থোক্না থুনা পীরল্লেদা" হায়রগা তোকপা। করিগুম্বা মীদুনা পৈশাদু পীরেৌইদৌবগী মওং উরগনা মখুত্তু থক-থক নীক্না পীবনি। মহাকসি তিনশিনবদমক হৈবা খইদোকপা হৈতবা মীনি। লৈকায়দা খৌদোক অমা থোকপগী মাওব খনবা চংপদা মফি নাম্না শেংলগা চংকনি। লৈরম্বা খুংলায় অমা পায়রগা থবক ফবা শাদুনা থবক শুবা হৌগনি। মানা তৌরিবা খৌওংদু উবদা য়ুম্বুদুনা "তাদহোয় ময়াম লেঙবিরকপসি য়াম্না নুংঙাইজখ্রে; অঙাংশিংসিনা তৌরিবসি অশোয়-অঙাম য়েংদুনা লৈব্রি" হায়রকপা মানা তাজনিঙবা বাহৈনি। অস্তুম্না অরৈবা চুরুট/বেরী অমা চমখংলগা ময়াম্না তৌরিবদু য়েংবা, চাব-থকপদু লৌইরগনা "ময়াম্বু ঐ খিত্তং হাঙ্গরম্ময়গে" হায়রম্লগা চংখিবনা মহাক্কী মখৌনি। অসিদস্তু নত্তে; কনাগুম্বগী দেবা-কর্ম্মা থোকপদা নোংমতা খরা ঙম্না লাক্তুনা ভাবোক ওইরবা অমুক্তা উখিদ্রি। লুপা মঙাদবু লাইদা কংনিঙদবা, চাক-লুক থারবা কান্দদা হোবে-হোবে তৌরদুনা অদুদা চংলুবদগী, মহাক উনরুবদগী খরা থেঙখ্রে, চিন্দমক ফজবা মখুত্তি য়াওগন্দবা মীনি। মাগী থবক্তু শেন্দি খরা থোকপা মাল্লি; ময়ুমদু চেক্লা শাই, গেটস্তু পাল্লি।

কুমারচান্দগী নুপীদু হাইফেং হৈ-শিংবী, মীতেক-মীরৌ উগনখ্রবী নুপী অমনি; মমিংনা কুন্দালে কৌই। কেরানীগী থবক মচা অমা তৌরগা সেক্রন্দুগী থবক পম্নমকসি মানা লৌইনা তৌরবদৌনা ঙাংবা, নোংমতা পুং ১০ নংনবা ওফিস কাদবা; করিগুম্বা কারক্রগনা মচা মশা ঙমদদুনা অহিং তুমদবদগী কোক ঙাওরে, ঙাইহাক্তা উইখিগে, অসিগুম্বা বাঙাংসি মাগীদি চিম্ফানি। এম-এ ফাইনেল পীরমদনা ময়ুম পাক্লক্রগা এম-এনি, মমান্নবিদি লেকচরর ওইখ্রবনি,

মরায়বক লৈতদুনা থবক মচা তৌরিবনি, মাস্থ ওইহৌবা য়ারিবনি হায়জিল্লি। মদুদা খঙদবা মীনদি থাজবা, অখঙবনদি মচিন খুম্মিবনি। ওফিস য়ৌরক্লগনা অওইবরা ওইদবরা পাও অমা হেক্তা তম্লনি; মানা খঙদবা লৈতে। মাগী সেক্রন অদুদা নত্তনা ওফিস অদুদা লৈরিবা মী পম্নমক্কী মরী-মখোঙ লোইনা খঙই। কাদায়দগী কনানা করি থবক পায়রি, করি তৌরি লোইনা খঙই। মহাক পোত্রিঙৈদা হুনগ্রবা ওফিসকী যাত্রা পুংফমদু কনাদা হংলুবনো খঙলম্মী। মহাকসি খঙবনা বিন্দু, ঙাংবদনা নৈটানি। মীনা খিত্তং শোয়বদা বারীনা ভারত-রামায়ন্দগী হেল্লি, করিগুম্বদা মানা শোয়রগনা মহাক্তি খঙজ-লাকচদে হায়রগা ফ্রুঙ শাওগংলক্তুনা বা-ঙাংনবা য়াদবীনি। য়ুম্লোম্নবগী টেলিফোন নম্বর মাগী শাদুনা মরুপ মপাংদা পীশিনবা, করিগুম্বা রিং তৌরক্লগনা মপুদুনা মাবু কৌনবা নোং-ফাদোক্কী নত্তে। করিগুম্বদা মীদুনা মাগী ওইদ-ওইরবেই নিঙদুনা অহিং নোংয়ইদা কোল পীরক্লে; মতমদুদা মাবু কৌনবদি ঙমদ্রবনিনা "সিদি মাগী নম্বর নত্তে" হায়রগা থমজিনবিখ্রে। নিনি-হুম্মি লৈরগা খঙনরক্লবা মতমদুদা মপুদুবু পোঙই-চাওথোকই হায়বিরগা মানা অচুম্বা শাদুনা খংনথোকপা ঙম্বা, য়ুমদাংবনা কৈ-নইবা হায়বদুনি মানা তৌরিবসি। অঙাংশিংনা মমাগা লোনগা ওইনা উরুব্দগী "ইমা"গা হায়না কৌরক্লবদি নুমিত্তুমা মথবায় নুংঙাইতদুনা চাক চাবা য়াদেকা হায়রিবানি; বর্থডেদি হন্দক্কা গোল্ডন জুবিলি। করিগুম্বদা নুমিৎ ৫/১০ নিমুক লেপ্তুনা নোং চুরক্লবদি "ইকেম্মা। কনানা খঙবা, নোং অসিনা লেপ্তবসিদা ঈচাওগা থোক্তনা লম্বীগা স্লিপ তাখ্রবদি খন্দুনা তঙায়ফদবা ইমুঙ্গী পোংলম ময়াম অমা লৈরম্মীবনি" হায়না ঙাঙল-ঙাঙলদুনা য়ম্বানবী হৈবী নুপীগা শারিবনি। মণিপুরগী ইমুঙ অয়াম্বদা চাকখুমগী থবকসি নুপীতনা হোৎনরিবনি। মসিদা নুপী অতৈদি করিমত্তা খঙদ্রবদৌনা ঙাংবসি পকচদে। লুহোং-খোঙদোঙবনা মহাক চংকে; শোরাং, অঙ্গিগুম্বনা মমৌনুপী চংলু হায়বা মনেমদুগী জাংনি।

MA

নুপীসিস্থু জাৎ-জাৎ লৈকো। করিগুম্বদা মপুরোইবনা খুদোংচাদবা অমদগী লৈকায়দা শেন খিত্তা হংলুসো চংখ্রগা হেক্তিন্না শেন পুশিন্নরুগা অহেনবদুনা মানা হৈনখোকপী; থা-খুদিংগী মপুরোইবনা শেন্দোই হুন্নবা মঙোন্দা পীরিবা পৈশাদুস্থু লোইশিনখিদুনা মমৈদা ইশৌলাংনবী নুপী লৈ। মহাক্না শা-চানিঙলগা মহাও খঙজদ্রিবা মচাদা তাইশিন্নগা লৈদুনা চাবা নুপীস্থু লৈকো। অরেবা শেৎ-চাদুনা ময়ুমদগী থোরক্লগা য়ুম্লোন্নবদা শৎ হায়জিনবী; মীগী মফি-মরোলদু মাগীস্থু অমা লৈগে তৌরিবনি হায়ফেত্তা য়েংগে হায়দুনা পুথোকহনবী, মখুৎ চন্নবা মতমদা নোকশিন-হায়শিন্নদুনা শেৎল-ইন্নগা চংখিবা নুপী; মদুদস্থু নত্তনা বেগ ফাওবা পুখিবদগী গাড়ী সো য়াওখিদুনা মতৈ-মনাও খৎনহনবা নুপীস্থু লৈকো। মখোয়দু ওইবতায় খায়জনা পুকথনবা হায়বদু। করিগুম্বা মহাক্না হন্নরুগস্থু মীগী মপোত্তু শৎ খিন্নত্তবী, মপুদুনা হেক লৌরুগদবস্থু করি খনখিনি খনবদগী ৫/৬নি লৈরগা হংলুবদনা ফিন্দুনা ইমোৎ-মোৎলদনা পুথোরকপী, মদুদা মপুদুনা নুংঙাইতবা উৎলুরগনা "আ-আ, ঐ-ঐদি শু-শুরগা খিন্নক্কে তৌরম্মিবনি" তৎ-তৎ তৌদুনা নোকঙাং-ঙাংলগা মানা পামদ্রবা মফিদু পুথোক্লগা মীদুদা "সে! সে! ঙসিগীদি সিনা পাঙন-পাঙনবা ইন্নরুরো, নংগীসিনা ঐ শুরগা খিন্নরুগে" হায়রগা পীবা। করিগুম্বা মীদুনা ফিদু লৌখিদ্রগনা "ঐদি ওন্থোক্লা ঈকায়জখ্রে" হায়রগা মীঙোন্দা বারীনবা নুপীস্থু লৈকো; মসিনা অমা ওইখ্রসনু।

হৌজিক হৈশিংবা কুমারচান্দ অমস্থুং হৈশিংবী কুন্দালে অনীগী মচা নুপা অমগা নুপী অমগা পোকই। নুপানা অহম্নি, মমিংদি মথংশিংনা রবিচন্দ্র অমস্থুং রেবিকা কৌই। রেবিকা মমা-মপানা কেথোক-মৌথোক্না য়োক্লপনা খরা থোইচংনৈ। মাঙ্গোল বাই তৈবা হৈতনা চাওরকপী, অয়াম্বা মতমদা খুজিন-খুয়া ফেঙদুনা লৈরকপীনি। মহাক্না শাবান্দু তোঙ্গানবী চুং-ফীরাল চাবীনি, শেৎ-চাবদা পকচগনবী চহী ২৪/২৫গী লৈশাবীনি।

শজিবু-কালেন চঙলকপদা অয়াম্বা পুখ্রি, তুরেনগী ঈশিং ময়েং তাই। মতমসিদা খোয়াথোঙ পুখ্রি অচৌবদুদা, নুমিদাংবাইরম নুমিৎনা ঙ্রা-ঙ্রানরকপা মতমদা, মমান্নবী খরগা লোইননা ঈশিং শোকপা থোক্লপদুস্তু য়েংবা অদুম মনুংঙাই। পুখ্রিদগী সনাবুল নাকন্দা য়েপ্লগা, ফজরবা খুবোমদনা ফনেক ফিবান্না কৌতক, থেকখোয়-থেকখোয় পুখ্রিগী সিড়ী কাখৎলকপদু উরম্বদা মমীৎ চোইগদবা পাখঙ অতাঙবনি। মশমদুনা লেঙপাক্কী অদুবায়দা কর্কই। শমদোল অদু খোইরি-খোইরি থেক্কৎলি; মঙোন্দদি ফন্দুম পকচৈ।

রেবিকা, *জে-এন মণিপুর ডান্স একাডেমিগী* অফাওবী জগোয়শাবী অমনি। একাডেমি অসিদগী চহি অহুমগী জগোয়গী *ডিপ্লোমা* ফংলবিনি। মথংদা মহাক ত্রিবেনি কলা সঙ্গমদা জয়ালক্ষ্মীগী মখাদা ভারত নাট্যম ট্রেনিং তৌরকপনি, মথংদা দিল্লিগী গন্ধর্বা মহাবিদ্যালয়দা কাপিল দেব শর্মাগী মখাদা ভারত নাট্যম অমুকস্তু তম্লকখি। মহাক ভারত নাট্যমগী *ক্লাসিকেল ডান্স* অয়াম্বা হৈরবিনি। অদুনা জগোয়-ঈশৈ হোৎনরিঙেদা লাইরিক্তি মহাক ক্লাস টুবেলভতগী হেনবা ওমহৌদ্রে। অহল-লমন্না মাগী জগোয় অদু হৌজিকপুদি মশা নহা ওইরিবনিনা ফৈ, চহী ৪০ গী মতুঙদদি চোং-ফনবদু ঙম্লক্লোই; অমুকস্তু ময়ুম পাল্লবা মতুঙদদি মচা-মশু য়াওরক্কনি। মতমদুদা মাগী হৌজিক ওইরিবা শাবান অসি হোংলক্কনি; অদুনা ঈশৈ-নোংমাই খরস্তু তমশিল্লু তাকপিবদগী মীনা শকখঙ-মাইখঙবিরবী নট-ঈশৈগী শৈ-শকপী অমস্তু ওইরবনি। মশাক্কা ফজরে, জগোয়গা হৈরে, মখুৎ-মশা থেক্কুনা মোৎকা লোয়ননা ঈশৈ শক্লকপদুদি অপসরাগা পাঙথক্লি। করিমুক হায়গনি জগোয়শাবিনিদনা, য়েংদ্রস্তু য়েংলকপোই, নোক্ত্রস্তু নোক্লকপোই খনবনি। মহাক্কা ঈশৈ শক্লুবগী হেক লোইশিল্লকপা মতাঙ-মতাঙদা মচিনবান মখা থংবদু খিক্তং চিক্লগা হুক্তনা য়েংলকপদুদি অয়েকপা লাইনা অয়েংবা মীদা ওনশিন-ওনশিন য়েংবগুমই। মদুবু উহৌবা পাখঙশিংদি নংহৌররোই মতাগুম চেনশিল্লগা অয়াওবা পৈশা

M/

মখেৎ থাদোক্লম্বনি; মহাক্না নোকমি-নোকমি তৌরগা খুজিনহৌবনি। মদুদা তৌরিবসি পাখণ্ডশিংদুনা মাবুদি মশক মুন্না খণ্ডখি; মানদি খণ্ডবিবা নত্তে। মহাক হৌজিক *একাডেমি* অদুদা *প্রাইভেট ট্যুটর* অমা ওইনা থবক পুরি। মদুদগী ফংলকপা খরা, দেব-কর্ম্ম চৎলুবদগী ফংলকপা খর-খরদুনা মহাক্কী খরচ ওইনরিবনি।

## ৮

নোংমা, ঐজ্জা গৌরোদু মখোয়গী লৈকায় অদুদা কর্ম্ম অমগী লাইরিক তৌবিয়ু হায়ররে। লাইরিক অদু তাগদৌরিবা অহল-লমন খরদি য়ৌরক্লে; ঐজ্জাস্ম লাক্লে। অদুবু লাইরিক হৌবদা ঈশৈ শক্কদবা, পুণ্ড য়ৈগদবা মীশিংদু লাক্তুবদগী মখোয়বু ঙাইবা ওইনা মানা-মানা থোকপা বারী শানদুনা লৈনরি। মখোয়না শানরিবা বারীদু অতৈ নত্তে। মী শিবগী সংস্কার য়াওরুরগা কোক-লু তুম্না ঈরুজরিবা, শিরিবা মীদুগী মখা থাবা ইমুণ্ডগী মীশিংনা মর কোক্লরিবা, অদুগা নুপীবুনা কোক্লদ্রিবা অসিগী মরমদনি। ঐজ্জাস্ম ঙাংনরিবদু 'স্নুম তারম্বদগী বারীদুদা য়াওশিল্লকই, "লাই-গুরুজনশিংবু ননাই ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা হঙ্গৎচগে।" ঐজ্জাগী বাসি তাবদা তাবদা ময়ামদু তুমিন-তুমিন লৈনখ্রে; ঐজ্জাগী বারীঃ—

ঐখোয়না থকসি-খাসি অমস্তুং মসিনা চৎকদবনি/চৎলোইদবনি হায়বা লীচত্তু ঙাক্না চৎলবদি মথৌদা পুন্নিং চণ্ডবা, ধর্ম্ম লৈবা, মীনুংশি খণ্ডবা মী অমা শোয়দনা ওইরক্কনি। ধর্ম্ম হায়রগা ঐখোয়না লাইবক্তা থিল্লিবা চন্দন অমস্তুং ফিজেৎ-চাকচাগী মওংদমক খণ্ডনবদৌনা তৌই; তশেংবদি মদু নত্তে। ঐখোয়না তার-উরবা ঙাক্তনি, কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা মখুৎ হনবা ওম্লরোইদবা মী অমবু য়াম্না থীনা ফুবিরে; খাম্বস্তু য়াদ্রে। অতোপ্পা মীশিংনা মাগী মওংদু উরগা "কয়াদা ধর্ম্ম লৈখিদ্রবা মীনো, ওহ্নোক্না মীনুংশি লৈতেদা" হায়নৈ। মসিদগী

ঐখোয়না খঙলে, ধর্ম্ম হায়বসি ফিজেৎ নৎত্রগা চন্দন থিনবগী মওংদু নত্তে; মীদুগী লীচৎ/শাজৎ অদুবুনি। সন্ন্যাসী ওইদুনা লৈরম্বা মহাক্তু গৃহস্থদা চঙক্লবদি মহাকপু সন্ন্যাসী কৌবা য়ারিব্রা? সাধুনি হায়রগা মীগী মপোৎ হূরাক্লবদি মহাকপু সাধু কৌখিগদ্রা? মশাগী শিনফম অদুদা মশেক-মঙাল নাইহনবা, জীববু নুংশিবা, অচুম্বা চৎপা মী অদুবু ঐখোয়না ধর্ম্ম লৈবা মীনি হায়না খঙনগনি; ধর্ম্মনা হিংসা য়াদে। ডাক্তর অমনা অনাবা অমবু লাইয়েঙবিবা থবকসি মহাক্কী মথৌনি, ধর্ম্মনি। মী-ওইনা পোক্লগা মীনুংশি য়াওদ্রবা, মথৌ মশক খঙদ্রবা মহাক্তু ধর্ম্ম লৈত্রবা মীনি।

শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা "নশাগী ধর্ম্ম থাদোক্তুনা অতোপ্পগী ধর্ম্ম চৎপসি খুদোং থীনিংঙাইহনি। ক্ষেত্রিয় মচা ওইবগী নথৌ লান তৌবা অসিবু থাদোক্তুনা ভিক্ষারী ওইবনা হেন্না ফৈ হায়বসি য়াম্না অকীবগী মশক্নি; মীগী ধর্ম্মদা মপূঙ ফানা খঙলুববুদি, মপূঙ ফাদবা নশাগী ধর্ম্মনা ফবা হেন্নি" তাকপিখি। জগোয়গী পুঙ য়েবা নুপা অমবু মহাক্তি জগোয় মখল খুদিংগী পুঙ য়েরক্লবনি হায়দুনা জগোয় শাহন্নবদি ভাবক থিবা য়াগনি।

হৌজিক অসিদা তত্তুনা উরিবা ধর্ম্ম অমা হায়রবদি, লৈবাক ইরাং থোক্লে, শান্তি লৈত্রে, শান্তিগী খোঙচৎ চৎকনি। খোঙচত্তু হন্নক্লগা চাননবা হায়দুনা কাঙবু অমনা শা-থোংলি। কনা অমনা ঐদি ঙসি ব্রতনি করিমত্তা চাজররেহি; কয়াদা ফজগ্রবা লোনচৎনো। অদুবু ব্রতগী মতমদু লোইরগদি শা-থোঙবা চারি। অদু ওইরবদি চৎলুরিবা খোঙচৎ অমস্তুং ঙাক্লুরিবা ব্রত অদুগী কান্নবা করিনো? চিঙ্গাক খোন্নবনা বাখল খেন্নে হায়বসি ঐখোয়না খঙ্গদবনি। কনাগুম্বনা হায় "মীগা-মীগগী মরক্তা খোন্নবা করিগু লৈতে, বাখল ফরগা ইফ-ফবা ঙাক্তনি।" অদুবু হায়নিঙবদি লৈ, য়ুম্বানবা মীশক অমদা স্ত্রী-সঙ্গসি পুন্যনি; মসিনা মখোয় অনীবু লম্বী অমত্তদা চৎমিন্নহন্নি। অদুবু ব্রহ্মচারি অমগী মফমদদি ঙাকপীহৈত্রবা দোষ অমনি। ফনা য়াম্না লামদুনস্তু ফা অমনা

কৈদৌনুংদা শদূম চারেঁই; অদুনা পঙচা-চা পঙথক-থক তৌকস্ু চুমদো কাংথোন্দা তূম্লিবা মহাক্তু লৈবাক্তা তাখিদনবা হোৎনগদবনি; লৈবাক্তা তূম্লিবা মহাক্কীদি বানিঙঙায় ওইদ্রে। মসিবু থৌওইদনা শিরগা হন্নক্তুনা চারগদ্রা হিংলিঙেদা পেম্না চাহৌগদবনি হায়দুনা অথিংবা থমখিদ্রবা মহাক্না নারক্কবা মতমদদি কদায়দা করি লৈরি থিদুনা লাইয়েংনরি। মতম অদুদা লাইয়েংবগী মহুত্তা পঙচাদা চাশিন্নগা অদুম শিজখিবা য়াদ্রা? করিগী ইমুঙ-মনুঙদা অবাবা পীরম্লি? হৌজিক্কী মতমদা সনা বন্ধান থমগে থিবদি বায়; হূই য়োনগে হায়রবদি বাঁদে। মীনা হায়রকপা বাগী পাউখুমদি বাত্তনবা পীবা, মমৈদনা অদু ওইরস্ু হায়বসি ফত্তো।

•

অফবা, ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইনবগীদমক ঐখোয়না অফবা মীগা *সঙ্গ* ওইগদবনি। অফবা মীগা তিন্না-তোৎনবা অসিবু সংস্কৃত্তা *সৎ-সঙ্গ* হায়না খঙনৈ। মসি মী অমনা ঈশ্বরগী মনাক নকশিনবা অমদি ঈশ্বরবু মশক খঙজনবা সাধনা মখল অমনি। ঈশ্বরবু থাজবা মীশিংনা ঈশ্বরগী মফমদা অর্চ্চনা তৌবা, ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু অখঙবা মী অমনা পারগা মীয়াম তাহনবা অদু *সৎ-সঙ্গনি*। শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মণ্ডিরদা নুমিৎ খুদিংগী আরতি ময়াম অমা কৎলিবদু য়াওননবা লাক্লিবা মীশিংদু *সৎ-সঙ্গ* তৌরিবনি। মসিদা য়াওররিবা মীশিংনা ঙাইহাক্তংদু ঈশ্বরগী বাখল খন্দুনা লৈবা ঙম্মী। মসিবু তক্তনা য়াওরিবা মী অদুদা রজ অমস্তুং তম গুনগী চাং হস্থরকই; সত্তগীনা চাং হেনগৎলকই। ঙম্নৈইদবদা হোরেন পীগে, হয়েং তৌগে, হেক লোইবগা পুরক্কে হায়জিন্দুনা ওইদবা ঙাংবনা মীনা নংবু থাজবা বাৎলক্কনি।

মীওইবা ঐখোয়না থবায়, লৌশিং, পূক্লিং-হকচাং, নুপী, মচা, মরলম্নচিংবসি মহাক্কা মরী লৈনবদগী য়াম্না লুনা নিঙই। অদুবু "ঐ" দগী হেন্না লুনা-চান্না নিঙবা কনাবু লৈরিবগে? অদুগুম্বা "ঐ" অদু "শ্রীকৃষ্ণ" ঐনি। অদুগুম্বা ঐনা লৈরিবা মফমদু নহাক্কী মাঙবা নাইবা হকচাঙ অদুনি। হকচাঙ অসিবু মণ্ডির

অমগুম্না লনা-নাম্না থমগাদবনি। শরদ ঋতুদা অপীকপা ঈশিংদা লৈবা ঙানা নোংম-নোংমগী ময়েং তারক্লিবা ঈশিংবু খঙদবগুম মুম্বাম্বশিংনা নিতিগী ময়েং তারক্লিবা পুন্সিবু খঙদে। অম্মুম্না মী অয়াম্বনা "ঐ" মশক খঙদনা পুন্সি লোইবা ঙাক্তনি। মাঙবা নায়বা হকচাঙ অসিনা মাঙখ্রবদা "ঐ"স্মু লৈররেই। মতম অদুদা "ঐ"না করি ওইরম্গদবা কনানস্মু হায়বা ঙমদে। খুদম অমত্তং হায়রবদা, হুই অমনা ময়ুমদগী চথোরকপদা হাবুং খুদিং, উখোঙ খুদিং মপান থোকচিল্লি। মানা মদুগী মনমদু নম্ল-নম্লগা ময়ুমদা হল্লকপগী লম্বী খঙনবগীনি নৎত্রবদি মহাক ময়ুম থিবা খঙদদুনা খুদোংথীবা থোকপা য়াই। হিংলিঙেদা জীবদুনা তৌরম্বা থবকশিং অদুনা পাম্বে ওইরগা জীবাত্মানা পরমাত্মাগী লৈফমদা হনবা ঙমগদৌরিবনি। অফবা থবক্লা অফবা ফল, ফত্তবা থবক্লা ফত্তবা ফল ফংই। চন্দন পায়রম্বা খুৎ অমস্তুং ফত্ত-হৌদি পায়রুবা খুৎ, খুৎ অনী অসিগী মনম মান্নদে।

সত্য, ত্রেত, দ্বাপুর হায়রিবা যুগশিং অদুদা মীওইবগী পুন্সিসি য়াম্না শাংলম্মী হায়নৈ। মীওইবনা চহী কয়া হরাও-তয়াম্না লৈরুরকস্মু চহী কয়া অমা লাইনিঙনবগী মতম ফংনরম্মী; লোয়ননা অরান খুভম ফংবা ঙম্নরম্মী। মতম অদুদা পোকচবা মীদি অমগা-অমগা কায়নরমদে। লাই-গুরু অমদি মমা-মপাবু ব্যবহার তৌনরম্মী; ঈশ্বরদা ভক্তি লৈনরম্মী। তৌহৈদে হায়বা থবক্তু তৌনরমদে, চাহৈদে হায়বা পোত্তু চানরমদে। অদুবু কলি হায়বা যুগসিদি তমথিপ্পবা মতম্নি। মানা তৌবনা অচুম্বা ঙাক্তনি, মাগী জাতিগী হৌন-লোনচৎ ঙাক্সররেই। করি অমুক হায়রুগনি অচুম্বনা অরানবা, অরানবনা অচুম্বা ওইরক্লনি। মমৈথংদদি অচুম্বা মীদুস্মু তপ্প-তপ্পা অরানবা মীগী মতুঙ ইনশ্লগনি। অচুম্বা চৎপা মী থিবদি লায়রদনা "অচুম্বা" হায়বা বাহৈ অসিফাওবা তাবা ফঙলক্লরেই। হিংনবা হোৎনবদা লাইনিঙনবা মফম-মতম লৈররেই খঙলদুনা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা কলিগী জীবগীদমক্তা হরি সঙ্কীর্ত্তন অসি হৌদোকপিরম্বনি। অদুনা প্রভুনা থম্বিরম্বা হরি সঙ্কীর্ত্তন অসি তোয়না-তোয়না পাঙথোক্তুনা ঐখোয়স্মু অরান-

MJ

খুভম ফংনবা হোৎনবনা চুমগনি। মসি নত্তদুনা "ঐগী অপেনবদু লাইগীস্থু অপেনবনি। নরক্কী কোম কদায়দনো; ঐ ফুক্তিনবিগে" হায়বনদি শান্তি থিবা ফংলোই। মীওইবগী মশাদা কম্নকপা, মীহৌবা, অপাম্বা (কোম) হায়বা অমা য়াওরি। মসিগী মবুক থনবা নাইদে, চারিমখে ওক্তে, হাপ্পিবা মখে চল্লি। মৈরি থোক্লা ঙংঙং চাক্লিবা মৈদা লংশিন্নবা শীংবু কৈদৌনুংদা মৈনা ওক্লে হায়রক্লোই। অসিগুম্বা কামসিদা মীওইবনা মৈরাম্বী ওইরি। হে। মীওইবা নংনা তানশিল্লিবা নরন্দো নশু শুথাঙ ফাওবনা কায়দুনা চাবদা লোইরোই; জীবগী ফনবা খরস্থু তৌরম্মু, মদুনা নংগী লম্বী পাক্কনি, মিংচৎ উরোং খিন্দৌনি। লিশিং চংপী য়েনবনা শান্তি পুরকপা য়ারোই। ঐখোয়না সংসার ঈপাক অসিবু লাম্হোক্লিঙলবদি কামদগী লাপথোক্কদবনি নৎত্রবদি পোকপা শিবগী চক্রদা হম্না-হম্না লৈদুনা লৈগনি। হৌজিক্কী চরাংনবা সমাজ অসিদা ঈশ্বর নিঙনবা মতীক চাবা মফম অমদি মতম লৈররোই খঙলদুনা কলি জীবগীদমক্তা প্রভুনা

*" হরের নাম হরের নাম হরের নামেব কেবলম।*

*কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।।"*

হায়বদি কলিযুগকী মীওইবা ঐখোয়গীদি *"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।"* হায়বা হরিনাম অসি শোনবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বে অমা লৈত্রে হায়বিরম্মী। অদুনা চহী অমগী মনুঙদা নোংমখক চাওনা লাইগী থৌরম পাওথোকপবুদি নিতিগী লাইশোন তৌবনা হেন্না ফৈ। যজ্ঞ পুন্নমক্তগী জপ-যজ্ঞনা হেল্লি হায়না লাই-গুরুজনশিংনা হায়নরি। হরিনাম মহামন্ত্র অসি বাহে ১৬ খক্তনা শাবনি, মসি অমুক্তং খঙখ্রগা মফম-মতম পুন্নমক্তা শিজিন্নবা য়াবনি। লাইরিক ওইনা পুথোক-পুশিনগী খুদোংচাদবা হায়বদু লৈত্রবনি; মন্ত্র জপ তৌবনা লাইনা ফাওবা মাঙহল্লি হায়নরি। মসিবু অকাউবা লৈতনা জপ তৌজরবদি অরান খুভম অমদি পরম ধাম ফংজে তাকপীরম্মী; লংহীনা তরেঙয়োৎ চাথৎলি।

*পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।*

*তদহং ভক্ত্যুপহৃত মশ্নামি প্রযাতাত্মনঃ।। ৯২৬।।*

*যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।*

*যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুস্ব মদর্পণম্। ৯২৭।*

পীরিবা শ্লোকশিং'সি শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী ৯শুবা অধ্যায়গী ২৬ অমসুং ২৭ শুবা শ্লোকশিংনি। মসিনা তাক্লিবদি, কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত অদুনা মপুকচেল শেংনা ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা উনা অমতং, লৈ অমতং, উহৈ অমতং নৎত্রগা ঈশিং খরদংবু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কচচরিবদু কৃষ্ণ ঐনা লৌহি। হে কুন্তিগী মচা নংনা করিগুম্বা অমা তৌরুবা, চারুবা, হোম, জপ, তপ, দান তৌরুবা খুদিংমক কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎলু; ফলগী খন্দুনা কর্ম্ম খক তৌগনু। পুন্সি লম্বী অসিদি লাংনা লাঙ্গোয় চনবনি। বাহৈশিং হায়রকপগা মখোয়না ঙাইরিবা মীশিং অদু য়ৌরক্লে; মখোয়না হেক য়ৌরকপগা তিল্লম্লিবা অহল-লমনশিংদু ভক্তি কৎলরে। মখোয়বু উবদা ঐভ্রাম্বু মাগী বারীদু লৌইশিন্নে; অদুগা লাইরিক হৌনবা তৌখ্রে।

## ৯

ঙসিম্বু তোমান্দু হৌশাগুম্লা গৌরোগী ময়ুমদা লাকই। মহাক মচানুপা ময়ুম পান্নবগী করিগুম্বা খরা ঐভ্রাদা হংনিঙদুনা চথোরকপনি। মতমদু হিয়াঙ্গেগী নিন্দুং (থা-শিন্নমদাই) ওইরক্লে, নহা ওইরিবশিংনদি দরকার কয়া লৈত্রিবা অদুগা অহলশিংনদি মৈফু নুংশিরক্লবা মতম্নি। নুমিদাংবাইরম ওইরকপদুদা ঐভ্রা গৌরোদু শুমাঙদা মোরা অমদা ফম্লগা মৈফু থাগত্তুনা লৈরম্মী। তোমান লাকপদু উবদা মানা ফম্লিবা মোরাদু লৌথোক্লগা "ইবুংঙো তোমান। সিদা ফম্মু" হায়রগা তোমান্দা পী। "য়ানি ঐভ্রা। ঐভ্রা অদুম লেঙশিনবিয়ু, ঐভ্রানা ফম্লিবা ফিদাদবু ঐনা হেক ফম্বদি হৌনদেদা।"—"কায়দে, ঐনা য়ারি

ফম্মু।" হায়রগা মমৌনুপীদা মাগী ফম্মনবা অতোপ্পা মোরা অমা পুরকউ হায়খি। মদু ইমুঙদা লৈরিবা মমৌনুপীনা ময়েক শেংনা তাহৌদবদগী মপান থোরক্লগা "পাবুং। ঐবু কৌবিবরা?"-"হোয়নহে মোরাদু অমগা পুরকখোনে।" তোমাম্না মোরাদুদা ফমথরগা হায়রকই, "হৌজিক্কালসি মিঙৌসিন্দু মওং অমদা কৌনরে।" মসি তাবদা "ইবুংঙো। মতমসিগী চংনবীনি, হায়রক্লগা য়াবা নত্তো। নহারোল্লনেনো তৌরিসিনা নোংমতা অহল অমগী মনাক্তা ফমদুনা বারী বাতায় শানবন্দু লৈত্রে। মীকৌ-মীরমন্দু অমত্তা খঙদ্রে। পোকমিন্নবা মচন্নুপীবু ঐখোয় ইনাওনুপী, পোকমিন্নবা নুপী মচিন-মনাওনা মচেগী নুপাদা ইতৈগী মহুত্তা ইবাই, অরাকপা মৌনা মপুরোইবগী মচেদা ইনম্মগী মহুত্তা ইচেম্মা মওং অমনি তৌনরিবসি।" তাঞ্জাসিদা মমৌনুপীনা মোরা অমা পুরক্লগা মকুবোক্তা "পাবুং মোরা হায়দু সিদা লৈজরে" হায়রগা মকুবোক্তা পীররে। অদুগা তোমান্দা হইফেং য়েংই— "মাম্মন্দু লৈবিরম্মী" হায়রকই। তোমাম্না "হোয়, ইবেম্মা।" তোমান মখা তারকই।

— হোয়নে ঐজ্ঞা। ইংলিশকীন্দু ফাদর/মাদর, ব্রডর/সিষ্টর হায়দুনা মিঙৌ ময়াম অমা লৈরি। মখোয়ন্দু মমাদা ফাদর, মচন্নুপীদা ব্রদর হায়না কৌন-ঙাংনরমগদ্রা। ঙাংবদদি লোম্না ইমানি, ময়েক্লা ইপানি হায়না ভাষন পীরি, অদুগা করিগী অরাম্বা মিঙৌ শিজিন্নরিবা। অরানবা বাহেদু তত্তনা শিজিন্নবদগী হৌরক্লিবা মীরোল্লনা মতৌ তমখিদুনা অশেঙবদু মাঙখিগনি হায়বা খঙদব্রা। হৈরিবনিগাইদনা রিফ্রিজরেটবু ঈশিং ঈঙহন্নবা মেছিন হায়রিনে।

— ইবুংঙো। ফিজেৎ-চাকচান্দু হায়রুদনা কান্নদে, নুপান্দু নুপীন্দু চপ মান্নখ্রে। নুপীশিংসিনা লিৎলিবা ফুরিংকাসিনা অপোম্বদা য়েম্পৎ মনা নপ্পগা চপ মান্নে; ময়ুমদা শেৎকদবা ফি খুৎশেত্তু লমজাউ-সড়ক্তন্দু অদুম মশেৎলি। চহী হুম্ফু শুরবা মীন্দু পাজমা-কুর্তা মশেৎলি। চহী মতাঙদুগা য়েংবদা

নুংঙাইতে হায়রুবদা "ঐজ্ঞা। মসিদি মমলন্সু পঙয়াম-য়ামদনা নুংঙাইখ্রবা ফিজোম্নি; ঐজ্ঞাগী অমা ঐ কচরক্কে, থোনবিরগা খঙবিগনি।" তাবদা ইতোমতা খঞ্জখি, য়োংদা পাউতাক পীরুরেদনা।

— অমুকন্সু ঐজ্ঞা! মৈতে মচা ছাত্রশিংসিনা ক্লাস নাইন কারকপদা মেজোর ইন্দিয়ান লেঙ্গুএজগী মতাংদা মমালোনবু হৈনদে হায়দুনা অলটরনেটিভ্ ইংলিশ লৌনরি। মখোয়দুনা মণিপুরী লোন্দা ইবা লাইরিক পাবদি থন্মু-থমখিসি করিগুম্বা পায়রু-থেংলুরবদি মাংই ঈরুজথোক্নুসো হায়নরক্নি।

— ইবুংঙো তোমানগী বাসিনা চুম্লক্কদৌরি।

— ঐজ্ঞা। মমাংঙৈদা ঐখোয়না ক্লাস টু পাস তৌরকপদদি বেঙ্গলী ময়েকসি ফল-ফজনা ময়েক চৎলে; অহল-লমম্না "ইবুংঙো! নংবু ক্লাস কয়া তম্লবগে, বার্ত্তন পাবা ওম্লবরা" হংনরম্মী। হৌজিক্তি ক্লাস টেন পাস তৌরবন্সু খবর পাবদা বানান তৌরি। অদুনদি বেঙ্গলী নৎত্রগা ইয়েক্তা ইদুনা লৈখ্রবা ঐখোয়গী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী চৎন-লোনচৎ ময়াম অদুদি পাবিদদুনা খঙদবদগী ময়াঙ কংশিন্নরক্নি।

অন্সুম্না মখোয়না বারী শানরিঙৈদা মৈফুদু শিথরকপদগী গৌরোনা মমৌনুপীদু কৌথোক্নগা মৈফুদু মৈতান হাপ্লক্নবা হায়রকই। মদু তাবদা মমৌনুপী থোরক্নুনা মৈফুদু পুখ্রে। মখোয় অনীন্সু মাগী-মাগী মোরাদু পায়নরগা তপ্না-তপ্না মাঙ্গোম্নোমদা লাকই। তোমান চৎন-চৎনা মাগী পেন্দবা ময়ামদু ঐজ্ঞাগী মফমদা বারী শারি; ঐজ্ঞান্সু উম-উম হায়দুনা তারি। "ঐজ্ঞা। মীগী মরোন্দি চাওখৎনবা কোমিক ময়াম অমা ফোঙই; মমলন্সু হোংই। মদুদা য়েক্লিবা লাইদুশিংদু উবদা বারীদু খঙনিংলক্নুনা কোমিক্তু পারকই; পারবনিনা লোন্দু খঙলকই। মসি করিদগী ওইখিবনো হংলবদি ইরোল হান্না তমদদুনা মীরোল হান্না তম্বগী চৎনবী অসি লাকপদগীনি।"

ঙাইহাক লৈরগা মমৌনুপীনা মৈফম্দু মৈতান অনৌবা হাপ্লগা পুথোরক্লুনা মখোয় অনীগী মমাঙদা থম্লরে; তোমান বারী মখা তারকই।

"মরম অসি লৈবদগী কাঙবু অমনা মনিপুরী লোন চাওখৎনবা হোৎনবদা শিবা-চঙবা তুংওইনরি। অদুগা ইংলিশ স্কুলদা তম্বা মৈতে মচা ছাত্র অমনা মাগী স্কুলদা মমালোন ঙাংলুরবদি ব্কোংশেন থীহল্লি। মসিনা মনিপুরী লোনবু হেম্না লুশিনহল্লি। মতম খরা লৈরগদি ঐখোয়সে টাইতানিক্কুম পুম্লপ লুপখ্রগনি; ঐখোয় লৈরম্মী হায়বগী খুদমফাওবা থিবা ফংলরোই।"

"ঐজ্জা। অতোপ্পা অমনা, ঐজ্জাগা অম্মুম্না বারী শানরম্লগা ঐনা হনখিবসিদা মতমদি পুং ১০দগী ঙনবা ইয়াও-য়াওদেদো। মতমদুদা লম্বীসিদা তৌরম্মিবসি উবদা ওম্থোক্লা মীৎ নাখ্রবা, হায়রুবদি য়াদবা, চহী ১৭/১৮ দগীনা ৬০/৭০ ফাওবদা লৈবা নুপা মখৈদি চৎপদা মঙম শান্দবা, লম্বী নোম্বা মী ঙাক্তা থেংনৈ। মখোয়দুনা ময়ুমদা হজ্জিনখ্রগা মরাল লৈজদ্রবী নুপী-অঙাংদা মরাল অমা পীশিল্লগা খৎনবা হৌবা; মচা বারকইবনি হায়দুনা লোইবা নইদবা বারী ময়াম অমা হজ্জিন-হজ্জিন ঙাংদুনা লৈবা; নুপী-অঙাংশিংদু ঙাইহাক তুমিন্না তারম্বদগী ঙম্লক্রদুনা করিগুম্বা খরা খুম্মুরগনা মানা ঙাংবদা চিম্থক্তা খুমই হায়দুনা হুইগুম হেক্তা শাওগৎলকপা, হুই ওম্লবনিনা উনা অমা কেম্লকপগীম্মু পঙখোংদা খোংলে; য়ুম্লোন-কৈরোম্নবম্মু তুম্বা-হিপ্পা অমত্তা য়াহন্দ্রে। নোংঙাল্লগনা ঙরাং মানা করি হায়খ্রগে, অমত্তা নিঙশিংদ্রে মহায়বা, মখোয়সে মীঙোন্দা হায়জবগীম্মু ঈকায়বা নইদে। অথকপনা অয়োনববু নুংঙাইহল্লি হায়বসি মখোয়না খঙদে।"

মতম অসিদা মমৌনুপীনা মকুবোক্তা নুমিদাংগী চাক তাক্লরে। তোমান্না "ঐজ্জা। চাক্তু শারিঙেদা ফংবিরুরো। ঐম্মু অমুক য়ৌজরগে" হায়রম্লগা থোরক্লে। মচানুপা ময়ুম পাম্নবগী খম্নগে লাক্লগা বারী লম্ফেফ অমদা চৎখিবদগী বাফমদু হৌদোক্লমদ্রে।

# ১০

মতম হায়বসিন্থু অঙকপনি। চহী ৩০/৪০মুক্কী মমাংদদি লাই-হরাওবদা অঙাংশিংনা অমদি পাখং-লৈশাবীশিংনা মানা-মানা হৈজবা জগোয় খুৎথেক উৎনরম্মী। মানা-মানা তমজরুবা মহৈ-মশিন্দু কুম্মে ওইনা উৎনরম্মী। লৈকায়গী কাংগী জয়দেব চোংবা য়াওনরম্মী; লৈশাবী মচা ময়াম অমস্থু খরা হৈবা মৌ-নহা নৎত্রগা লৈশাবী অমনা মকোক চিংলগা চালি (জগোয় মখল অমা) শানরম্মী। ময়াম অদুগী মরক্তা কনাগুম্বা হৈথোই-শিংথোইবা য়াওরক্রবদি মশাগী শিনফম ওইহৌকস্থু য়ারিবনি। হৌজিক্কা, ওইবস্থু য়াররোইদবা চিত্রহারগুম্বনা মহুৎ শিন্নক্লি। তৌববুদি মতম অদুদা লাইরিক-লাইশু তম্বদা হৌজিক্কী অস্থুম্না তৌনরমদে। হৌজিক্তি মীপুম খুদিংমক লাইরিক্তা মহায়গ্রে; অদুবু অতম্বা খুদিংমক্তি হৈতে। তম্বদা হৈত্রবা কয়া অমস্থু সড়ক, লমজাওদা নুমিদাং পুং ১০/১১ তারবা মতমদা অমমম্বদা হাউনা থক-চাদুনা লৈরি। অমম্বদা হৈনরিবা মখোয়দু মমদুনা অদুম লৈরগদবনি; অঙানবা মশক খঙলরোইদবনি। মখোয়দু পুঙ-ঈশৈ, বারী লীবা, লাইরিক থীবা-হায়বা তম্বা য়াই। খরা লৈরগদি অশিবা পুথোকপদা ঈশৈ শকপীনবা লৈতদুনা ফিল্মগী ঈশৈ শক্লগা মোংফম য়ৌবা তাবনি। মখোয়সে মহীক্লি হায়বদা থোইনা লাক্লোই। চহী ওল্লকপদদি মৌনহা অমগী উপু-দুকান অমদি শোয়দ্রে; অদুনা অউনপোক্তা উপু-দুকান অমস্থু খন্নবিবা ফরে।

মতম পম্নমক্তা অসিগুম্বা বাখল অসিনা ওঝা তোমানগী মকোক বাই চিল্লম্মী। মমৈথংদদি ঐজ্ঞা গৌরো, মহাক্কী মবাই অমস্থং লৈকায়দুদা লৈবা অহল-লমন খরা তান্নরগা ধর্ম্মগী ওইবা সংস্থান অমা লিংখৎলে। অসিগুম্বা সংস্থান অসিগী পান্দমদি মীওইবা পম্নমক্কা ঈশ্বরগী মফমদা পক্লিং হকচাঙ অনীমক কখোক্তুনা চঙজবনি। মীওইবা হায়বসি কর্ম্ম/থবক তৌনবা পোক্লকপনি হায়বসি কাওফদে। কনাগুম্বা নুপা অমা থবক অমত্তা তৌদনা তুমিন্না ফমদুনা

লৈরবস্নু মহাক ফম্বগী থবক তৌরিবনি। ঐখোয়না তৌখিবা, তৌরিবা অমসুং তৌগদৌরিবা থবক খুদিংমক নিষ্কাম কর্ম্ম ওইনা হায়বদি ফল্ল য়েংদনা তৌগদবনি; ফল্লবস্নু মহাক্কীদমক ফম্লিবনি খনগদবনি; পূন্নমক ঈশ্বরদা কখোক্কদবনি। কনাগুম্বা মীশক অমনা নংঙোন্দা করিগুম্বা খুদোনপোৎ অমা পীরক্লে হায়না খল্লো। মদু নহাক্লা পামদ্রবদি লৌদবা য়াই; করিগুম্বা লৌরগস্নু মদু নহাক্লা শিজিন্নদবা ঙমই। অদুবু ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোন্দি নহাক্লা লৌদবা ঙমদে; শোয়দনা লৌগনি। ঈশ্বরগী থবক থৌরমদা হকচাংবু শেংদোক্লগা ফিশেং শেৎপা খক নত্তনা পূক্লিংবুস্নু শেংদোক্কদবনি; অদুবু নাওশেক্কুম শা-মরক ঙা-মরক ওইবদি য়াদে।

হায়রিবা সংস্থান অসিগী থৌরমদা ঈশে-নোংমাইগী পুঙ য়ৈবগী থবকসি তোমানগী মথৌনি। মহাক্লা থবক অচিনবা লৈরগনা মচানিপা গোবিন্না মাগী মহুৎ শিল্লি। সংস্থান অসিদা অহল-লমন নুপা-নুপী ময়াম অমা য়াওরি। রাধামনি, সুমতি, তম্ফাসু নহা ওইনা য়াওরি; থৌরমদু থা-খুদিংগী মফম হোং-হোংদুনা পাঙথোকই। থৌরম অসিদা রাধামনি, তম্ফা, সুমতি ঈশে খুম্বা নত্তনা ঈশে হনবদি ঙমদে। মরমদি শক্লিবা ঈশেদু ভজন, কীর্ত্তন ঙাক্তনি। মমৈথংদদি মখোয় অহুম তানরগা গোবিন্দা ঈশে তল্লসি হায়না লেপ্পরে। লেপ্পখিবা মতুঙইন্না নোংমা নুমিদাংবাইরম পুং ৩ মুক তাবা মতম অদুবাইদা মখোয় অহুম হৌনরগা গোবিনগী ময়ুমদা লাক্লে। মফমদু য়ৌরক্লবদা ওইরম্লিবা মহৌশাগী ফজবদু মখোয় অহুম্মক্লা য়াম্না পূক্লিং চঙনা য়েংলি; বারী-বাতায় শানরি। মখোয়না বারী শানবগী শামিন ফংদুনা গোবিন ইমুঙদগী মপান থোরকই; হেক উবদা মহাক্লা মখোয়বু কদায় চৎলুরিবনো হংলকই। তম্ফানা "সুম কৌইথোরকপনি" হায়না খুম্মী। গোবিন্না, মখোয়না ফম্লনবা ফক অমা থারগা মহাক চা লোল্লুখিগে হায়রম্লগা ইমুঙ চঙগে তৌবদা রাধামনিনা, চা-দু মহাক লোঙরুগে হায়রকই। গোবিন্না "নংবু চা-লোনবা হৈগদ্রনে?" রাধামনিনা "কৈদৌ

হৈতনেগে, চা-চিনি লৈফমদুদা তাকপীয়ু।" হায়বদগী গোবিন্না মাঙ থারগা মখোয় অনী তুংথ-মাঙথ ইমুঙ চঙখ্রে। গোবিন্না রাধামনিদা চা-চিনি লৈফম তাক্লম্লগা মহাক মপান্দা থোরক্লে তৌই। মরমদি, নুপী অনী অমনা মপান্দা লৈহৌরগা মাগা রাধামনিগা ইমুঙদা লৈবদু পামদবদগীনি। গোবিন্না মপান থোকখিদৌবদু উবদা রাধামনিনা "তা গোবিন। চৎখিনোবা" হায়রকই। গোবিন্না "কৈগু তৌরেই অদুম লৈয়ু"-"বা অমত্তা হায়গেবা, হায়মাঃ চৎখ্রে, মতামনি।" মহাক্না হায়রিবা বা অদু থৌওইনা তারুদনা গোবিন মাঙ্গোন্দা থোরক্লে। গোবিন্না মপান থোরকপদু উবদা স্নুমতিনা তম্ফাদা মখোয় অনী চাগা চানবা অচাপোৎ লৈরুসি হায়রকই। তম্ফাস্নু য়ারদুনা মখোয় অনী অচাপোৎ লৈবা চৎখ্রে। গোবিন্দু মাঙ্গোন্দা মথন্তা ফমহৌরি। মখোয় অহুম্না ঙসি থাজদনা মাগী ময়ুমদা লাকইবদুগী মরমদা খল্লকই, "রাধামনি লৈশাবীনি, তম্ফানা মচা-মবা লৈরবিনি। স্নুমতিদি?"

## ১১

স্নুমতি, রাধামনিখোয়গী লৈকায়দা লৈবী নট ঈশে শকপীনি। চহিস্নু মখোয় অহুম লোনগানি, খর-খরবুদি লৈনরমগনি অদুবু মমিং-মমিং কৌনবনি। স্নুমতি থাঙমৈবন্দা লৈবা রোমেস কৌবা নুপা অমদা ময়ুম পাল্লুরবী, মচা য়াওদ্রিবী, তগৎ-তগৎ তেক্লিবীনি, লৈশাবীগুম্বনি। লৈবমক ঙমদ্রবস্নু মমল হংনিঙলিবা পোত্তানি। মহাকসি শাওং-শাদা য়েংবদা চৎনবা য়াবী, রাশি লৈবী য়েংনিঙবা মায়তানি। হৌজিক, স্নুমতি খুত্তা লোঙথ্রায় পায়, খ্বাঙজেৎ কিশি লাং, হাপ্পিমখৈ চনবী, সনা তুঙ্গোল চিনখুবী নীঙ্গোংনরগা নুংশি লৈম্লে তাল্লিবিনি। ঙাকেম-তুবেম লৌবিদে, ঙাখা-ঙচিং লংথোকই, মহাক্না তাল্লিবদু চাবদা হাওগদবা অমত্তনি।

MJ

মহাক্কী নুপাদু লম্ফেলগী শক্কর টৌকিজ মনাক্তা পান-দুকান ফম্বনি। অয়ুক পুং ৮ দগীনা নুমিদাং পুং ৮/৯ ফাওবা মফম অদুদা পান দুকান ফম্লগা হিংনবগী লানফমদা লানথেংনরিবা মীশক অমনি। নুমিৎ খুদিংগী মফমদুদা লাক্‌ইবা লৈশা-পাম্বং, মৌ-অরীবিশিং অমদি হনু-লাম্চা কয়াগী কোল্হিং কারবা আর্ট কয়ামুক তক্তনা উরি। করিগুম্বদস্‌ মাগী দুকান মরুমদগী ময়েক-মশোন শেংদ্রবা মখোয়গী প্রেম-কহানি কয়াস্‌ তারি। নুমিদাং ময়ুমদা হল্লকপদনা চোকথরবা দেহেদু তেকখৎনবা গ্লাস ১/২ পায়শিল্লগা মাগী বাজাজ স্কুপরদু তোংলদুনা, ঈশে হাইফেৎ ঙংলগা হেক-হেক হল্লকই। বন্দ, ষ্ট্রাইক, মশা ঙমদবা, থৌদোক-বাথোক নত্তনদি ছুটি লৈতবা থবক্নি। করিগুম্বদা মহাক্লা মন্দা নুংঙাইনা হল্লকপদা, মাগী নুপীদু ঈশে শকপা চৎখিদুনা লৈরমদবদগী নিঙবা কায়কস্‌ কোন্সয়নি। "ঈশে শকপসিবু তোকহল্লসিরা" খনবা মতাঙ য়াওরকই। নুমিৎ খুদিংগী তারি উরিবা ঙাক্তনি, কন্যা কৎখ্রে, বারক-বাতেম্মগা ময়ুমগী মীওইশিংদা শিন্নখ্রে, মচা অহুম লৈরবিনি অসিনচিংবা। মরাইবক্লা তৌরিস্‌ চহী ২ মুক লৈমিন্নরবা ফাওবদা মখোয়গী মমীত্তা মচা অমত্তা উদ্রেদো। মানগা দুকান ফম্বনিনা কয়া লূজ-নাজদকগা করিগীস্‌ চিংনরোই? অদুবু মপানদি মমৌনুপীনা ঈশে শকপা চৎপদু শেন-থুম খর-খরা মথোকপনিনা থোঁইনা অথিঙবা লৈতে; চিংনদবা ঙমদে পান-দুকান্দার। অদুগা মপা গোকুলদি ঈশে অস্বক্কী মতীক পামজে। মরম অসিনা করিগুম্বা কান্দা মমৌনুপীবু (১) মানা পাপী কয়া লানবিবা, ভক্তশিংবু কনবিবা, চানবিহেবা নিত্যাইনি, জীবগী পাম্বে ওইবনি। (২) হরি কাওগনু পূক্লিং লাংতক্লবা কান্নরোই। হায়বা মনশিক্ষাশিংসি শকহল্লগা মহাক্লা মমীত্তা মপী তাবমখে কপ্তুনা তাজবা ঙম্মী। করিগুম্বদা মপুরোইবগা নিঙাই শাংদানরক্লবস্‌ "হৌজিক নহা ওইরিঙে, মচা-মশু য়াওদ্রিঙে, মখোল-মবা ফরিঙেদা শকহৌদনা হয়েং অহল ওইরক্লগা শকপা য়াগদ্রা" হায়রগা কনখৎপিবদগী স্নুমতি ঈশে শকপা অদুম চৎলি।

নোংমা বগু তৌবা নুমিৎ অমনি। রোমেস, মাগী পানদুকান্দু থোঙ হাংবা য়াগদ্রা খন্দুনা, ময়ুমদগী চাক-ঈশিং হোৎনরগা, ব্রেক্কা নিঙথিনা ফাবা য়াদ্রবা মাগী হেরো সাইকলদু তোংলগা, নিতিগী মতমদগী খরা থেঙলপ্না দুকান চৎলি। লম্ফেল য়ৌরগা কোয়য়েং য়েংবদা পান-দুকান ১/২ দি থোঙ খজিক-খজিক হাঙলগা ফম্লি। অদুগা দুকান অচৌবশিংদি থোঙ অমত্তা হাংনদে। মশাগী য়ুমদা নপশিল-খাজিল্লগা ফম্বা হোটেলগুম্বা খরদি থোঙ হাঙবা উবদগী, মাস্তু থোঙদু মচি অমা হাঙলগা পোৎ য়োনবা হৌই; কয়াম্বু শিত্তো। অস্তুম্না পুং ১ মুক লৈরবা মতুঙদা নহারোল, নুপা, নুপী, মৌ-নহাদগীনা মীয়াই চল্লবা-চল্লবী ১০/২০ মুক্লা লাও-খোংদুনা নুংনা থাবা হৌরকই। মদু উবদগী মহাক্কী দুকান্দু মৈগা থাদোকপিখিগদ্রা খনবদগী দুকান্দু থোঙ লোনশিল্লে। থোঙ লোনবগা হেক থোরকপস্তু ফরক তাবদগী, দুকান মনুংদা লৈরিবা পোৎ-চৌশিংদু লোইশিন-খমজিল্লি। পোৎ-চৈ লোইশিনবদু লোইরবফাওবদা মহাক মপান থোকপা চিংনরদুনা মনুংদা অদুম লৈরে। নুংশানগা হায়গৎলকপনে, চাক্লগা নস্থরকপনে, ঙাইহাক্তদুম পোথাখিগে খন্দুনা দুকান মনুঙদা থারিবা বেঞ্চ মতেক অদুদা তুথখ্রে; মহাক চাননা তুমখ্রে। মীৎকপ থোক্লকপদদি নুংখিলগী পুং ৩-৩০ তারম্লে; দুকান অমত্তা থোঙ হাংবা উদ্রে। চৎলগে খল্লদুনা পিপাদগী ঈশিং খরা লৌরগা মমায়-মমিৎ তাথোক্লে, মশম-মনা হাত্তোক্লে, দুকান্দু শো লোনশিল্লম্লে। অদুগা মানা নিতিগী চৎপা লৈরক অদুদা মাগী সাইকলদু তোংলগা লাক্লে। অস্তুম লাকপদা, লৈরক অদুদা লৈবা মাগা তিম্নজবা, শিনফম তিম্নদবদগী লাপথোক্লখ্রবা মরুপ অমা লোঙ্গী অমা শেৎ, মোজাফুরিং অমা লিংলগা মশাগী থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা লৈরম্বদু কোক থেঙনরে। রোমেসপু হেক উবদা মরুপ্তুনা "ভায় রোমেস। বগু নুমিৎসিদা কদায় চৎলুরিবনো" বাহংসিনা কৌরকই। মসি তাবদা রোমেস সাইকলদু মরুপ্তুগী মনাক্তা থৌজিল্লগা খাল্লগা হায়রকই, "শামো ভায়। ঐখোয় থবকসিদি বগু নৎত্রদি ছুটি লৈতেনে, মরুপ-মপাঙগা অমত্তা উনবা ঙমদে।" বা-অসি তাবদা শামোনা "হোয়নে। ঐস্তু ঙসিসি বগু লৈবসিদা

তৌফম খঙদদুনা লম্বা অমত্তং ফংলবদি খন্দুনা লৈরম্মিবনি। উনদবস্সু কুইরে, ঐগীদা ঙাইহাক্তং পোখারুসি হায়ববু য়াম্না কায়রগদ্রা?" তাবদা রোমেসনা, — "য়াইনে, মরুপ মপাং উনববু করিগী কায়বা, লাইবক ফবনি।"

অস্সুম্না মখোয় অনী তুংথ-মাঙথা চঙমিন্নরক্তুনা শুমাঙ য়ৌরক্লে; রোমেস মাগী সাইকল অদু মফমচানা ঙাশিল্লি। শামোনা ইমুঙ চঙখ্রগা ড্রেইং রুমগী থোঙ হাংদোরকই। মতমদুদা রোমেসনা মাঙোল কাখৎনবা খোঙউপ লৌথোক্লিবদু শামোনা উরকই, "ভায়! য়াওজসনু হেক্তা চঙবিরকউ" হায়রকপদগী রোমেস খোঙউপ্পু লৌথোক্তুনা চঙখিদুনা ড্রেইং রুমদা থারিবা সোফা অদুদা, ড্রেইং রুমগা ইমুঙগা ফাওনবা থোঙদুগা মায়য়োক্লনা, শামোনা হায়রিবা থোঙ অদু তুংওইননা মখোয় অনী মায়য়োক্লনা ফমথনখ্রে।

শামো মেডিয়ম সাইজগী ইমুঙনি; মমা-মপা লৈখিদ্রে। মাগী থবক্তু মপাগী মহুত্তা চঙহৌবনি। মথক্তা মচে অনীগা মাগদনি; মচে অনীমক ময়ুম পানখ্রে। ইমুঙ অদুদা মানা ব্যবহার তৌবা য়াবা মথক থোংবা কনাস্সু লৈতবনা মহাক চাবা-থকপদা মনিঙ-মখা তম্মী। অসি ওইদুনস্সু মহাক্কী লৈরিবা শাগেগী অহল-লমন অমদি মপা-মতোনশিংবুদি মহাক্কা ব্যবহার তৌই; মহাক মতমগী চৎনা-লোনচৎ খঙবা অমস্সুং থবক তৌবদা মনা-মনিল নাইদনা, হৈশিংনা পাঙথোকপা মীনি।

মীখোল তাবদগী শামোগী নুপী আনন্দি ফাওনফম থোঙদুদা লাক্লগা মীশিংদু কনা-কনানো য়েংলবদা রোমেসকা থোক মায়য়োক্লে। মতম অসিদা আনন্দিগী শক্তম — মশা-মউ ফৈ; কুচু পাম্লী, খুদাংককপী ফুরিং অমা লুজ ফিস্তিংদা লিংলি। পারপ্পা লৈচিন্না নুমিৎপু খনবগুম মমিদি অদুম মউই। হৈখা অমুনবা মচুগী ফনেক অমা ফিজিন্ পৈতক্লা ফিরে চাওরপ য়েপ্লগা য়াম্থরপ শেৎলি; ঈশিং ঈরেগুমই। রোমেসপু উবদা লৈথোক্লগা ফিদোল শৎ চিংখৎখি। হৈ-শিংলবা কেমেরামেন্না নম্বা ফোটোগুম শক্তমদু রোমেসকী মমীৎত্তগী অমত্তা

নাম্থোকখিদে। শামোনা "হাই! মমা নংবু তারিবরা?" হায়রগা তুং-হম্না য়েংথোক্লুবদা আনন্দি লেপ্লম্বদু উরকই "ওঃ নংস্থু লৈরম্মিদনা, য়েংঙেহি! ফল্লিবা নুপা অসে ঐগা লাইরিক তম্মিন্নরকপা নুংশিপ্রবা মরুপ্নি। হিংনবা হোৎনবদা শিনফম তিন্নদবদগী লাপথোক্লখিবনি। লম্বী-লম্মখাওদা উনরস্থু কৌনৌকো।" বাসি তাবদা আনন্দিনা মহাকস্থু রোমেসপু উখিবগুম তৌখ্রে হায়রকই। রোমেসনা "উরমগনি-উরমগনি, ঐখোয়নদি নোং-ঙানবদগী নুমিদাংগী পুং ৭/৮ ফাওবা সিনেমা হোল মমাঙদা ফৌদুনা লৈরবনিনা খঙবিরমগনি।" আনন্দিনা নোক্লা-নোক্লা "হোয়নে, শঙ্কর টৌল্কিজ মমাঙদা পান-দুকান—।" "মান্নি-মান্নি।" শামোনা "কুইনা উনরুদ্রবা মরুপ্নি; করিনো খরা হাওগদবা অনীখক্তা শেম্মকউ।" মপুরোইবগী বা-তাবদা আনন্দিনা নোকমি-নোকমি তৌরগা "করি ওইনা তৌজরকউ হায়বনো?" শামোনা —"খঙদেনে; অমদু ওইনা তৌরক্কেরা" হায়রকপদগী আনন্দি চৎখ্রে। রোমেসনা মাগী ফুরিৎখাওদগী নেবিকট উপু অমা লাইটর অমগা লৌথোক্লগা সেন্তর টেবলদুদা থম্মী। শামোনা —"ইহেঃ চানবদি ঙরাংগী ঙা-অতাওবদু মতম ২/৩ লৈরমগনি; গ্যাসতু থাগৎলগা হাইফেত্তং শাহন্নকউ" খরা লাওরপ্না হায়খিবনি। শামোগী বেলকমদু ফজমনবদুদা রোমেসস্থু করিগুম্বা খরা তৌদ্রবদি ফৎত্রে খল্লদুনা পর্সতগী য়াঙেখ-চৎপী নোট অমা লৌথোক্লগা মাস্থু খরা হাপচগে হায়রগা টেবলদুদা থম্মী। মদু উবদা শামোনা ঙসিগী ওফরসি মাগী ওইজরগে লৌশিনবিরো। মদুদা রোমেসনা মাগীস্থু খরা য়েংবিয়ু হায়দুনা মখোয় অনী পৈশাদু ইম্থোক-ইনশিন তৌনে; অদুবু শামোনা ঙমদুনা পৈশাদু লৌদ্রে। মথংদা শামোনা মখা তারকই "ভায়! করম-করম পানবিরি; অঙাংনা কয়া শুরবা? ষষ্ঠিগা বার্ত্তন অমত্তা তৌরকখিদ্রেনে।" মদুদা রোমেসনা খুম্লকই, মাগীদি অঙাং লৈত্রি। শামোনা "লুহোংখিবা চহী হেনগ্রবদুবু অঙাং য়াওদ্রিবরা?" মসি তাবদা রোমেসনা "উম। হেক্লেএদনা কমদৌনি? পোক্তবনিনা।" — "অদুদি নংগী নুপীসি অতোপ্পা অমা শিন্দোকঅসি ভায়!" হন্দক্তি আনন্দি,

M/

খরা ফবা ফনেক অমা হোংদোক্লগা মঙকশমদা ফি-মতেক অমা য়ানশিল্লে, ফুরিত্তুদি অদুম লিংলগা মেডিয়ম প্লেট অমদা ঙা-অতাউবা মতম ৪/৫, ঈশিং থম্না য়াওরবা গ্লাসকী জগ ১গা মখুৎ নাম্ম-নাম্মা পায়রগা থোরকই; সেন্টর টেবলদুদা থম্মী। মানা থোরকপদা মপুরোইবগী বাহেদু তাহৌবদগী মদুগী মপাচানা "মচা পোকক্তে হায়দনা নুপীবু হেক্তা খাইনবা য়াব্রো?" হায়রম্লগা আনন্দি অবাৎ-অপা লৌথোকপা অমুক চঙখি। মখোয় অনী চুরুটতু অমমম লৌরগা চমখৎলি। আনন্দি অতোপ্পা প্লেট অমদা তিন্হৌ অশোইবা খরা, থুম-মোরোক খরা হাপ্লগা, শাংতক তৌবা গ্লাস অনীখক্কা পুথোরক্লগা থনম্লে; অদুগা অমুক চঙখ্রে। শামোনা "ভায়! কান্নদে থেঙখিনবনি। পায়বা হৌসি" হায়রগা ঙা-মতুমদু থুম-মোরোক নম্লগা চাবা হৌরকই, রোমেসম্নি। হন্দকমুক্তি আনন্দি *ওল্ড মোঙ্ক* ফুল অমগা লোয়নরক্লে। বোট্টলদু টেবলদুদা থম্লগা মোমোন তৌরগা "অবাৎ-অপা লৈরম্নু হেক লাওবিরকউ" হায়রম্লগা অমুক চঙখ্রে। শামোনা ফাগী তৌই "নংম্নু নশাদু শাগৎনবা মচা অমত্তং পায়রো লাওদনা।" আনন্দিনা, "ঐদি হান্না শাগৎচরে মৌই-বানা (মখোয় মপানা) খঙবিদবনি" হায়রম্লগা চঙখ্রে। তাবদা রোমেসনা খম্লকই, "ওন্থোক্লা নুংশিননা লৈমিন্নৈদকো, ঐগী নুপীনা মরুপ-মপাংগীদি লায়রদনা নোংমতা অম্সুম্না ঐগী সেবা তৌখিদ্রি। মীগী নুপীনা করম্না তৌরিবা? কান্নদে, ঈশৈ শকপসি তোক্ত্রিমখৈদি ঐগী নিঙবা সুকথুং-থুংলরোই, খঙ্গনি ঙসিদি;" লোয়ননা আনন্দিনা চঙখিবদু মুন্না য়েংদুনা লৈখি। শামোনা থোঙদু লাম্মগা খরা ঙাসিল্লি, বোটল মনিঙ অদুনা মখুত্তা দক-দক শুই, মখুম হাংই, কদ্রক-কদ্রক। গ্লাস অনীদুদা চাং মাম্মনা টোরো-টোরো হৈথরকই, কোঙ্গোল বৃ-বৃ কাই। মখোয় অনী চপ মান্নমা গ্লাসতু থাঙ্গৎমিন্নে, "চিয়রস" হায়রগা কেক লাওনা থেঙজিন্নৈ, থকপা হৌনখি; রাউণ্ড ২/৩ শুখ্রে। চঙখিবা পোৎ মথৌ পাঙথোকপা হৌরকই। শামোদু নিশা ফজনা পাম্লদুনা লৈয়েং ইফাই-ফাইনা হায়রকই, "ভায়! ঐগী নুপীসি মিংতগী ওইবা আনন্দি নত্তে৷ "আনন্" হায়বদি নুংঙাইবা, "দি"

হায়বনা পীবা, ঐবু নুংঙাইবা পীরিবী আনন্-দিনি;" মখোয় অনী ফাক-ফাক নোকমিন্নে। "নোংমতা তল্লি, হৈনদে, হায়খিদ্রবী ঐতবু পেন্নবা, ঐতবু নুংঙাইনবা হোৎনদুনতা লৈবী ঐগী আনন্দিনি, মবুক্না ফরিবা" ঙাংন-ঙাংনা হৈথরি, হৈজিনখি, লিক্লিদুমা লৈইশিল্লক্লে, রাউণ্ড অমরোমদমক ঙাইশিল্লক্লে। রোমেসন্সু খোঙ্জেন ফাইরপ্না, মাগী মরুপ্না হায়রিবদু "চুম্মী ভায়। মবুক্তি ফনা উই। নোংমতং লাকপা ঐনা অম্সুক নুংঙাইরবসিনদি, লৈমিন্নরিবা নহাক্নদি কয়াম নুংঙাইরমগনি, তমদুনা থোক্লেই" হায়রকই। রোমেসকী বাহৈসি তাবদা শামোনা মখুৎও-মশাও তৌরদুনা হায়রকই "থোক-লোই, থোক-লোই। কন্নাই তমদোইবা, হা? অদো ভায়গী নুপীদি কমদোঁই?" — রোমেসনা, মাগী নুপীদি হায়রুদুনা কান্নদে নোংমতা মাগা নিঙখিজনা বারী-বাতায় শানবা ফঙদে হায়রকই। মসি তাবদা শামোনা মমীৎকাদু লাওথোক্লগা "করি? লৈমিন্নরিবা নুপীবু বারী শানবা ফঙদে, হায়নিঙদ্রগা তোক্লস্সু য়াই, বারীগী বানি।" শামোগী বাঙাং অসিদা রোমেসনা অম্সুম্না খুম্নকই, — "মদুই বা নত্তো। ঐনদি নোংঙানবগা ইচিঙ্গাক থিবা কোয়চৎ চৎপনিদো"— "উম। হায়থরকউ"— "নুমিদাং অসিনা পুং ৭/৮ তারবা মতমদা খরা পায়শিল্লগা হায়রং-হায়রং হন্নকপনিদো"— "মখাদি"—"ঐনা অদুম্না হন্নকপা মতমদা ঐগী সেবা তৌবিনবা ঐগী নুপী লৈরমদে।"—"আ-আই! নুপীনা নুমিদাংদস্সু কোয়চৎ-চৎপ্রা?" বাসি তাবদা রোমেসনা, "মহাক ঈশৈ শকপীনি; লুহোংবা, কন্যা শেন্নবা, অদুগীনি অদাগীনি হায়দুনা চৎপসি মায় মথৌনি। মতমদুদা ঐদি নিশানা কুপখিদুনা মহাক্না হন্নকপদু খঙদ্রে; অদুগা কদায়দা তুম্মীস্সু খঙদ্রে।" শামোনা, "সবাস। বারীসি তাবদা ফন্দুম নুংঙাইরিনে; অদো পৈশাদি কয়াম পুরকই?"—"চৎপু চৎলুরবদি ৫০০ টু ১০০০ এণ্ড অবভ্।"— "ওঃ শেনদি খরা থোকইদনা। অদো, শেন ঙাক্তনা য়াদবস্সু লৈরিকো ভায়। হৌজিক লাক্ষ কায়ানো তিঙ্গে, মমীক্তা মচা অমত্তা উহনবিয়ু হায়বা মী য়াম্না লৈকো; উপায় লৈতবদগী মীচানা মচা শাবস্সু

য়াওরিবনি, তাবদবু নুংঙাইতেদো।" মথবায় নুংঙাইতবগী মওংদা তপ্লপ্না রোমেসনা হায়রকই, "অদুনি, ঐস্মু মরুপকুন্না ওফিসকী থবক মচা অমত্তং তৌজরম্লবদি মাগী ঈশে শকপদু তোকহনবস্মু য়াবনি, মদুদি ঐখোয় অনীমক্তা থোক্লেদো।" মতম অসিদা শামোনা রোমেসতা মাগী নুপীদু খায়নখ্রগা অতোপ্পা ঈশে শক্তবী নুপী অমা মশা নহা ওইরিঙেদা য়েংহৌরো নৎত্রবদি মহাক তুংদা নিংঙমজরোই হায়রগা লাস্ট রাউণ্ড থাঙ্গৎখ্রে।

হৌজিক শামোনা শেংলিবা লোঙ্গী অদু মানা লেঙবা, হাইবদা নাকল য়েং-ওইদা নাম্থখিদুনা অওপেন্টি অদুদা ঙায়হৌরে; মাগী ফীভমদু য়াম্না ফজরে, য়েংহেদ্রে। মহাক মফিদু শেংচিন্নবা ফনা কন্না হোৎনজে; অদুবু ঙমজদ্রে। নিশা পাল্লকপদগী ঙাংনরকইবা বাদু আনন্দিনা ইমুঙদগী তারদুনা কা'দুদা চঙলকই। মপুরোইবগী ফীভম অদু উবদা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লরুগা "মীগী মমাঙসিদা ঐদি ওস্থোক্না ঈকায়জখ্রে" হায়না মুরুম-মুরুম শোল্লগা মপুরোইবগী মফি-মরোলদু শেমজিল্লি। আনন্দিগী বাহৈসি তাবদা শামোনা, "কৈই ঈকায়বা হা? নির্তিই উ' লৈর' নংবু কৈই ঈকায়দৌইবা? কদায়দা করি দাগ লৈ, শমক্র কয়া থুংই, খঙ' লৈরবা নংবু কৈই ঈকায়দৌইবা? ঈকায়দে।" আনন্দিনা মাগী নুপাগী মফিদু শেংচিন্নবা হোৎনরিঙেদুদা শামোনা "ওঃ মাই ডার্লিং। ঐ হৌগৎতদি নং ফিদু শেং' য়াররোই, ঐবু খ' চিংখৎলু।" মপুরোইবনা হায়বা মতুঙইন্না আনন্দিনা শামোবু চিংখৎলি; ঙমদ্রদুনা হায়রকই "মোইবাস্মু খরা য়াওবিরকউ।" মতম অসিদা রোমেসতি মৈ-মুৎলবা চুরুট মতেক অমা খুদুম তাশিল্লবা খুরক্তা চপ্লগা খুদুম অদুনা মচিনবান্দা থল্লগা নুঙগী মুর্তিগুম ফল্লি। মহাকপু উবদা আনন্দিনা মাগী মতেং পাংবিনবা হায়জরকই। আনন্দিনা হায়জবদু তাবদগী রোমেস চুরুট মতেক্তু মচিনবান্না চপ্লগা আনন্দিগা লোয়ননা শামোবু নাকল-নাকল পায়মিন্নরগা চিংখৎলে। রোমেসস্মু সোফা, সেন্টর-টেবলগাদু লেঙহৌ-লেঙহৌ উরি। মখোয় অনীনা সাইড-টেবলদু ইস্থোক-খোত্তোক তৌদুনা শামোদু ইনবোই-চিংবোই পুথোরক্লগা অহাঙবা মফম অমদা লেপহল্লি। মহাক্না

শেৎলম্বা লোঙ্গীদুদি সোফাদা ইশন-শান্না তাহৌরে; বোড়ি কিল্ডরগুম লেপ্লি। মতমসিদা আনন্দিনা, মপুরেইববু থাদোক্লগা লোঙ্গীদু খুনগৎকে তৌরুই; রোমেসন্দু লাইটরদু লৌখৎলগা চুরুট মতেক্তু চমগে হোৎনরি। শামোদু মথন্তা লেপচবা ঙমদুনা হাইথরক্লে। মহাক তুনিংদদুনা অফঙবা পোৎ অমা পায়গদবগী মখুৎ লাম্লকপদা আনন্দিনা শেৎলিবা মফিদা য়ান্নবদা, চীংমায় থন্না হৌরিবী চংবী লফু শাফবীবু য়াংগোই শাফবনা মকা খোকপগুম - -। খঙহৌদনা কুপ্লকপা নোংথাংগুম কাদু পুমঙান ঙানখি; রোমেসে মমীৎ উইশিন্নগা খাঙখি। আনন্দি, লোঙ্গীদু খুন্দনা তুং-ওইননা মফিদু তাপ ফায়। "করি নুপানোনে মসিবো" হায়রগা থক ইস্থোকখি। পায়রম্বা ফিজিদু নাম্থোক্তুনা শামো ফক্লাঙলোমদা তুশিনখ্রে; মরাইবক ফবদগী ইশোক-শোকহৌদ্রে। মহাক মপুরেইববু হন্না য়েংদনা মফিদু শেৎচিন্নবা হোৎনরি। মতমসিদা লৈমায়দা শুজিন্নগা লৈরিবা শামোনা "আ'ন্দি! ঐ খ' ঙাও'সিদা নং চান্সেল্লর ওল্লেনে, হা!" আনন্দিনা "মৌই-বা। ঐনা পান্নরিবসি মী অনীনে, অনী।" — "আঃ আইঃ মী অনী পান্নরিনেএবা, অদোইদি নং পগালিনি ওইরেনে?" শামোগী বাঙাংসিদা আনন্দিনা "ও। অমদি মৌই-বাগী মরুপ্নে। মরুপ!" হায়রকপদা শামোনা রোমেসতা ওনশিল্লগা মখুৎ লোন্নদুনা - "আ-আ-ই-এম সোরি! মাই ফ্রেণ্ড" হায়রগা এপোলোজি তৌই। অমুকহন্না মখোয় অনী চঙদুনা মহাকপু চিংখৎলগা ইনবৌই-থাঙবৌই তৌদুনা উচিন-নাচিন্না ফমুঙ য়ৌখ্রে; শামো ফমুঙদা ফল্রাক তাখ্রে। রোমেসন্দু ফল্লাং, থোঙজিনগাদু পায়র-পায়রদুনা থোরক্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে।

সোমদনা স্নুমতি, নুমিদাংগী চাক-ঈশিং লৌইরদুনা মনেম-মকুবু পীজ-পীথক তৌরে; মহাকন্দু চারে। মহাক থবক-ইনখাঙ লোইশিল্লগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্তুনা মমীৎ-মমায় তাথোক্লুরে; ড্রেসিং টেবল মনাক্তা চঙলগা ফেস পাউডর পপুনা মমায়দু হায়ফেৎ নানশিল্লি, মচিম্বান মনুঙদু লিপষ্টিক হায়ফেৎ তৈশিল্লি, মশামদু শমজেৎ অমনা শৎ-শৎ হাত্তোক্লগা বাংলপ্পা পুনখৎলি।

M.

অস্থুম্না কাবক কেরুগা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইহিরি। মহাক মাগী ফমুঙদা ঙাইহাক হিপ্পী, ফুক হৌগৎলগা সোফাদা অমুক ফম্মী, রিমোত্তু পায়খৎলগা পিং-পিং মেত্তুনা টি-ভিদু চেনেল খরা য়েংই, মদুস্তু মুখৎখ্রে, মশাদু য়াম্না লাংতক্লনা উই। খল্লকই, "বন্দ নুমিৎসিদা কনাগীদবু লৈরিবা, ঈশ্বর ইবুংঙো। ঙসিদদি থকপিরক্তবা।" স্থুমতিনা খ্বাইদগী হৈনদবসি য়ুনি; মপুরোইবনা য়ু-থক্লবদি মহাক্কী ইন্দ্রিদু খুইজিল্লি। মমৈথংদা মহাক, মাগী হারমনিয়মদু পুথোক্লগা "ধ্যান যজ্ঞ ঙম্লরোই, মন্ত্র অতৈনা কাম্নরোই, হরিনাম্না অথোইবা মন্ত্রনি" হায়বা ঈশৈদু ঙংই। মদু মকুবোক্লা তারদুনা মমৌনুপীদা ঈশৈদু খরা লাওনা শক্লবা হায়রকই। অহানবদদি মহাক ঈশৈদু তপ্না ঙংলম্বনি। মকুবোক্কী য়াথং ফংবদগীদি মহাক ঈশৈদু মখোল থোক্লা শক্লক্রে; মকুবোক্তু মমৌনুপীগী ঈশৈনা শুমখ্রে। অস্থুম্না মহাক্লা ঈশৈ শক্লিঙৈদা মপান্দা ক্রোক-ক্রোক লাওবা মখোন অমা তারকই। মাগী সাইকলদুবু ব্রেক্স য়াওদবনি, মহাকসু ওইরমগদ্রা খন্দুনা মপান থোরক্লগা য়েংলবদদি রোমেসতু দাড়ীদা গাড়ীদু বাইশিল্লগা তুশিন্দুনা লৈরিবদু মাঙোনগী মৈঙান্দুদা উরকই। খল্লকই, "ওস্থোকপগী ঈরায়বক্লিদা, নোংমতবু নিংথি- নুংঙায়না হল্লক্তেন্দা, কয়ামুক হাউখ্রবনো।" অদুবু মহাক চঙশিন্দুনা মপুরোইবগী মনাক্তা ফমথরে; মখুত্তু মরেঙবান্দা থাঙ্গৎলগা কোন্দুনা চিংখৎচরে। মতমদুদা রোমেসনা হায়রকই—"মপুরোইবগী সেবা করম্না তৌগনি খঙদবী নহাক্লা ঐগী নুপী ওইবা য়ারোই, নপাম চৎখ্রো।" বাসি তাবদা স্থুমতিনা নোকমি-নোকমি — "ঐসে ইবুংঙোগী সেবা তৌজগে ঙাইজরম্লিবনি, করি-করম্বা সেবানো" হংলগা মপুরোইববু কোনশিন্দুনা ইমুঙদা পুশিনগে তৌরম্বদা রোমেসনা য়াম্না শাওনা মঙোন্দা শোক্লক্কনু মাংই হায়রগা স্থুমতিবু ইস্থোক্রম্লে, অদুগা ইমুঙদা চঙখ্রে। মীনা চিংখৎপিদুনা হৌগৎলক্লগা চিংখৎপিরিবা মীদুবু মাংই হায়দুনা ইস্থোকপা; হে য়ু-ঙাওবা! নংতনা অচুম্বনি। মহাক্লা চঙলকপদা স্থুমতিনা খোংলম্বা হারমনিয়মদু উবদগী মদু পুথোরক্লগা শুমাঙদা লৈরিবা চবুতোরা

অদুদা ২/৩ লক য়েশিন্দুনা থুগায়বিরে। হারমনিয়ম থুগায়বগী মখোল অদু তাবদা মমা ইবেম্মা কমলিনি থোরক্লগা চেনশিন্দুনা মচানুপানা তৌরিবা থবক্তু খাম্মী; খামজে হায়বদু মঙাই, পারীনদি য়াবিদে। থৌওং অদু উবদা মকা লাম্মা লৈজরম্বী স্নুমতিগী মায়থোঙ কোরৌ মৈশা খাঙওমদবী খুজঙ পাম্মীগুমখ্রে; হায়জবদি ওমখিদে। অসিদম্মু নত্তে, মহাক্লা ঈশৈ তিন্নবদা শিজিন্নবা পুঙ অদুম্মু লৌথোক্লুরগা মাঙ্গোলদগী লংঙকপদা থরো-থরো ওনখিদুনা শুমাঙ মতোন য়ৌখ্রে, মণ্ডিলানা য়ুম্লোম্নবগী শুমাঙদা তাখ্রে। ওম্হোকপনি। ঙসি ওইরিবা স্নুমতিগী দষা। মাগী শিনফমগা মরীলৈননা লুনা থমজবা যন্ত্রশিংদু অদুম্মা য়েখায়-থুগায়বা তৌরকপা অদুদদি স্নুমতি থম্মোয় শোক্লা কপ্লগা মপামদা চংকনি হায়রক্লে। মপান্দা লাঙনবদু তাবদা রোমেসকী মপা গোকুল তম্বা কায়রদুনা থোরক্লে। মহাকম্মু তমথরুবা তাঞ্জা থোকউবদগী পোৎ-চৈশিংদু অমত্তা কনবা ঙমহৌদ্রে। মচানুপানা তৌরম্লিবা থবকশিং অদু উবদা হায়রকই, "নহাক্লা তশেংনা য়ানিংদ্রগা ঈশৈ শকপদু তোকহন্সু ঙায়দনা। নংনা মাঙহম্লিবা পোৎ-চৈশিংসিনা লুপা কয়াগীনো? থক্লকইবা য়ুদুনা লুপা কয়াগীনো? নংবু লৈকায়সিগী মমাংদা ঈকায়দ্রা?" মপুরৈইবগী বাহৈশিং অসি তারবদা কমলিনিনা "ঐদি মসি নোংমদি শোয়দনা থোক্লরনি খনবা কুইরবনি; অদুনা নুপীমচাগী ঈশৈসি মতম খরা লেপহনখিসি হায়জবনি; মপাইবুংঙোনা স্নুক্যা-য়াবিদবা। হৌজিক্তি ঐগী য়ারক্তা তারেদো।" হায়রকই। তাবদা গোকুন্না মাগী নুপীদা ওনশিল্লগা হায়রকই "করিনো নংনা ঙাংলিদুবো? চৎপু চৎলুরবদি ইমৌসি খরদি পুরক্লিদনা, অরেম্বদা চৎপদি নত্তেদনা। নচানুপা অসিদা চা-থক্লবা লুপা ৫/ ১০দং পীয়ু হয়রুবদি নিবগা চপ মান্নে। নোংমতবু হরাও-হরাও পীরকখিবা লৈব্রো? খরা চৈরক, লাক্তনা খরা লংথোরক লৌগদববু ঈকায়জেনে।" মমৌনুপীরোমদা অমুক ওনশিল্লগা "ইবেম্মা! নংগী মাঙথ্রিবা নপোৎ-নচৈ পম্লমক ঐনা অমত্তা বাক্তনা লেপশিনবিগনি; হৌজিক নপামদা চৎপা মতমচাদে; চৎকে

হায়রবস্ব হয়েং নোং-ঙাম্নগা চৎলু" হায়রম্নগা ইমুঙ চঙখ্রে। রোমেসনা সড়ক্লোমদা হায়রং-হায়রং থোকখ্রে। মমা ইবেম্মনা করি-করিনো ঙাংল-ঙাংলদুনা মচাগী মতুঙ ইমখ্রি। চৈরকসিদা সুমতি ইমুঙদগী ফি অমনা মকোক খুম্না ইন্নগা তুমিন্না মপামগীদমক থোরক্নে; য়ুম্লোম্নবগী শুমাঙ ফাওরগা চৎখিদুনা নুমিদাং পুং ৯ মুক তাবা অদুবইদা মপাম য়ৌখ্রে।

অহিং অদু হৌখিদুনা নোং-ঙাম্নক্নে। ঙরাং কায়খ্রিবা পোৎ-চৈশিংদু করি-করি লৌশিনবা য়াখিগদগে খন্দুনা গোকুল শুমাঙদা চত্তুনা য়েংলি। লৌশিনবা য়াবা ইয়াও-য়াওরমদ্রে; অদুদগী মহাক মচিন-ময়া শেংদোক্নগা মাঙ্গোন্দা মোরা অমদা ফস্লদুনা চা-থক্কদবগী ঙাইহরি। চা-দু সুকপু-পুথোরক্ত্রে; ঙরাং নুমিদাং মচাগা মমৌগা চিন্নখিবদুদা হায়-হঙ্গদবস্ব তম্নদুনা হোটেলদদুম থক্কুরগে খন্দুনা গোকুল থোঙ্গাম্লোমদা থোকখ্রে। মহাক্না হোটেলদগী চা-থক্নগা হম্নকপদস্ব কনা'মত্তা হৌগৎলমদ্রে। মদু উবদা গোকুলনা শুমাঙদা লেপ্লগা মচা-মমৌ হৌগত্তবগী চৈ-থাংদুনা ঙাংলি। মপুরৈইবনা ঙাংলিবদু কমলিনিনা তারদুনা "মখোয়সিবু মপানা ঙাংলিবসি তাদবরা, কমদৌরিবা জাৎনো" খন্দুনা মচানুপাগী কাদা চৎলুবদা কা-দু থোঙ লোম্নমদে। চেপথদুনা য়েংবদা মচানুপাদুদি মাগী ফমুঙদা হঙোই অশিবদৌনা ইশন-শম্না হিপ্পুনা লৈরি; মমৌনুপীদি লৈবা উদে। মমৌনুপীনা লৈরম্বা য়াবা বাঠ-রুমনচিংবা মফম খরা য়েংলুবদা লৈরমদ্রে; মমৌনুপী মপাম য়ৌখ্রে হায়বা খঙলে। ফীভম অদু কমলিনিনা মপুরৈইবদা তম্বদগী গোকুল ইরু-মায়থজথোক্নগা চন্দন খরা নমশিল্লে; মফি-মরোল শেংচিন্নগা মমৌনুপী কৌরম্নবগীদমক থোরকই। মকুবোক্না য়ৌরকপা মতমদদি সুমতিদু মাঙ্গোলদা, শুমাঙলোমদা মতুঙ ওম্বোক্না ফম্লগা খবর অমা পাদুনা লৈরি। মকুবোক্না ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্নবা ফাওবা সুমতিদু খবর পাবদা পক্লিং লুপখিবদগী মকুবোক লাকইবদু খঙদ্রে। মকুবোক্না, "ইবেম্মা নত্তবরা?" তাবদা সুমতি ফৎ লৈথোরক্নগা মকুবোক্তা ভক্তি কৎলি; তরাম-তরাম কৌশিল্লগা ফিন্দা থাদুনা

ফমহল্লি। মকুবোক্লা ফমখ্রবা মতুঙদা স্নুমতি ইমুঙদা চঙখ্রগা মপা থাদোরকই। অনীদু "ইবাইবু!"—"ইশেনবু!" হায়না কৌনে, ভক্তি কৎনে। মথংদা গোকুল্লনা মচাগা মমৌগা নিঙাই শাংদানখিবগী বারীদু স্নুমতিগী মপাদা তম্মী। বারী তারবা বোকুল্লনা, (স্নুমতিগী মপা) — "৪/৫নি লৈরগা লেঙরিরক্লবদি ফগাদবা, করিগুম্বা শিবা-নাবা থোক্লবস্নু পৎ-পুল্লদি মশক খঙনদ্রেদনা" হায়রকই। "এঃ এঃ বাখলদু ওম্নরে ইশেন! মানস্নু চৎলনিদি হায়রম্মী; অদুবু নুমিদাং ওইবদুদা ঐনা থাজরুদ্রে। ঐনা বা-খঙদবা হায়বদু তারে, বারৌবিনু, অঙাংদু ঐগা চৎমিন্নজখ্রগে" — "ইবাই। ঐস্নু বারী পম্নমক খঙজরে। ইদ্মাকনিপাদু খরা লমকেৎ লমহায়বগুম্বা অমা তৌরি; অঙাং অনীসি লৈমিন্নবদা নুংঙাইগদবা মান্দ্রে। মতম খরা ঐগীসিদা লৈজখিজনু ইবাই!" — "ইশেন! লৈমিন্নরদি চফু-উয়ান্দস্নু থেঙ্গাইনে হায়বা লৈবনি; অমুক্তা শন্থুবিয়ুনে।" তাঙ্গাসিদা স্নুমতিনা মপাগা মকুবোক্লা থরুনবা চা কপ অনীখক পুথোরকই; মহাক্লা চা'দু থনম্লগা ইমুঙ চঙখিগে তৌবদু মকুবোক্লা উরদুনা "নুপীমচা! অমুক্তা ঙাইখো নকু বা-হায়গে" হায়রকই। স্নুমতি মকুবোক্লা হায়রিবদু মমায়দি লৈশিন্দনা মরু লুকথরগা লেপ্তুনা তারি; — "মাস্নু শাওবা ফহৌরবনি, করিনুংগী তৌরুরবনো য়ৌহৌরবনি। ঐ লাকইঙেসিদা নকুগা চৎমিন্নখ্রসি।" মকুবোক্কী বাসিদা স্নুমতিনা মমায় লৈশিন্নক্লগা মাগী মপুরোইবদু য়ুমসিদা অমুক্তা থাবিরকউ; মাগা বারী অমত্তা শানজগে, অদুগা তপ্না লাকচগে হায়রকই। মকুবোক্লা "হোয়নে-হোয়নে, ইমৌনা হায়বা চুম্মী, ঐ হৌজিকমক মাবু থারক্লবা তৌরগে।" বোকুন্দা অমুক ওনশিন্নগা, "অদুদি — ইশেন। নবাই অমুক য়ৌখ্রগে" হায়রম্নগা চা-দু থকপা লোইদনা চৎখ্রে; বোকুম্না চা-দু লোইনা থকখিনবা খাম-খোংপস্নু তৌখিদ্রে।

গোকুম্না ময়ুমদা হন্নক্লগা মমৌনুপীনা হায়রকপা বারোল পম্নমক্তু মচানুপাদা তম্লে; লোয়ননা মচানুপাবু মাগী নুপী কৌরন্নবা খঙহম্নে। খুদক্তা রোমেস মাগী নুপী কৌরন্নবগীদমক স্কুটর থৌদোরক্লে। খন্নি — "করম্না বা-হৌগনি; চৈরক্লবদি

করি পাউখুম পীগনি” মহাক স্নুমতিগী থোঙ্গাল য়ৌরক্রে। অদুবু ঈকায়বদগী স্নুমতিগী ময়ুমদা চঙবদি ঙমদ্রে; মাবু উনরম্বা ঙমদ্রে। মহাক থোঙ্গান্দা ঙাইহাক লেপ্লম্লগা ময়ুমদা অদুম হল্লক্রে; নুমিত্তুদগী ঙসিফাওবা স্নুমতি মপামদা লৈরক্রি।

## ১২

রাধামনি, চা-লোনবা লোয়রদুনা পুখম অমদা চা-গ্লাস মরীখক হাপ্তুনা পুথোরক্লগা গোবিন্না ফম্লিবা ফক্তুগী মমাঙদা থল্লরে। মহাক্কা লাকমিন্নরকপী নুপী অনীদু লৈরমদবদুদা গোবিন্দা মখোয় কদায়দা চংখ্রবগে হংলকই। গোবিন্না মখোয় অনী দুকান্দা অচাপোৎ লৈবা চংখ্রি হায়রকই। রাধামনিনা, “হরে কৃষ্ণ। বাখ্রেদা” হায়রগা গোবিন্না ফম্লিবা ফক্তুগী মতাইদা মশাদু য়াম্না তাশিন-খোমজিল্লগা ফমথরকই। গোবিন্না, রাধামনিগী চহী মতাঙ অদুদা কৃষ্ণ শোনবা পকচদবা অমম্বুং মানা বারে হায়বদুগী মরমদু চা লোনবদুগীরা হংলকপদা, রাধামনিনা “অসিবু বা-নেনা” হায়না খুম্মী। — “অদুদি করিনো?” — “খঙদেদা, ঙাইবসি য়াম্না বায়দা।” — “বারম্নু-বারম্নু; ঐম্বু ঙাইরিবনি, মী পম্নমকম্বু ঙাইনরিবনি।” — “ঙাইখোওবা, তা-গোবিন্না ঙাইরিবদুবু করিনোবা?” পাউখুম ফংদ্রিঙেদা অচাপোৎ লৈবা চংখিবা অনীদু ফদ্রুৎ-ফদ্রুৎ হল্লকই; রাধামনি অমুকম্বু ঙাইখিবা তারি। অনীদু য়ৌশিল্লক্তুনা মাঙ্গোল দাড়ী কাখৎলকই। হান্না থারম্বা ফক্তুদি মখোয় অনীনা ফমখ্রবনিনা তম্ফানা অতোপ্পা ফক অ'মুক লৌরগা গোবিনগা মায়য়োক্না থারগা মখোয়ম্বু ফমথরকই। মতমসিদা রাধামনিনা পুখমদগী চা-গ্লাস মরিদু লৈবাক্তা থাংথরে; পুখমদু তৈথোক-নাম্থোক তৌরগা পুরক্লিবা অচাপোৎশিংদু শীন্দোক-শীজিন তৌই। মদু লোইরবদা মখোয় মরী চামিন্নবা হৌরে। চা-থক্না-থক্না গোবিন্না মাগীদা নুপীশিংদুনা লাকপগী মরম হংলকই। তম্ফানা নোকখি-নোকখি তৌরগা মখোয় ঈশৈ তম্বা লাকইবনি হায়বসি খঙহল্লে। মদু তাবদা গোবিন্না, মখোয়দা বা অমা হায়গনি, মদু য়ারবদি

ঈশৈদু তম্বিগনি, য়াদ্রবদি তম্বিরোই হায়রক্লে। সুমতিনা মোমোন তৌরগা হায়রকই "ফরে-ফরে করি বানো হায়বিরো, তাজরগে।" — "তাবদা নত্তে, থবক ওইনা তৌগদবনি।" মতমসিদা সুমতিনা অওইবনা ফাগী তৌদুনা হায়রকই, "হোয়নে-হোয়নে, ঈশৈবু তম্বিনি হায়রবদি য়ুমসিদা লৈয়ু হায়রবসু লৈজরগে।" তাবদা তম্ফাগা রাধামনিগা ফক্লপ-ফক্লপ য়েংনৈ। গোবিন্না কল্লপ্না "অদুই বা নত্তে, নখোয়-নখোয়গী নখনাওদু ঈশৈ শকপা য়াগদ্রা য়ারেইদ্রা য়েংগে তৌবনিদা।" তম্ফানা, "অদুগী ওইরদি য়েংজৌনে সে" হায়রগা ময়াদু কাখোকই; ময়াম বা লাওনা নোকমিল্লে। অসুম্না ময়ামদু অমগা অমগা বারী শাদুনা চামিন-থকমিন্নবা লোয়রবদা নুপীশিংদুদি মশা-মশাগী রুমাল পুখোক্লগা মখুৎ-মশা তৈথোক্লে। গোবিন্দি ময়ুম্নিনা রুমালগী থৌরাওসু তৌহৌদ্রে। মানা মখুৎ-মশা তৈথোক্লিংবগী অপাম্বদুদি নুপীশিংদুনা উবা ফওই; অদুবু মখোয়না শিজিন্নরুরবা রুমাল অদু পীবদি ব্যবহার থোক্তবনা মখোয় খঙশিন্নদ্রে। মওংদু উবদা রাধামনিনা বাদি ঙাংদনা মানা ইনবোই-য়ানবোই তৌরিবা ফিদুগী ফিদোন্দু গোবিন্দা পীরকই। গোবিন্না ফিদোন্দু লৌরগা মখুৎ-মশা তৈথোক্লিবদু রাধামনিনা এক্ত্ররেগুম্বা থম্মোয় য়ৌনা উবা ঙম্বা মীৎয়েং অমনা কুঁহদবিদা থক য়েংলগা তপ্না, "মশকসিগা" হায়রকই। গোবিন্না মখুৎ-মশা, মচিনগাদু তৈথোকপা লোয়রগা ফিদোন্দু রাধামনিগী মতম্বাক্তা থাদখরে। রাধামনি ফিদুদা পুক্লিং চঙলুদনা হান্নগুম অমুক ইনশিখ্রে। মথংদা গোবিন্না মখোয়-মখোয়না অফাবা ঈশৈ অমমম মাগী মাঙদা শক্কদবনি, কনানোমা হৌরোসে হায়রম্লগা ইমুঙদা চঙখ্রে; অদুগা মাগী পুঙ অদু লৌথোক্লুরে। মহাক্লা পুঙ-য়োমফিদু হাংদোক্লগা পুঙদু চপ্তনা, ইন্দনা, মুক্তনা তৌরগা তাং-তাং অমুক-অনীরক য়ৈ। তৌরিবদু উবদা তম্ফানা "করি ঈশৈনোনে শক্কদৌরিসিবো" হায়না মুরুম-মুরুম শোল্লি। গোবিন্না, "নখোয়না অফাবা অমা হেক্তা শকপা য়াই; নখোন্দুই বানি।" বহৈসি তাবদা মখোয় মশেল নং হান্না শকউ, নং হান্না শকউ হায়নবগী মওংদা

অমগা-অমগা খুনিঙনা থিম্নে। মফি-মরোন্দু তাশিন-খোমজিল্লদনা শক্ত-শক্লগদগুম, মমীত্তু তথক-তথক য়েংনরি। লেক-লেক লাওরবা মচিনবান্দুনা শক্তোকপদি ঙমদা, খপ-খপ চিংলিবা পম্নমক গোবিম্না য়েংদুনা লৈরি। মফমদু মী অমত্তা লৈতবগুম উন-বাইমুক চীকই, চেক-মোক লাওনদে। অস্সুম্না, ঙাইহাক তুমিন-তুমিন লৈনরুরগা রাধামনিনা মখাগী ঈশে ময়েক অসি মতম ঈশেগী স্সুরদা শক্লকই।

শক্লগে ঙসিদি পেম্না
স্সুর চাদ্রবা ঐগী ঈশে।
তাবীনবা লৈরিঙে মতমসিদা
শকচগে খঙবা কুইরবনি।

তুমদুনা লৈজবী ঐহাকপু
নোংমা নহাক্না হৌদোকপীখি।
নহাক্কী বাখন্দা লুপখিবনা
অমুক তুমখবস্সু ঙমহন্দরে।

পুন্সিগী অহানবা শেহৌদা
পংলবীগী থম্মোয়বু হুবিখিবা।
খোঙথাং খুদিঙ নহাক্না
লমজিং মৈরা ওইবীয়ু।

মথংদা স্সুমতিস্সু নটকী শেহেক্তা মখাগী ঈশে অসি শক্লকই।

মায়থোংনা থাবু ঙমজবা
ফজরবা নহাক্কী মইথোঙনি।
চাংদমনিঙ্ঙাই লৈতবা
থবাম্না কৌইশিনবা থাজনি।

ফিম্নদা কুম্না হেরোদি

সিনেমা হোল্লতদা ঙাঙবনি।
ঐগী থম্মোয়গী হেরোদি
অহিং নুংথিন্দা ঙানবনি।
ঈশেবু তম্মিনি হায়রদি
ঐদি য়ুমদা হঞ্জররেই।
চরণগী সেবা তৌদুনা
পুন্সি অসি লেঞ্জরগে।

মখোয়না ঈশে শকপা লোইরকপগী অদুবাইদা ওঝা তোমান্দু চখোকল্লুবদগী হৱিজরকই; ঈশে অদু তাগদবগী মহাক খোঙথাং খরা হস্থরগা চঙলকই। রাধামনিদি মমায়দু শুমাঙ ওন্না ফম্বনিনা অহল অদু উবদা চৈরকদ্রা খন্দুনা তুমিন্না লৈখ্রে। গোবিন্না মঙক পৈতক্না পুঙ য়েরিঙে, অনীদুনা তুংওইননা ফমথিবনা মখোয় অহুমদি অহন্দুনা চঙলকপদু উহৌদ্রে। ঈশে অদু লোইবদা গোবিন্না পুঙদু তাং লাওনা থারগা মমায় হায়গৎলকই; মপাগা মায়ওক্লে। মখোয় মরীগী মনুঙদা অনীনা বা লাওনা নোকমিন্নে; অনী'না নোকখিদে। নোক্লুবদু হস্থরকপদা তম্ফানা শোস্থাংনখি "হৌজিক্কী ঈশে ময়েক্তুবু"; তোমানস্থু তাহৌই। সুমতিনা, "ময়েক কৈদৌরগে, ঈশেনি খল্লগা অদুম তাউ।" চৈরকসিদা গোবিন মাগী পুঙ অদু য়োমশিনবা হৌরকই। সুমতিগা তম্ফাগদি অহন্দু উদ্রিবনিনা, সুমতিনা থবক অদু লোইশিনগদৌরব্রা হংলকই। গোবিন, পাউখুম পীদনা পুঙ অদু অদুম য়োমশিল্লি। তাঞ্জা অদুদা ওঝা তোমান্না নোকমি-নোকমি তৌরগা তপ্লপ্পা হায়রকই, "মখোন মবাদি ফলদুম নুংশিরিনে।" মদু তাবদা উচিশিংদু তুমিন-তুমিন লৈনখ্রে; মরু লুকথবস্থু য়াওনখ্রে। মখোয়না ঈকায়রিবদু ফনবা "কনানো অমগা থিরগা নখোয় মরী শুনবা হোৎনরো" হায়রম্লগা তোমান্দু ইমুঙলোমদা চঙখ্রে। গোবিন্না "ঙসিগীদি মতাং অসিবাইদা লোইশিল্লসি" হায়রম্লগা ইমুঙ চঙখিবদগীদি সভা অদুস্থু লোইশিন্নে। অদুগী

তুংদা রাধামনিনা চাইহরি-খোৎলিবদু শেংদোক্লগা মখোয় অহুম চঙদুনা কোল-লীকশিংদু পুখ্রিদা চৎলগা ফেঙদোক্লুরে। গোবিন্না ইমুঙদগী থোরক্লগা মাঙ্গোন্দা লেপ্লি। পুখ্রিদগী কারক্লগা রাধামনিনা কোল-লীকশিংদু ইমুঙদা থম্লুরে। অদুদগী মখোয় অহুম গোবিন্দা ভক্তি কৎলম্লগা চৎখ্রে। নুমিৎসিদগী গোবিন্না ওঝা ওইরগা মখোয়বু ঈশে তম্বিবা হৌখ্রে। অহল-লমন্না "ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি" হায়নৈ।

## ১৩

নোংমদি হোদাম লৈরক্তা লুহোংবা অমগী পুঙদু গোবিন অমসুং রামানন্দনা য়েবা তারম্মী। মখোয় মতমচানা নুপী ময়ুমদা চৎলি; ঈশে শক্লদবা পালাশিংদি য়ৌরক্লমদ্রি। মখোয় অনী ঙাইহাক বারী-বাতায় শানদুনা ফম্লি। মখোয়না বারী শানরিঙৈদুদা মী অমা লাক, অনী লাক, লৈকায়দুগী মী ৩০/৪০ মুক তিল্লরে। নুপা ময়ুমগী অহল ৪/৫ন্দু ঈশে হৌনবগীদমক লাক্তুনা ফম্লরে। ময়ামদু মুরুম-মুরুম ঙাংরকই, মখোয়গী ঈশেসি হৌজিকফাওবা হৌদ্রিবসিনা করিগীনো; পালাশিংদুবু লুহোংবা লৈ হায়বসি কাওথোকখ্রবা জাৎলা। মতম্না থেঙজিল্লপনা পালাশিংদু হেক লাকপগা ঈশে হৌবা য়াননবা পুঙ য়েগদবা মখোয় অনীদি শেম-শাবা লোইখ্রবনি। হায়না-হায়না পুং ৪ মুক তাবগী অদুবাইদা বর লাকপগী ঢোল য়েবা, কেন্দ খোংকগী মখোল তারক্রে; বর য়ৌরক্রে। মতমদুদা অরাংফমদগী অহল অমা থোঙ্গাল্লোমদা চেপ্তোকখ্রগা বর শেম্নরিবা ওঝাদুগী মমাংদা মখুৎ তিংথোক্তুনা "ঈশে হৌদ্রি ওঝা! বর চঙবা য়াখিরোই" হায়রগা বর অদুবু থৎলি। তৌরিবা থৌওংদু উবদা বর শেম্নবা ওঝাদুনা, "কৈনোনে হৌজিকফাওবা ঈশে হৌদ্রিসিবো থায়সিগী চৎনবিরা? শিবু শিদ্রবদি জাৎ-জাৎ উরকইকো।" অহল অদুনা খামজে হায়বদু মঙায় অহল-লমন, নুপী-অঙাং খরদি চঙনখ্রে। লৈহৌরিবসি বর, কুজবা য়াগদৌরিবা নুপী, মখোয়দমক ঙায়হৌরে। মনুঙ

চঙবা য়াদ্রিবা মীশিংদু থোঙ্গাল অদুদা প্লাস্তিক চৌকি খরা থারগা ফম্লম্লে। মতমদু পুং ৪ হেল্লক্লে; পালাদি অদুম য়ৌরক্ত্রি। মসি উবদা নুপা ময়ুমদগী মথৌ হাইরপ শঙলগা লাকপা নুপা অমনা হৌগৎলগা মফি কল্লদুনা তৌরিবা থৌওং অদু মখোয়বু উশিত্তদুনা তৌরিবনি হায়দুনা শাউরক্লে। মাগী অশাউবদু উবদা ঙসাইগী অহল অদু থোরক্লগা "কন্যাগী মপাদো মপাম্থোকপা ঈকায়জরে হায়দুনা ইমুঙদা মরূ লুকথরগা মকোক পায়দুনা লৈহৌরি। কন্যা অদুনা, মাবু খোঙ্গোয়নবিরে হায়রগা কপহৌরি; অমুক্তা তপথবিখো ইবুংঙো!" হায়না থেমজিল্লরে। "অদুবৌইবা হৌজিক পুং ৪-৩০ তাখ্রে; করম্বা মতমদা ঈশৈ হৌরগা করমকান্দা লুহোংদৈইনো? অমুক্তা খস্থদুনা য়েংবিয়ু; সোমদা থোকঅদি ঈংথবা য়ারেইনে। কন্যা ওইনা কৎলসি, কান্নদেসে।" — "মদুস্থু খন্নসি; অদবু মিনিট ৫/১০দদি য়েংখিসি।" বাহৈশিং অসি হায়রম্লগা অহল অদু মাগী মথৌদু অমুক শুখ্রে। মথৌ শঙলবা নুপা অদুস্থু পৈরি-পৈরি তৌরগা মাগী ফমফমদুদা ফমথখ্রে। অস্তুম্না ঙাইহাক ঙাইথোক ঙাইশিন তৌরিঙেদা কন্যাগী মমাম্নবী অমা অনীস্থু লাক্লরে; লোয়ননা কন্যা শেন্নগদবীদুস্থু য়ৌরক্লদুনা অহল-লমন অমদি লাই-গুরুজনশিং ভক্তি তৌরম্লগা ইমুঙলোমদা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ঙসাইগী অহল অদু পুঙ-য়ৈবা অনীনা লৈরিবা অদোমদা লাক্লগা "ইবুংঙো গোবিন! কন্যা শেন্নগদবী নুপী অসিনা, মাগী লম্বা অমত্তং লৈরবদি ঈশৈসি হৌবা য়াগনি হায়রকই; ইবুংঙোবু ঈশৈস্থু শকপদাইনে, করি খনবিগে?" গোবিন্না অহন্দুগী বাদু তারগা মখোয় অহুমদনা সঙ্কীর্ত্তন অমা পাঙথোকপসিবু মীনা কেনা-কেনি ঙাংনরক্লেইদ্রা; অতোপ্পা অমনা মাদি ঈশৈগী কোয়েৎ-কোর্তানস্থু য়াওরক্তে হায়রকই। মসিদা অহন্দুনা, "এঃ মদুগীদি থৌইনা চিংনরুন্নু ইবুংঙো! নুপীমচা খরদি মখোয় অনীদনস্থু সঙ্কীর্ত্তন অমা পাঙথোক্লম্বা খুরাহোয়স্থু য়াম্না উরে। অদুগা কোয়েৎ-কোর্তানগী বাদুদি, নামৈরকপমগী ওঝা খোমদোন্দু ঈশৈ শকখিদ্রেদনা, মাগীদু হেক্তা লৌজরুরগে; ইবুংঙোস্থু লৌইশিনবিরম্মো"

হায়রম্লগা অহন্দু কোয়েৎ-কোর্তান লৌবা ফৎ চৎখ্রে; খাম্বস্থ নংহৌদ্রে। মহাম্না খল্হৌখি, "পালা মশিং শুদবা সঙ্কীর্ত্তন অমদা কোয়েৎ অচৌবা শিজিন্নদে অদুগা মাঙব মপু য়াওদবা সঙ্কীর্ত্তন অমদা ঈশৈ হনবনা সঙ্কীর্ত্তনগী জয় ধনি মপুঙফানা লাওনদে; করম তৌনি তৌরিসিদি।" চৈরক অসিদা কন্যা শেম্নবিদুনা অহল-লমন অমদি ভাবকশিং অমুক হন্না ব্যবহার তৌরগা অরাঙফমদা চঙদুনা লৈ-চন্দন লৌখ্রে। গোবিন অমস্তুং রামানন্দস্থ মণ্ডলি চঙদুনা অহল-লমনশিংদু ব্যবহার তৌরগা লৈ-চন্দন লৌরম্রে; লোয়ননা কোয়েৎ-কোর্তানস্থ য়ৌরক্লে। মতমসিদা গোবিন্না অহন্দুদা মাগী বাখলদু খঙহল্লি। গোবিনগী বাদু তাবদা অহন্দুনা, "হৌজিকপু পালা মশিং শুদে হায়দুনা তোকপা তাব্রা" হংলকই। "হোয়! মদুস্থ চুম্মি; ফীভমসি য়ৌরক্রবনিনা য়াদে হায়দুনা করম্নদি তোক্কনি; য়ান-য়ানবা শিন্নরগা পাঙথোকপা তারেদনা।" অস্তুম্না গোবিন্না ঈশৈ হল্লগা কন্যা শেম্নবীদুনা দুহার চৎলদুনা লুহোংবগী ঈশৈদু হৌখ্রে। অশোমদনা কন্যা মপানা মচানুপীগী লুহোংবগী ঈশৈ শক্লদবা মীশিংদু করিগুম্বা লাক্লবদি ফুরগা তানখো হায়বদগী থোঙ্গান্দা নহা অনী/অহুম থমখ্রে; অদুবু পালাশিংদুদি অদুম লাকখিদ্রে। রাগ শাগৎলিঁঙেদুদা তিল্লিবা ভাবকশিংদু মুরুম-মুরুম ঙাংনৈ, "তৌরিবসি ফাগী তাদুনা তোক্লরনিসে। লুহোংবগী সঙ্কীর্ত্তন অমবু নুপী অমগা, নুপা অমগা, পুঙ য়েবা অমগা মখোয় অহুমদনা পাঙথোকসিদি ঙসিনা অহানবা ওইরমগনি।" অদুবু রাগ তাখ্রবা মতুঙদগীদি ঈশৈ শক্লিবা নুপাস্থ নুপীস্থ অচম্বা অমত্তা নত্তে হায়বসি ভাবকশিংদুনা খঙনরক্লে। নংনা করিদা, ঐনা করিদা শক্লরকপনিনা হেক্তিন্নবা য়ানদ্রে; শেনসিনা পংথাদা থাখ্রবা, মণ্ডলি মচিন্দু মীনা কিঁউ লেংবনি। সঙ্কীর্ত্তন্দু, করম্না অমুক্তংদি খনবদুনা অনীরক, অনীগী আশানা মরীরক্তি শেন থাবা চঙলে। দুহার অদুনা লৈশাবীগা ওইরে, শাওং-শাদা, খুৎথেক-শাথেক, মখোয় অনীদগা ওইরে, বরগী মমান্নশিংদুস্থ অমনা থাবা হৌরস্বদগী অরাকপা মমান্নবা পম্নমক কাতু-কারন পঙথাদা থাখ্রবনি। ঈশৈ

অদুনা মরোল অমা নুংঙাইরিবা, অদুবু মতম্মা য়ারক্তুবনা ঈশেদু তাবা পেম্মদ্রিঙেদা মেন থাখ্রে; সঙ্কীর্ত্তন লৌহিশিনখ্রে। মতমসিদা দুহার চৎপী অদুদি মাগী রুমাল অপাকপদুদা পৈশাশিংদু চাওখোম খোমজিল্লগা কন্যাগী ইমুঙদা চঙখ্রে; গোবিন অমম্বুং রামানন্দনা মণ্ডলিগী মতাইদা ফমখ্রে। মথঙদা বর থোরক্লদুনা বরিবনচিংবা লৌইরে; কন্যা পুথোরক্লদুনা হৌনবী মতুঙ ইন্না কন্যা-দান কৎলে, লৈ কৌইরে, লৈপরেং হুক্করে, লুহোংবা লৌইখ্রে। লুহোংবগী লৈ-কৌইরিঙেদুদা কন্যা শেম্নবিদুগা গোবিনগা ফক্লপ-ফক্লপ য়েংনৈ; মদু রামানন্দনা উখ্রে। অনীগী মীৎয়েংদু অচম্বা নৎত্রে হায়বসি মহাক্না খঙখ্রে; মসিদি মানা হেক্তিনবনি। মখোয়গী মীৎয়েং অনীদুদি অমনম্বু মানখ্রেদা, অমনম্বু নত্তবরনে, বাখল অসিদা য়েংনবনি। অমনা রামানন্দসি নুপীদা বারী-বাতায় হৌজিনবা, বা অমা হংবা-খোৎপসি য়াম্না হে। হীরমসিদা গোবিন্দি খরা বাৎলি; খঙদে মহাকসি অচম্বা বারী শানবদি করিশু তৌদে। অদুগা পাখঙ-লৈশবী কোয়নবগী বারী ওইরবদি মহাকসি মমায়গা ইঙাং-ঙাংলদনা ইহৈ-হৈনদবগুম তৌই। অদুবু মাগীম্বু মতম লাকখিনি। ষণ লামচাগী মচী হৌরকপা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা য়াদে হায়নৈ; অহান-অকোনগী বাদনি।

লুহোংবা লৌইরদুনা গোবিন্না কোয়েৎ-কোর্তান অবায়মল খরা কৎলমগে খন্দুনা অরাঙফম অহলদু কৌইয়েং য়েংলি। তাঞ্জাসিদা দুহার চৎপীদু থোরক্লগা "ওঝাশিং থেংনবদগী য়াম্না নুংঙাইজরে, চা-থক্লবা সিদং" হায়রগা ক্বা-তাঙ্গ অনীদা লুপা ৫০/- চৎপী অমমম হাপ্লগা ভক্তিগা লোয়ননা মখোয় অনীদা কৎলরে; ফজনৈদকো নট-সঙ্কীর্ত্তনগী ব্যবহারসি। রামানন্দনা "এঃ করিগী পৈশানো, হৈরে হায়দুনা ইতোমতা তৌবা থবকম্বু নত্তনা" হায়রগা মখোয় অনীম্বু নোম্বদুনা ভক্তিদু ওকই। ভক্তি তৌনরুবগী মায়থোঙ অহুম হায়গৎনরক্তুনা মায়না-মায়দা য়েংনরি। নুপীদু ভক্তি তৌরুবগী খুরুখুদক কল্লগা মখুৎ অনীনা লৈবাক্তা শৌদুনা লৈরি। গোবিন্না খক্লকই, মহাকসি শোয়দনা ওইগনি, নুপীদুনম্বু

খনখি। মতমসিদা রামানন্দনা নুপীদুগী মমায়, মমীৎ, মণ্ডকশম, তাথরক্লিবা মপাম্বোমগাদু য়েংলবা মতুঙদা মমিং করি কৌবগে হংই — "রেবিকা কৌজে, খোয়াখোংদগীনি।" মথংদা শোয়দনা হংলক্কদবা বাহংগী পাউখুম ফাওবা পীরম্লগা চৎখ্রে। নুপীদু চৎখ্রবদা মখোয়স্তু অহন্দুদা কোয়েৎ-কোর্তান অবায়মল পীরম্লগা থোরক্লে; মশাগী-মশাগী মপোৎ-মচৈশিংদু সাইকল অদুদা য়ানশিন্নগা গাড়ীদু ইম্নগা খোঙনা তপ্পা-তপ্পা চৎমিন্নে। লম্বী চৎনা-চৎনা রামানন্দনা বারী হৌরকই "ভায়। ওসাইগী কন্যা শেম্নবীদু নংগা হাম্না খঙনবরা?" গোবিন্না, "হোয়নে; উখ্রবগুম তৌরে।"— "ঐনা স্থম য়েংবদা মহাক্লা ভায়বু খঙবা মাপ্নি।" — "নঙসিমা উগনখ্রপোৎনি হৌদোঙদৌনা" তাবদা রামানন্দনা কন্নপ্পা "উগনবগী বা নত্তেনে, য়ুমদুদা ওঝাগা নংগদা লৈরিবদো য়েংবা নুংঙাইতদুনা হায়বনিনে। অদুগা ঙসি চাখুমগী পালি কনা তাই?" মনম-মনম হংজিল্লকই। "ঐনা চৎলগনা বাবাগী, বাবানা চৎলগনা ঐগী, খঙবা নৎত্রো?" রামানন্দ খরা তপথরগা অমুক হায়রকই, "অদুদি মতাঙনা য়াদদুনা নখোয় অনীমক চৎলবদি চরা অনীদি কল্লেদনা।" হন্দক্তি গোবিন্দু তুমিন লৈখ্রে। "খঙদে-খঙদে। মশক-মতৌস্তু অদুম চৎনবা য়াই, ঈশে শকপস্তু হৌজিক কালগী ঈশে শকপীশিংসিদগী থোইনা তাদে; চাখুমদু মঙোন্দা শিন্নরসি।" তাবদা গোবিন্না, "য়াবু য়াবিরক্কদ্রনে।" — "করিগী য়াদনি? নংগা মাগা খঙনরুকপী বারীদু ঐঙোন্দা অমুক্তা লীরকউ, মদু তারগা খঙগনি।"

বারীঃ— নোংমা ঐ সাইকল তোংলগা ওফিস চৎলম্মী। ডি-এম কলেজগী গেট অদু হাইজিল্লকপগী অদুবায়দা মশা-মউ তনান-তনানবী মপান্নইবা ফনেক অমগী মথক্তা সাড়ী মতেক শেৎপী, এক্তিভা তোংবী অমনা ঐঙোন্দগী হেনগৎলগা হন্ন-তুনা য়েংদনা শৎ হায়জিল্লরুপদা মাগী গাড়ী মনীং অদুনা ঐগী গাড়ীগী মমাং চাকাদা খেক্তুনা চেনবদগী ঐ তুশিল্লম্মী। তুশিনবা অদুদা নামনখিদুনা ঐ পাক হৌগৎপা ঙল্লমদে। সড়ক্কী মমাং পাংনা চৎপা মীশিংদুদি হাইফেৎ-

হাইফেৎ য়েংলম্লগা মাগী-মাগী লম্বী অদুদা লেপ্পনা চৎখিরম্মী। ঐগী লম্বী অদুদা লাকপা মী খরনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা থৌদোক্তু করম্না থোকখিবনো হংলম্মী। তুশিনবদুদা নাম্নবদগী বাহংদুগী পাওখুম পীদনা ঐ শুগক্তুনা খাঙলম্মী। মহাকস্তু, মাগী গাড়ী অদু খাম্লগা ঈনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ঐবু মুম্না য়েংলে। ঐখোয়নদি নট-সঙ্কীর্ত্তনগী মীনিনা চন্দন-চৌবা থিনবদুদা করি খল্লুরবনো "করি নুপানো গাড়ী লাকই-খোৎলি হায়বসি খঙদমাম্লে" হায়রকই। মদুদা ঐনা "ইবেম্মগী গাড়ী মনীংনা চেনবিদুনা তুজবনি" খুম্লম্মী। মাগী বাঙাংদু তাবদা থৌদোক অদু উহৌবা মীশিংদুগী মরক্তগী নুপা অমনা "ইবেম্মনা গাড়ীদু হাইজিল্লমদাইদা হাইফেক্তং য়েংবিরম্লবদি ফগদবা" হায়রকই। অমনা অমুক গাড়ীসি অহনবা মাল্লি, লৈবা কুইবিদ্রিবরা হংলকই। বাহং অদু তাবদা নুপা অদু মাগী মীচঙদা লেপ্লিগদবেই নিঙলদুনা মায়থোঙ মকা লাম্না "অহোয়" হায়রকই। মথংদা নুপাদুনা মখা তারকই, "অদুদি ড্রাইভরস্তু অহনবনিনে।" তাবদা মহাক্লী মায়থোঙদু অমুক মকশিনখ্রে। নুপা অদুদি বাহেসি হায়রম্লগা চংখ্রে; লোয়ননা মী অতৈদুস্তু চৎনখিরম্মী। মতমসিদা মানা "সে-সে সিদা পায়বিরকউ" হায়রগা মখুৎ য়েত্তু তিংথোরক্ললম্মী। ঐস্তু খুৎ-য়েৎনা মাগী মখুত্তু পায়রে, খুৎ-ওইনা লৈবাক্তা শৌরগা হৌগৎলম্মী; তমোন-তমোল্লি। ঐনা পায়রস্বা মখুত্তু রুমালনগা তৈথোক্লিপোৎনি। মফম অদুদা ঐখোয় অনীদমক ঙাইরম্মী। ঐনা উফুল-বাইফুল তৈরবা ইফি-ইরোল অদু খরা কম্থোক-নাম্থোক্লগা সাইকলদু হৌগৎলগা য়েংলুবদা মমাং চাকাগী রিলদু খরা খোইরম্লে। মথংদা মহাক্লা "খুরাবু কদায়দগী ওইবিরবনো" হংলকই। বাহংসি তাবদা ঐ শ্বায় লাওখি, "কয়া য়াম্না থেঙখ্রবনো" খনখি। ঐনা "আঃ লবায়দগীনি" হায়না খুমখি। মহাক্লা মমাং চাকাদু খরা খোইরমায়ে, শেম্বদা মতেং ওইননবা সিদং লৌশিনবিয়ু হায়দুনা বেগতগী লুপা ৫০ চৎপী অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীশিল্লকখি। ঐনা "এঃ পীবিরম্মদ্রবস্তু য়ানি খজিক্তংসিগীবু" হায়খি। অদুবু মহাক্লা "হেম্না চঙবস্তু য়াই,

মতেঙ ওইননবা লৌশিনবিয়ু" হায়রগা নমদুনা পীরম্লে; অদুগা মাগী গাড়ীদু তোংলদুনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমিগী গেট্টা থৌজিনখ্রে। মহাক্না চৎখ্রবদা ঐস্থু চাকা অখোয়বা গাড়ীদু তোংলগা গৎ-গৎ তৌরদুনা ওফিস য়ৌনবা চৎলম্মী; ঐসিনা তৌরিস্থু মমিং ফাওবা হংহৌদে। বারী তারবা রামানন্দনা হায়রকই "অমুক কিরক্কবরা? নংদা চেনগনু ঐ তৌগে।" বারী নুংঙাইখিবনা গোবিনগী থোঙ্গাল য়ৌরকপা খঙহৌদ্রে। মতমসিদা গোবিন্না মখোয়দা চা-গ্লাস অমমমদা থক্কুখিসি হায়রকই। রামানন্দনা চা-দু কনানা লোনগদবনো হংলুবদা গোবিন্না মানা লোন্দদি কনানা লোন্দৌরিবা হায়না খুম্লকই। তাবদা রামানন্দনা মহাক চা-থক্লিংদে হায়রগা তুমিন লৈখ্রে। অদুবু চৎপদি লেপ্তবনা মখোয় অনী গোবিনগী শুমাঙ য়ৌরক্লে। গোবিন্না মাগী সাইকলদু মখা-শঙ্গোয়দুদা ইনখত্তুনা থনম্লগা মপোৎ-মচৈদু পুশিনখ্রে। অদুগা ড্রেইহং রুমগী থোঙ অদু হাংদোরক্লগা রামানন্দবু মনুঙদা ফম্লনবা কৌশিনখ্রে; রামানন্দস্থু মাগী সাইকলদু মফমচানা থনম্লগা চঙখ্রে। গোবিন্দু মফি মরোলগা হোংদোক্তনা চা-গ্লাস অনীদা লোনগে খন্দুনা প্রপ-প্রপ চঙলকপদা চাকখুমদা ডিউটী তারিবা মপাবু উরকই; রামানন্দগী বাদু নিঙশিংলকই। মচানা মফি-মরোল হোংদোক্তনা পুমঙৌ-ঙৌনা চঙলকপদু উবদা মপানা মাবু করি তৌগদৌরিবনো হংলকই। গোবিন্না, রামানন্দদু মানা চা-থকখিসি হায়বদগী ঙাইদুনা লৈহৌরি; চা-গ্লাস অনীদা লোনগে তৌবনি। মপানা অদুগী ওইরবদি মহাক লোনবিরক্লগে, রামানন্দদু মথন্দা লৈবা নুঙাইরম্য়রোই; মহাক্না ঙাইহাক লৌমিন্নরুরো হায়রকপদগী মহাক তন্না থোরকই। মহাক্না থোরকপদু উবদা রামনন্দনা, মহাক অদুক থুনা থোরক্লিবদি করিগীনো হংলকই। মপানা হায়রকখিবা বাহৈশিংদু মহাক্না রামানন্দদা তম্মী। রামানন্দনা, "মদুদনি ঐনা চা-থক্লিংদে হায়খিবদো নুপীদু লৈবেবদি চা-দো মানা লোম্লোইদ্রদো। কান্নদে ভায়! সঙাইগী কন্যা শেম্নবীদু নংগী ওইনবা তৌসি।" বাদু তাবদা, "হোয়নে-হোয়নে নহাক্না খরা হোৎনব্দ্রিবদি ঐগী মায়তঃসিনদি

খরা লাপকদৌরি” হায়রকই। রামানন্দনা, “অদুমদি খঙলিবৈহিরে, হন্দক ঐনা হায়রিবসিদা য়াহৌদ্রবদি নং তোক্লবনি খঙু।” মবান্নিগী বারীসি মপানা চা-পুথোরকপদা থোঙজিন ময়া য়ৌরকপা অদুবায়দা তারকই। মপাদু খোঙথাং তপথদুনা ঙাইহাক লেপ্লগা তুমিন্না তাই। নোকমি-নোকমি তৌরগা মঙক নোম্মী। বারীগী লকক তৌবা তাঞ্জা অমদা মপাদু থক চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, — “ইবুংঙো রামানন্দ। নংগী মরুপসে বাহল্লরেই খল্লদুনা চা-সি ইপানা হেক্তা লোল্লক্লবনিসে।” রামানন্দ মাগী ওঝাবু উবদা ফুক হৌগৎলি, ওঝাদগী চা-দু মখুৎ অনীনা লৌরগা সেন্তর টেবলদুদা থম্মী; ওঝাদা ভক্তি কৎলি। তোমান্না “য়ারে, য়ারে, ইবুংঙো। ঈপা চাকখুমদু অমুক্তা লৌইশিল্লুখিগে; মেত্রিমোনিএল কলমদা হাপকদ্রা তৌরিবসি ইপা খঙদ্রে” হায়রল্লগা মহাক কাদুদগী থোকখ্রে। মপাদুনা হেক থোকখিবগা রামানন্দনা গোবিন্দা মমীৎ খৎচিল্লি; গোবিন্দু নোকফেৎ তৌখি।

তশেংনা হায়রবদা, মাগী ওঝা ওইরিবা, মাবু পোকপম্বু য়ারিবা, মপাগুম্বা অমনা মখোয়গী থক্লবা চা-লোল্লকপসি রামানন্দ ইহে হৈনদে। অম্সুম্না মখোয়না চা-থক্লিঙৈদুদা রামানন্দনা কা অদুদা লৈরিবা টি-ভিগী স্বিটচ্‌দু ওন তৌরুরে। মতমদুদা রেবিকাগী ভারত নাট্যমগী ক্লাসিকেল সোলো ডান্স অমা কাস্ট তৌদুনা লৈরম্লে। মদু উবদা রামানন্দনা, “মসিহ নুপীসিবু ঙসাইগী কন্যা শেন্নবিদু ওস্থোল্লা মানখ্রেদা।” গোবিন্দু জগোয় শারিবী নুপীদুদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, “মান্নি ভায়।” রমানন্দনা ফাগী ওইনা “য়াইনে। নংনা পুঙ য়েরগা, মাবু জগোয় শাহল্লবদি, মী পম্লমর্কসি ময়া কানিসে।” তাবদা গোবিন্না “ঙাইখোনে শকসিদি খরা খেংনা উইদা; ঐগা চানদৌবা মান্দেবো।” “অস! নুপীবু চানব-চানদবা লৈব্রা; হেক্তা চানবনি, মখোয়সিদি শগোল থৌবগুম্বনি, হৈরগনা পঙনুং-মনুংঙাইবা, হৈত্রগনা তাহৌরগা নিংগোঙ কায়হৌবা।” রামানন্দগী বাসি তাবদা গোবিন্দু ফাক-ফাক নোকথোরক্লে। রামানন্দনা, গোবিন্না নোকপদু উরগা

"নোক্কনুনে; অচুম্বনিনে, অহানবদা অফবা মাঙ্লম্লগা কোম্না হিংচাবী ওম্লকপা, হাম্না ইঙাও-ঙাওরম্বস্থ তুংদা পঙফ-ফরকপা নুপীস্থ লৈবনি, লোয়নবা হৈত্রবদি ইফত্তা ফৎত্রে।" মখোয় অনী চা থক্ল-থক্লা রেবিকাগী জগোয় অদু লৌইবা ফাওবা য়েংমিন্নরে। জগোয় লৌইরবদা রামানন্দনা, "নুপীদু হয়েং অমুক্তা উনরুসি" হায়রকই। মসিদা গোবিন্দস্থ য়ারদুনা "ফরে-ফরে" হায়রগা মহাক্কী মরুপ্পু থিন্দোরক্লে; রামানন্দ চৎখ্রে।

## ১৪

নোং ঙাম্লে; হায়নখিবা মতুঙইম্না পুং ৯ খরা হেল্লকপগী অদুবাইদা গোবিন মাগী স্কুটর অদু তোংলগা রেবিকা উনরুনবগীদমক রামানন্দগী ময়ুমদা লাকই। গোবিন লাকপা উবদগী মহাকস্থ মফি হোংদোক্লগা থোরক্লে। স্কুটর অদু মানা অমুক থৌরগা গোবিন্না মনিঙদা তোংলদুনা মবান্নি লাকমিন্নরে। মখোয়না অস্থম লাকপনা পি-ডবলিউ-ডিগী গেট মপা য়ৌরকপদা মফম অদুবায়দা লৈরিবা ট্রাফিক পুলিশ অদুনা মখোয়রোমদা STOP উৎশিল্লক্লে; ট্রাফিক জাম ওইখ্রে। খোয়াথোংদগী মমাঙলোমদা চৎপা কাঙবুদি অথিঙবা লৈতে। চৈরক অসিদা রেবিকা য়াম্না কেনা শেৎ-চারদুনা, মাগী এক্টিভাদুনা নুপা অমনা থৌরগা মনিঙদা মানা নপ্লগা চৎলিবদু গোবিন্না উরদুনা খুদোনবী থিল্লগা রামানন্দদা তাকই। খৌইরি-খৌইরিরবা শমদোন্দুনা লেংপাক অদুদা জ্বায়-জ্বায়, লেংবান্দগী য়াস্থরক্লিবা চাদরগী মতোন্না মনিঙতম্না পাই, মপুঙ ফারবা থাজনা ঙাইহাক শক-উৎলম্লগা তামংবা নোংগী মরুমদা চঙখিবগুম, ফজরবা মায়থোঙনা তুংলোমদা হাইফেৎ য়েংলম্লগা ডি-এম কলেজগী গেট্টা হয়াজিনখিবদু উবদা "অমুক্তা ঙাইবিখো" হায়নিঙই। মীৎকুপ খরগী মতুঙদা লাইন ক্লিয়র ওইরক্লে; রেবিকাদি উখিদ্রে। মখোয়না অস্থম লাকপদুনা জে-এন-এম ডান্স একাডেমিগী গেট য়ৌরগা ঙাইহাক লেপ্লি। মতমদুদা রামানন্দনা

হায়রকই, "ভায়। তৌরিবা মওংসিগা, মৌ ওইরমদননে।" — "নংনা হায়বদুদা কদায়নো খন্দুনা য়াবনি; ঐদি কয়া খল্লুদবনি।" — "অদু তোক্লসি হায়রিরো?" — "অদুস্সু কায়দে।" — "অসঃ ঐ য়াম্না নুংঙাইতেদা, লৈশাবীরা নৎত্রগা মৌরা অদুতা ওইরস্সু খঙখ্রসি, কোয়বা কোয়দবনা অমনি; নং সিদা ঙাইহাক্তা লৈরম্মু। ঐ অমুক্তা চঙলুখিগে" হায়রল্লগা রামানন্দ গেট অদু হাংদোক্লগা একাডেমিগী কেম্পস মনুংদা চঙখ্রে। রামানন্দ, রেবিকানা তোংখিবা এক্টিভাদু কেইয়েং য়েংলি; উদে। মরমদি রবিচন্দ্রনা মচনবু গেট্রা ড্রোপ তৌরল্লগা গাড়ীদু মানা পুরগা চংখিবননি। ফীভম অদু রেবিকানা মাগী কাদগী উরদুনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা তুংলোমদগী "ঐখোয় ওঝা পুঙ য়ৈবা নত্তবরা" হংলকই। রামানন্দ হুৎ লৈথোক্লুবদা থিরিবা মীশক্তু ওইরম্বদগী "ও! মানি ইবেম্মা।" তাবদা রেবিকানা "করি থবক্কী ওইবিরবনো?" রামানন্দনা তপ্না হায়রকই, "করিস্সু থোইদোকপা লৈতে। ঐগী মরুপ অমখক্না ইবেম্মগা বারী অমত্তং শাননিঙই হায়বা, অদুগী চঙজরকপনিদা।" রেবিকানা ঙক্লপ্না, পীশুম শুপ্লপ তৌরদনা "কনানোনে হায়বিরিসিবো?" রামানন্দ মখা তারকই, "ঙরাং ইবেম্মগা ঈশৈ ফাংনখিবা ঐগী মরুপ্পুনি। মহাক্তি গেট্রা ইবেম্মবু ঙাইদুনা লৈহৌরি; অশ্বাই ফাওবদং লেঙথোকউসি" হায়রগা মমায় লৈথোক্লগা চৎপা হৌই। বাহৈদু তাবদা রেবিকানা, "গেট্রা নৎত্রবস্সু ঐগী কাদা কোক লেঙশিনবিরক্লগা য়াবদুবু" হায়রগা মাস্সু রামানন্দগী মতুঙ ইল্লরক্তুনা মখোয় অনী তুংথ-মাংথ থোকমিল্লরক্লে। মতম অদুদা গোবিন্দি মমায় অবাং ওল্লগা স্কুটর মথক্তা ফমদুনা লৈরি; করি খল্লিবা। মখোয় অনীনা থোরকপদু উরসনু খন্দুনা রামানন্দনা, "অহম" হায়না খৌদেল্লকই; খোজেন্দু তাবদা গোবিন মমায় লৈথোরকই। অদুম্না হেক্তা থোরক্কনি খল্লুদবনা মহাক করিমত্তা শেম-শাহৌদ্রে। রেবিকাবু উবা খুদক্তুদা গোবিন্দু মকোক্তা য়েতুম্না চক-চক থিল্লকপগুম তৌরকই, মনা নাখোঙ শাগৎলকই, মখনাওদু খ্রক-খ্রক কংশিল্লকই। মকোক্তু মখুৎনা হাইফেং

নাম্থে, রুমাল লৌথোক্তুনা মমায়দু তৈথোকই, মতিন য়োংখদুনা ফাখনবা কন্না হোৎনৈ, য়াদে হেক্তিল্লকই। মমীত্তু রেবিকাদা মায়পুন্না য়েংবদি ঙমদা, হৌরিবা বর্ফলে পাম্বীদুদম্নু হইয়েন্থ য়েং, হন্থরকপদনা রেবিকাদ'মুক, মরূ লুক্রপ, মমায়দি ইঙাং-ঙাং, কংলবা চিম্বান্দুনা নোকপগাম্নু শারিবা মায়থোঙদু উবদা রেবিকাদি নোক্লিংবনা লৌইরে। নোকমি-নোকমি "ঐখোয় ওঝা ওইরে। করি মতাংগী ওইবিরবনো" হংলকই। মানা হান্না হংলম্লকম্নু খরা ফগাদবা, নত্তুনা মশাক মুন্না খঙনদ্রিবা, লৈশাবী অমনা বা হান্না হংলকপদুদদি গোবিন্দু ইপা-পাখৎখ্রে; করি পাউখুম পীগনি খঙখিদ্রে। গজা থক্রুবদগী ঙাওরবা মী অমনা চাক চাবদা পুখমদু পাইখিগদৌবগুম তৌরক্তুনা খোঙবী অনীনা পুখম মপান্দা নেৎলগা চাক চাই; করিগুম্বা ফমুঙদা হিপ্লগনা কাংথোন্দু অম্নুম-অম্নুম চেপথরকপদগী তাগদৌরে খন্দুনা মখুৎ অনীনা কাংথোন চাকয়েন্দা পায়রগা য়াম্লি। মমৈদা য়ানবা ঙম্লক্ত্রদুনা কন্না লাওরম্লগা কাংথোন্দগী ওম্থরকই হায়নৈ। মতৌ অদুগুম্না গোবিন্দু মাগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ-চৈশিংদু লেঙহৌ-লেঙহৌ উরকই; রেবিকানা মঙোন্দা ঙাশিল্লকপগুম তৌরকই। তুংলোমদা খোঙফম ১/২ হন্দোক্লুবদা মতুঙদা লৈবা উরা মচা অমদা মখোঙদু পনবদগী মহাক তুগে তৌই; মদুদা মহাক্না "সোরি" হায়দোকখ্রে। বাহৈদু তাবদা রামানন্দনা য়াররৌই খঙলদুনা রেবিকারোমদা ওনশিল্লগা "বাবুদি কৈম্নু নত্তেদা, ঐখোয় মরুপসিনা ইবেম্মগা অমুক্তা শক খঙননিঙই হায়বা, অদুগীনিদা।" — "অদুগী ওইরে; ঐদি য়াম্না লুবা বা-গকা ওইরবৌই নিঙউরে।" তাবদা রামানন্দনা নোকফেৎ তৌরগা "এঃ অদুগীদি হয়েং কোন্না লুশিল্লকপম্নু য়াইদা" হায়রগা অমুক মবান্নিগী চান্স অমা পীরদুনা মফমদুদগী খোঙফম অমা-অনী হন্দোকখ্রে। গোবিন্দু মরূ লুক্রপ, লৈবাক্তা তাবা নুঙ মচা অমা মখোঙনা থরো-থরো ওম্না তক্লগা, রেবিকাদা বারী হৌরকই, "ঐনা ঙরাং ইবেম্মবু হেক উবদা করিগুম্বা অমত্তং হঙ্গৎচনিংবা" বাহৈসি তাবদা রামানন্দনা খল্লি, ব্যবহারসিদি। "বাফমদু

হৌজিক নিঙশিংজহৌগে বারৌবিনুকো।" রামানন্দ বাহৈশিংদু তাবা হৈনদবদগী মকোক খোক্তুনা খাঙই; রেবিকাস্থু নোক্লিংবা খাঙবদা বারে। নোক্লিংবদু ফারগা মহাক্না মখা তারকই "এঃ করিগী য়াদনি, হায়বিয়ু।" গোবিন্দু রেবিকাগা মায়ওক্নবা ঙমদদুনা মমায়দু লৈমায়দা লুকথরগা হায়রকই, "চহীমুক্কী মমাংদা ইবেম্মনা ঐঙোন্দা বাইবিরম্বা" তাবদা রামানন্দ মমীৎ-মনা য়ুংখৎলি; মখুৎনা মচিন খুম্মী। রেবিকাদু কদায়দনোমা চৎলগা অমুক্তং পেম্না নোকথোক্লদ্রবদি শিবা তারে খন্নক্লে; নোক্লুবদি য়াদ্রি। ফজরবা বাহৈ-বাতানি খন্দুনা গোবিন মখা অমুক তারকই, "নুমিৎ অদুদগী ইবেম্মগী শকফম্মসি য়েংস্থু য়েংনিঙবা, কিবগুম-করিগুম শুক্লাও-কাওবা ঙমজদনা লৈজরকইবনি।" তাবদা রামানন্দনা খন্নকই, "য়ুম-য়াঙলেন কাখিদৌরে, মী অপঙবা মকোক্তা মচী হৌদে হায়নবদু চুমখ্রেদা।" মহাক লৈবা য়ারক্তদুনা হুৎ লৈশিন্নক্লগা হায়রকই, "ইবেম্মা। ঐগী মরুপসে বাঙাং-বাতা কয়া হৈজদবনি, বারৌবিনু।" — "এঃ মী-মশাগী হৈজদববু করিগী বারৌবা, চোন্নপ-চোন্নপ ঐদি তাবদা ফন্দুম নুংঙাইহরি।" রেবিকাগী পুক্লিং গোবিন্দা লৈশিন্নক্লে হায়বসি খঙলদুনা মহাক্না মখা তারকই, "ঙরাং ইবেম্মগী ঈশেদো ঐদি ওস্থোক্না নুংঙাইজখ্রে।" রেবিকানা খুম্নকই —"ওঝাহোয়না নুংশিবিবদগী পঙথা-থাগৎপিরে।" বাহৈদু তাবদা রামানন্দনা "অদুনবু লাকচরিবনি" হায়রগা দিষ্টি থৌরকই। হৌজিক্তি রেবিকাদু, মাবু উনবা লাকপগী মরম খঙলক্লদুনা ঙাইহাক খঞ্জানে, মায়থোঙ ঙাংলি-ঙাংলিরকই, হায়ফেৎ পঙথরকই। মায়থোঙদা তারিবা পুক্লিংগী ঈহুলদু উবদা রামানন্দনা অমুক হংজিন্নকই, "য়ুম্থু কদায়বাইদগী ওইবিরবনো?" — "খোয়াথোং পুখ্রি অচৌবদুগী মনিঙদগীনি।" - "নোং-ফাদোক চখোকচরকপা য়াজগদ্রা?" - "লাইবক ফব্বনি, শিনফম তিম্নবনিনা করিস্থু অকায়বা লৈরোই।" রেবিকাদু হংলিবমখে পঙখুমদা খুম্নক্লে। রামানন্দনা নোকমি-নোকমি অমুক্কস্থু "য়ু-ম-দু-বু", হংখ্রবা বাহংবু হজিন্নকপদুদা মহাকপু মৌরা নৎত্রগা লৈশাবীরা হংলিবনি

খণ্ডল্দুনা — "খোইহ্রি-লিনশাং তাফম্লে" হায়রম্লগা ফং চঙখ্রে। রেবিকানা মমায় হেক লৈথোকখিবগা রামানন্দনা খোঞ্জেন্দি থোক্তনা নোক্লা-নোক্লা "তস।" হায়রগা মখুবাক্তা খুদুম্মা শুজে। মখোয় অনী রেবিকানা চঙখিবদু মুন্না য়েংদুনা লৈরিঙৌদা রেবিকাস্তু মখোয়দুবু চংখ্রবরা খন্দুনা তুং হন্না য়েংথোরকপদা মখোয় অনীনা মাবু য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা নোকফেং তৌরম্লগা চেনবৌই-করিবৌই তৌরগা মাগী কাদা চঙখ্রে। গোবিনগা রামানন্দগস্তু গাড়ী ষ্টার্ট তৌদুনা লাক্লগা ডি-এম কলেজগী কান্টিন্দা চঙখ্রে। খরা মতাই ওইবা সিঁট অমদা ফম্লগা চাগী ওরডর তৌই; চা'দু ঙাইনা-ঙাইনা মখোয় অনী চীকথনরি। রামানন্দ, মাগী মরুপকী অশোয়বদু পুথোক-পুথোক্তুনা ঙাংলি। "নংনা কোয়গে খল্লিবা নুপী অদুদবু *হঙ্গংচগে, নিঙশিংজগে* হায়বা হৌনব্রো? মদুদি ইথক থোংবা ওঝা-গুরুদা শিজিন্নগদবা বাহৈনি; ঙসি নংনা ঙাংখ্রিবা ময়ামদুদি অস। লোইরেনে ভায়। শামান-লেংমান্নবদদি বারৌবিনু, করিগুম্বা'মত্তা হায়জগে/হংজগে হায়গদবনি। হন্দক্কী মতাঙ অসি নাস্তোকখ্রবদি নং ঝুলী-কৌপিন থৌরাঙ তৌবা য়ারে।" তাবদা গোবিন্না, "ঐবু অদুম্না হেক হায়খিব্রনে?" — "হায়খি হায়খি; ঙাইখো নং নমায় কদোম ওম্লগা লেপ্পি' কাওরম্মনি।"— "অসঃ খঙদ্রেদা" হায়রগা গোবিন তুমিন লৈখ্রে। মখোয় অনী বারীদা মুনখিবদগী চা পুথোক্লগা থম্লম্বু কাউথোক্লুরে; থক্কে তৌরুবদা ঈংলম্লে। রামানন্দনা চা'দু অমুক্কস্তু কৌরগা মখা তারকই, "কান্নদে ভায়। লৈশাবী-পাখণ্ড বারী শানবদি শিংজু-বোরাদগী হৌগদবনি। ইবেম্মা। ঐনা নংবু য়াম্না নুংশি, ঐদি ইনাক য়াম্না খুল্লি হায়রগা য়ারক্কদবস্তু নত্তে; হায়নিঙবা বাদু প্রমাণ-পাল্লৈনা ফোঙদোক্কদবনি। মদুদা ওইরক্লিবা মাগী মীৎয়েং-নায়েং অমস্তুং পাউখুমদু উর-তারগা নংবু নুংশি-নুংশিদে খঙগদৌবনি। নংনা নুংশিরিবা অমদি লৈমিন্নরগা অফ-ফত্তা তানগদৌরিবা মীদুবু নংনা কি হায়বিরে; মীদুনা করিনি খনখিনি। নংবু নপুন্সিদা নুপীগা বারী অমুক্তা শানদ্রিবরো? অদুক য়াম্না পাঙদবা নংবু নুপারো" অস্তুম্না

রামানন্দনা গোবিনবু মথৌ শগুলি। মসি তাবদা গোবিন্না, "ঐগা লোয়নরিবা নুপীশিং অদুগা শানরিবা বারীদি ঈশে-নোংমাইগী ওইবা অচম্বা বারী ওাক্তনি; অদুগা ঙসিগীসিনা পাখং-লৈশাবীগী ওইবা পুমতোপ-তোপ্পা বারী অমনি।" তৌববুদি মতাঙসি অহৌবদা খরদি লৈই; করিগুম্বা ফরক হেক তাখ্রগদি মখা তাবা য়াদনা মঙ্গলাচরন্দা লোইশিনখিবস্তু য়াওদবা নত্তে।

অস্তুম্না মখোয় অনী বারী শানরিঙেদা গোবিনগী ওফিস কাবা মতম থেঙখিদুনা নুমিত্তু মহাক ছুটি লৌরগা মখোয় অনী হনমিন্নরক্লে। অশোমদনা গোবিন্না ঙাংখিবা বাহেশিংদু নিঙশিংলুরগা রেবিকাদু মথন্তা মোমোন-মোমোন নোকচরি। নুংশিবা! ঙকইদকো নংসে; নংগী নপাউদবু তাদুনতা লৈনিঙই; নংনা পায়রম্বা লৈতুম ফাওবা নুংশিকো।

গোবিন, রেবিকা উনরুরগা হন্নকপদা নুংথিলগী পুং ১ মুক তারে; মচেনা মফি-মরোল শেংলগা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মানা হন্নকপদু উবদা মচেনা ইমুঙদগী থোরক্লগা — "ইবুংঙো! বাবাদো মী উনরুনি হায়দুনা চথোকখিবনি। নং ঙন্তানা হন্নকপা ফরেদা, ইচেম্বু য়ুমদা ঙাইহাক্তং য়ৌরুখিগে" হায়রম্লগা চৎখ্রে। গোবিনস্তু হন্নকপগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লে। মাগী ট্রেক্ট-স্যুইট অদু শেংচিন্নগা ফমুঙদা মমায় অবাং ওন্না হিপ্লি; মহাক রেবিকাগী বাখন্দা তাউরি।

নুমিৎ অসি রাধামনিস্তু ঈশে তন্নবগীদমক্তা লাকই; নিতিগী মতমদগী খরা ঙল্লি। মসিগী মমাঙদদি মখোয় অনীদা ওইরবস্তু হৌনরগা লাকমিন্নখিবনি; অদুবু ঙসিদি মহাক কনাবুস্তু হৌরুদ্রে। নুপী ওইরো নুপা ওইরো শৃঙ্গার রসনা হেনগৎলক্লবদি মরুপ-মপাঙ তুংওইনরকই; রস অদু ফংনবা হোৎনবদা মহাক নায়তোম তানিঙলকই। মাতবু উনিঙবনা বাখল লৈতাফম খঙলক্তে। মঙোন্দদি অহিংগী অমম্বস্তু অঙানবনি, কালেনগী শারবা নুংশাস্তু মেরাগী থাবলগুমই। রাধামনিদু গোবিনগী ময়ুম য়ৌরক্লগা মাঙোল কাখৎলে; নিতিগী মখোয়না

ফম্লবা ফক অনী অদু খাব্রাং থারগা ফৈবোম লৈতানা মরূ লুক্না ফম্লি। মখুৎ অমনা ফক্তা শৌরি, অমনা ফক্তু খুজিন্না শিক-শিক্তুনা শান্নরি।

নেপোলিয়ন বোনাপার্টকী ডিক্সনারিদা *ইম্পোজিবল* হায়বা ৱাহেসি য়াওদে হায়নবগুম, রস অসিদা লুপখ্রবা মীগী মফমদা ব্যবহার করিনো হায়বা খঙলক্তে। করি অমুক হায়গনি, নিংথৌনি হায়বগী অকীবা লৈরক্তে। মহাক ফুক হৌগৎলগা ইমুঙদা তপ্না-তপ্না চঙখিদুনা কনা-কনা লৈবগে য়েংলুরে। কনামত্তা লৈরমদে; মথংদা মহাক গোবিনগী কারোমদা লাক্লে। গোবিন্দ চাননা তূম্বদি নত্তবনিনা, মী চঙলকপগী শামিন অমা ফংবদুদা মমীৎ পাঙথোরকই। রাধামনিগী মমিদু মাগী ফম্যাংদা থেৎলিবা মিংশেন অদুদা উরকই। রাধামনি লেপ্তুনা চঙলকপনা গোবিনগী ফম্যাংদা চপ লেপ্লরে। গোবিনবু উবদা লেম্না নুংশাগী মঙালদা তূম্বগুম, মহাক্না হায়গে খল্লম্বা বা পূম্নমক লোইনা কাওখ্রে। অদুক থৌনা ফনা চঙলক্লগা করিগী নুঙগী মূর্ত্তিগুম লেপ্লিবা? হায়রোদনা।

অস্‌সুম্না মীৎকুপ ১/২ লৈনরুরবা মতুঙদা গোবিন্না, "রাধা।" হায়না কৌরকই — "হুম।"—"ঐ চরাবানগে তৌরম্বনি, ফি হোংদোকপা তল্লদুনা লৈরম্মিবনি; নং চাকখুমদগী চাক খিক্তা খাইদোক্লুসো, ইবান্নি চামিন্নসি।" রাধামনি পাউখুম পীদে, তূমিন্না লৈরি। মরমদি মানা ঙসি শেৎলকইবা ফি অদু চাকখুম চনবা য়াবা নত্তে, মোত্তে হায়বদনি। ইমুঙদুনা নুপা ঙাক্তা লৈবনিনা অতোপ্পা ফি অমা হোংদোক্লিংঙাইন্সু ওইদ্রে। গোবিনগীদমক্তি তঙায়ফদ্রবস্‌, অতন্দুগী খনবদা মহাক চাকখুম চঙনিংদ্রে। অমরোমদনা ওঝা অমস্‌ং নুংশিবা অনীগী অপূনবা য়াথংনি, মহাক নুঙ অনীগী মরক্তা হা ওইরে। পাউখুম ফঙদ্রবদা গোবিন্না, "তল্লবরা" হংলকই। লিনস্‌ শিবা চৈশুস্‌ তেক্তবা উপায় অমা ফঙলদুনা "হোয়" হায়রগা মহাক চাকখুমদা চঙখ্রে। মনিঙথোঙদা থোক্লগা মখোঙ মখুৎ হামদোক্লুরে; মানা ইল্লকইবা ৱান-প্লাই মতেক্তুনা মফিদু হোংদোক্লে। লেপ্লে ইকৌ-কৌ. নোম্লুরে ইকাঙ-ঙাঙ, ফম্মে ইহাঙ-হাঙ ওন্থোকপা

ফিনি। খুজাই অমা লৌরগা ফিস্টরদগী ঈশিং খরা য়ারে, পুখম-তেঙ্গোৎ তেংথোক্লে, চফুদগী চাক-এনছাং খায়দোক্লে। ঈশিং খরা খিক্লগা চাক-চাফম অদু কংনান-নাম্থোক্লে, অদুগা মনিঙথোঙদা থোক্তুনা মথুৎ-মশা অমদি খুজাই অদু শেংদোক্লুরে। হত্তিক্লগা খুজাইদু পায়রদুনা নোম্থরগা ফিস্টরদগী থক্লবা ঈশিং য়ারি। তাঙ্গাসিদা গোবিন্দ চাক খাইদোকপা লৌইরম্বা য়ারে খন্দুনা চাকখুম্মাঙদা চঙলকই।

অঙাংবা বিন্দিনা লাইকক্তা; নাপগী নাইম্না তনিক-তনিক, তুজুংলবী তুংয়ান্দগী হাইথরকপা যেংবোম্না লফু লেম্রাগুম্লবী নিংথিরবী মহাকপু গোবিম্না য়েংদুনা লৈরি।

ঈশিং য়াবা লোয়রদুনা মহাক্না মমায় লৈথোরকপদা নুপা অমা ইচাও-চাওনা লৈরম্বদু উবদা খায় লাওখিদুনা মখুত্তগী খুজাইদু লৈবাক্তা তাখ্রে; মখুউ অনী চপশিন-খোইজিন; মমীৎনা লাংদা থুরবা শজিগুম গোবিন্দা তথক-তথক য়েংদুনা লৈরি। মখোয় অনী বা অমত্তা ঙাংনদে, ঙাইহাক তুমিন-তুমিন লৈনরুরবা মতুঙদা গোবিম্না কৌরকই — "রাধা।" — "হুম।" — "কেদৌরিবা?" — "ফি-অশেঙবা লৈতবদগী।" পাউখুম অসি তারগম্দু গোবিন্দ, বা মখা তারমদে।

ফুগায়ন শাৎলিবী থম্বাল,
খোইমুগী খোজেনবুদি,
তানিঙবন খোয়রাম্ভিও।
উরগম্দু মিপাইরি,
তোঙলরগদ্রা কিজরি,
পায়খিগদ্রম্দু বাজরি।

গোবিন, রাধামনিগী মনাক্তা তপ্না-তপ্না চঙশিল্লি। পীরকপা চৈনা পুম্নমক মশুঙলাংগী খাঙলগে খনখ্রবোই, রাধামনিদু খোঙফম অমা লেঙখিদ্রে। মনাক য়ৌরক্লবদা গোবিন্না মখুৎ অনী তিংথোকই, রাধামনিস্তু মখুৎ তিংথোরকই।

খুৎক-খুৎক পায়শিন্নখি; মথানুংদ চিংশিন্নখি।

তঙাংলব চিনবান্দ; খৌইমু অদু তোংখরে।

মীৎকুপ ২গী মতমদনি - "রাধামনি। রাধামনি।" হায়না কৌরকপা খোজেন অমা মখোয় অনীমক্কা তারকই, খঙিঙ স্তুমতিনি। লৈহী চুপকে হোৎনরিবা খৌইমুবু মালংকী শহুম্না তোংবা ঙমহন্দবগুম, খোজেন্দুনা খৌইমুদু তাম্থোকখ্রে। রাধামনি মফি-মরোল, মশম-মনা শেমজিন্নগা তম্না মপান থোরকই। স্তুমতি শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্মী; মহাক অমুকস্তু ঙাইখিবা তারি। স্তুমতিনা, মাবু উখ্রবরা নৎত্রগা খঙখ্রবরা খনবদগী পাখৎলাপ তৌনা স্তুমতিদা মহাক লাকপা কয়া কুইরে হংই। স্তুমতিনা, "য়ৌরকপদা ঙায়রিদা" হায়না খুম্লকপদা মহাক খরা নেমখৈ। স্তুমতিনা মখা তানা "ঐননে নংগী শেন্দলদি লৈবা উবা, নশক্তি উদবা, মসি লাক্তি-লাকএসে, কদায়দা লৈরিবনো খন্দুনা কৌরিবনি। ওঝা লৈতব্রা?" - "লৈ।" "অদুদি নখোয় অনী - ?" অস্তুম্না মহাক্না ইমুঙদা লৈরম্বগী মরমদু স্তুমতিনা কোথ-কোথ হংলকই। রাধামনিদগী পাউখুম লাক্ত্রিঙৈদা গোবিন মাগী পুঙদু য়াল্লগা থোরক্লে; অদুগা মহাক্কী ফমফমদা ফম্লরে। মহাক চাক্তু চারক্রে হায়বসি রাধামনিস্তু খঙই। ওঝা থোরক্লবা অদুদদি মখোয়গী ৰারী শানবদু তোক্লগা ওঝাদা ভক্তি কৎলি। গোবিন্না পুঙয়োমফিদু থোক্লগা পুঙদু য়েদুনা রাগ অমা শাগৎলি। রাগদু হেক লোইবগা স্তুমতিনা নটকী শৈহেক্তা ঈশৈ অমা শক্লকই।

স্তুমতিঃ—— লেঙবিরো ইবুংঙো হনবিখ্রো।

তাজাসিদা, রামানন্দদু রেবিকাগী মথঙ প্রেগ্রাম অমমুক কৈদৌঙে শেমসিগে

ময়ুম য়ৌরগা ইমুঙগী থবক ইনখাঙ হোৎনরি; খোয়জংদে। দৃশ্য অদুদি মমীত্তা উদুনতা অদুম মরৈরি। নুমিদাংগী চাক-ঈশিংগী মতম ওইরক্লদুনা মহাক চাকখুম চঙলে; চাক লৌইরবদা মমা-মচা চাক চামিন্নরে। চাক চাবা তোক্লদুনা মহাক নুমিত্তুগী থবক-ইনখাঙ লৌইশিল্লগা ফমুঙদা তূম্বা চঙলে; তূম্বা য়াখিদে। খোইমুদুগী খোঙজেন্দুতা মনাকোংদা ঙংদুনা লৈরে, "ওম্থোক্লা পাঙখিদ্রেদা; বাহে মত্তবু হায়হৌদেদা।" মশাদু নুংদা ওমচাক্লে, হুমাই লক্ষামনা হুম্বদা ঈংলরেইদবা মৈশানি; মপান্দনা খরা ঈংগদ্রা খল্লদুনা মমা খঙহন্দনা তূমিন্না মপান থোরক্লে।

থাবল মঙাল উরগ থোইন মৈশা হাপকৎপ,
থক্ল-থক্ল খৌরাংব পেল্লইদ্রব নুংশি ঈরীক্লি।
থাবল লৈরাং থাবল্লে নুংশিব লৈনম য়েল্লকই,
বারিঙৈগী মথক্ত হেন্ন মৈশা হাপ্লকই।
উনা মত্তং লেঙবদ খোইমুদু পাইরক্লবৈই খন,
নাশোন পীক্লা য়েংজরুই, খোইমু'দুদি লৈরমদে।

মহাক ঈশৈ ঙংলকই – – –।

নুজাগী থম্মোয় হুরিবা নংবু
কৌজনিঙ্গিও নুংশিবা হায়না।
হায়জনিঙ্গিও থবায়গী মবুঙেও
কৌজবা ওমজদে ইচিনসিনা ।।

নুংশিবগী বাহেন্দু খঙজদে
মীৎচিগী তেনন্দু লৈজদে।
থম্মোয়নদি নহাকপু নুংশিরি
নংতবু ঐগী ওইনিংলি।।

অথেঙবা অহিং খুদিংদা
তত্তনা ঐবু কৌথোক্লরি।
থাবলগী ঈপোমদা থিজরুবা
নুংশিবা নংবুদি ফংঙমদরে।।
ঈয়ায়দা শাংলিবী থারিকথা
নংনা মোমোন নোকলিবা।
নথংলেন থাজ মহাক্কী
নুংশি মপাউ ফংবরা।

রাধামনি অস্তুম্না ঈশৈ ঙাইহাক ঙংলম্লগা ইমুঙদা চঙখ্রে।

## ১৫

নোংমা থম্বালসনাগী মনাওনুপী সখীতোম্বী, মচেগী ময়ুমদা লাকই। মতমসিদা রাধামনি অয়ুক্কী চাক থোঙলি; মমানা মাঙ্গোন্দা এন্ছাং মল্লি। হেক য়ৌরকপগা কৌরকই; "ইচে। ইচে। কৈদৌরিনো, এন্ছাং মল্লিরা?" খোঞ্জেন্দু তাবদা থম্বালসনানা মমায় লৈথোক্লগা য়েংথোরকপদা মনাওনুপীবু উরকই; তরাম-তরাম কৌশিল্লি। সখীতোম্বীদু মাঙ্গোলদা কাখৎলগা ফক্লাংদা ঙারিবা ফক অদু মশানা থাজরগা ফমই। রাধামনিস্তু মন্দোমচাগী মখোন তাবদা মপান থোরক্তুনা মন্দোমচাবু হরাও-হরাও কৌই। মহাক্লা মন্দোমচাবু চাক চারগা হনখিনবা হায়রম্লগা মাগী মথৌদু তৌনবা চঙখ্রে। মনাওনুপীনা তুং-মাঙ হইফেৎ য়েংলগা মচেদা মহাক্লা লাকপগী মরমদু হায়রকই। রাধামনিদু মখোয়গী লৈকায়দা য়াম্না ফবা নুপা অমা লৈরে, মঙোন্দা পীখ্রসি; ময়ুম মকৈগা চেক্লা শাবনি। মপুন্সিগী কায়দনা চাবদা লোইবা ঙম্লরোইদবনি হায়রকই। মসি তাবদা মচেনা লাইরবী মখোয়গী মচাবু অদুগুম্বা নুংঙাই-য়াইফবা ইমুঙদুনা মচা-মমৌ

ওইনিঙলমগদ্রনে হংলকই। মনাওনুপীনা মমীংও-মনাও তৌরদনা মচেদা অঙাংদু মচিন-মনাও অনীখক্তনি; মানা অতোনবনি। মপান্দা লাইরিক তম্লিবনি, ময়াং নুপী অমগা য়াম্না নুংশিনরে, চামিন-থকমিন্নরে হায়বা পাও তাবদগী, ময়াং নুপী লৌদুনা লৈখিবা তারে খন্নবদগী মমা-মপানা কৌথোক্লগা ময়ুম পালহন্নবা হোৎরিবনি। মানদি য়ুম পাল্লরোই হায়দুনা ঙাংন-শক্লবা অমত্তা য়াদদুনা লৈরিবনি। অদুনা মমা-মপানা মঙোন্দা মশক-মতৌ ফজবী নুপীগা লৈরদি অমত্তা খিরকউ হায়বদগী মহাক মচেগা তান্নগে লাকইবনি হায়রকই। মনাওনুপীগী মচু শঙলবা বাহেশিং অসি তারগা মচেনা খুম্লকই, মানদি করি খঙগনি; মহাক্লা ফৈ হায়রগা অদুম য়ারে। মাস্তু মচানুপীসে অফবা নুপা অমা লৈরবদি থাজখ্রগে খল্লিবনি। মপুঙ মরৈনগা ফারকপনে কনানা খঙগনি; জুগোৎ চাদবা নুপা অমদা কোক চেন-চোংখ্রগা মরাইবক্লা তম্বনি হায়দুনা মাবু হন্না য়েংদবস্তু ঙম্মোইদো। তাবদা মনাওনুপীনা, "হন্দক্কী মতাংসি নাম্থোকহনখিবা য়াদেকো" হায়রকই। "হোয়-হোয়। ঐ নংগীদা নোংমা চখোরক্কে; অদুগা খন্নসি।" — "কুইথবা য়াদেকো ইচে; ঐ চৎলগে।" — "হায়মা নচানা চাক চাখিসি হায়'দুদি?" — "কোন্না অমুক চাররগে ইচে! হায় ইবেম্মা রাধামনি! ইন্দোমচা চৎলে; নংগী চাক্তো মতুঙদা অমুক চাররগে; চৎলে চৎলে" হায়রম্লগা ফৎ চৎখ্রে। মমাস্তু এন্ছাং মনবা লোয়রদনা মচানুপীদা পীরুরে। ঙাইহাক লৈরগা চাক লোইরদুনা মমা-মচা চাক চামিন্নরি। মতম অদুদা মচানুপীনা মমাদা মন্দোমচা লাক্লম্বগী মরম হংলকই। মন্দোমচাগা শানখিবা বারী পুন্নমক্তু মমাদগী তারবদা রাধামনিনা "ইমাদি করি হায়খি" হংলকই। "ঐনা হায়খিববু নংনা ফৈ হায়রবনিনা ফ'দি-ফরম্মনি। অদুবু মশা-মশা অমুক্তা উনহনখিসি" হায়খি। বাহেশিংসি তাবদা রাধামনিদু মখোয়দৌ শাউগৎখিদুনা "খঙনি; মদুই নুপীদু লাকখিসনু মশমদু কো-গোক কোক্লা ফৌইদৎকে; য়ুমসিদা অমুক হন্না চঙহল্লোই। মীবু হুই-হৌদোংদৌনা মশক-মশাস্তু খঙদনা পীরো হায়রগা হেক্তা পীনবরা?" হায়রম্লগা চাক চাবা তোকখ্রে;

-অদুগা মাগী ফমুঙদা হিপথখ্রে। খল্লকই, "নুংশিবা হায়বসি হায়ফম তাকফম খঙদবা, পায়বা য়াদবা, বখলগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মঙলান অমনি। মাগতা লোয়নদুনা, মহাক্তবু য়েংদুনতা অস্থম লৈনিংঙি। করিগুম্বা য়েংনিংলিবা মহাক্তু উরবস্থু মুম্না য়েংজবা ঙমদ্রিবা, করিগী লোম্হোক্তবী লাইফদিবী ওইরিবা? হন্দক মরকসি ঐনা মাবু পঙখন্দা খল্লিবসিনা করিগীনো। ঐনা মাবু খনবমুক মান্দ্বু ঐবু খল্লমগদ্রা। ইমানা ঐবু নিপা অমদা থাজগদৌরে হায়বসি তারগনা খোইদৌদা পঙশাওদা শাওগৎলিবা; মহাকপুনা হেন্ন-হেন্না খঞ্জিল্লকইবা, ঐবু ঙাওরবা জাৎলা।"

## ১৬

রোমেস, হৌজিকস্থু মাগী দুকান্দ্‌ অদুম ফল্লি। নোংমদি শামোদু মাগী নুপী অমস্থুং মচাগা লোযননা সিনেমা য়েংলুবদগী মাগী এক্টিভাদু ইল্লগা তপ্পা-তপ্পা থোরকপদু রোমেসনা লাপুক্লা উরদুনা মাগী পান-দুকান মনুংদগী কৌরকই। "শামো! ভায় শামো!" খোজেন অদু আনন্দিনা তারদুনা য়েংথোরকপদা রোমেসকা মীৎ-চানরে। হেক উনবদুদা মমাঙদা থোকপিবা থৌদোক্তু নিঙশিংলক্তুনা অনীদু নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌনৈ। মখোয়বু চঙলক্লবা রোমেসনা মখুৎ খৎপদু আনন্দিনা মপুরোইবদা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা খঙহল্লি। মতমসিদা রোমেসকী দুকান্দুদা মী খরা ওমশিল্লক্লে; মখোয়গী পোৎ তম্বদা মহাক মমীৎ হঙ্গৎনা পাঙবা ঙমদবা তাঞ্জা ওইরে। মাগী থবক খুৎচিন্দুদা চঙলুবা কয়া নুংঙাইররোই খন্দুনা শামোদু মনাক অদুবায়দা, মচি অমদা গাড়ীদু ষ্টেও তৌরগা মী লৎপা ঙাইরি। মী খরা কোমথোরক্লবদা রোমেসনা মঙক থিন্দোক্তুনা য়েংলপদা মমা-মচা মখোয় অহুম্না লেপ্তুনা লৈরিবদু উরদুনা কৌরকই, "সিনেমা য়েংলুরিবরো ভায়! চঙলকখো ক্লা-মতপ অমত্তা লাঞ্জগে।" তাবদা শামো, মমা-মচা মখোয় অহুম রোমেসকী দুকান্দা চঙলক্লে। মতমসিদা রোমেসনা অচাপোৎ পেকেট

অমা মচানুপাদুদা "বৌই! সে-সে মসিনা নংগীনিকো" হায়রগা নুংশিনা পীরি। শামোদু মচিন্নদি "পীরুনু-পীরুনু চাদনদা লৈরবনি" হায়; অদুবু অখিংবদি থমখিদে। মহাক্কা রোমেসতা নুংঙাইনা পাম্লিব্রা অমদি মাগী মচা কয়াম চাওরবগে হংলকই। রোমেসনা ক্বা শেম্না-শেম্না মাগী নুপী খাইনখিবগী বারীদু শামোদা নীরি। মরক্তা রোমেসনা, "ঐখোয় ইবেম্মগী ক্বা-সিবু করম্বা?" আনন্দিনা, "তামো! মৌই বাগা মান্নহনবিরো" তাবদা শামোনা আনন্দিদা ওনসিন্নগা "আঃ-আই, নংস্তু ক্বা-জার্দা চারবো?" মপুরেইবনা চৈরক্তদ্রা খন্দুনা আনন্দিনা মৌই বানা চাবদুদা মাস্তু মহাওয়েংগে তৌবনি হায়শিল্লি। চাবগী বাদি আনন্দিদু অয়ুক্তা জার্দা মতপ অমা চাহৌদ্রবদি টৌইলেট নিঙশিংদে হায়বদু য়ৌরবনি। অনীগী মীৎয়েং-নায়েং, লোয়নরিবা খুৎলোয়নদু উবদা রোমেসনা কল্লকচৈ। মহাক ক্বা-তপ্পা লৈইরদুনা ক্বাদু শামোদা পী। শামোনা ক্বাদু লৌরগা অমা ময়াদা হুকচিল্লি, অমনা আনন্দিদা পীরি; মমায়দি রোমেসতা ওনশিল্লি। আনন্দিস্তু মপুরেইবদগী ক্বা-দু লৌই; করি-করি য়াওরিবগে হাইফেৎ য়েংলগা ময়াদা হুকচিল্লি। "অদো ভায়দি কৌরুবগাদি চৎলুব্রা?" মহাক্কা স্তুমতিগী মফমদা চৎখিবা শাজৎ অদু ঈকায়দুনা ইশম-শম্না "চৎলুদ্রে" হায়নদমক খুমখি। "নুংঙাইরবা ময়ুম-মকৈ, নুংশিরবা মমা-মপা, মচিন-মনাও পম্নমক থাদোক্লম্নগা চৎনবিনি হায়দুনা নংগী য়ুমদা লাক্কদৌরিবা মীশক্নি। মীস্তু মকোক পাম্লিবনি অমুক্তংদি চৎলুসোদনা। অদুগা অসিমদি হায়জগে ভায়! নুপানা হৌরুদনা নুপীনা হৌরকপগাইসিদি কদাচিৎনি।" ঙাংনা-ঙাংনা আনন্দিদা অমুক ওনশিন্নগা "ঐগী নুপীসে, ঐনা ঈকায়-ঈকি পম্নমক থাদোক্লগা শঙবদগী ফংহৌরিবনি; নৎত্রদি তোক্লবনি। কৈনো পাখণ্ড ময়ামসিনা চুহীদা হয়িং ইনবদই খরবু হেনবা জাৎনি।" তাবদা আনন্দি নোকফেৎ তৌজখি। "অদো, পোৎ-চৈদু লৌইশিল্লো ঙাইহাক্তং ফম্লুসিদনা।" রোমেসনা, "য়াইনে।" অস্তুম্না বারী ঙাইহাক শানরগা আনন্দিনা মনীংদা, মচানুপাদুনা মমাঙদা লেপ্লগা শামো মাগী এক্সিবাদু থৌরগা চৎখ্রে। গাড়ীদু চৎপা হৌরকপদা আনন্দিনা রোমেসতা য়েংলগা হাইফেৎ

নোঙ্ক্রম্মী; মীনোক্তুনা রোমেসপু মিকপ থোকহনখি। মতম অমদা মহাক্লা স্নুমতিবু ঈশৈ শকপা খিন্দোক-খিজিন তৌখিবদু নিঙশিংলকই। মখোয় চংখিবগা মহাকস্নু পোৎ-চৈ লোয়শিল্লে।

কুইদে, রোমেস য়ৌরক্লদুনা মহৌশাগুম শামোগী ড্রেইং রুমদা রোমেসকা মখোয় অনী পোখারি। ঙসিদি পঙয়াম য়ামদে, জ্ঞান তানা ঈংনা মখোয় অনী বারী শানরি। মতমসিদা আনন্দি, মখ্বাঙদা শেৎলিবা ফনেক অদুগী মথক্তা খুদে মতেক অমনা অমুক ফিদোন চিংখৎপদৌনা মথবাক্তা য়েৎশিল্লগা ফন্দী অমা পায়রগা থোরকই। রোমেস অমস্নুং মাগী নুপানা চারম-থক্লম্বগী চাইরিবা টেবলদু ফন্দীদুনা তৈথোক্লগা গ্লাস-প্লেটনচিংবদু লৌথোকখ্রে। অদুগা অমুক থোরক্তুনা মহাকস্নু মীফমদুদা য়াওররে। শামোনা থক্লিবা চুরুটতু অমুক্তং চিংলগা মৈখুদু শাংনা কামথোক্লগা হায়রকই, "নংগা মাগা খায়নরিবসি ফন্দি কুইরেনে, হা?" — "উম কুইরেবো।" — "মরকসিদা মাদি ময়ুম অমুক পাল্লুবগাদি লৈতেকো?" — "লৈতে।" — "চহী কুন্থ্রা শুদ্রিবা, মচা য়াওদ্রিবা মহাক্লা অস্নুক কুইনা নংগা খায়নদুনা লৈবা, অদুগা অতোপ্পা নুপাদস্নু ময়ুম পান্দ্রিবসি নুংদা অর্থ অমা লৈ। অমুক হন্না ময়ুম পাল্লরোই হায়রিবরা নৎত্রগা নংনা কৌরবা ঙাইরিবরা? হায়রিবা মতম অসিদা নংস্নু অতোপ্পা নুপী অমা খিদুনা অমুক হন্না নয়ুম পান্দ্রিবনা করিগীনো? নবান্নিগী মরক্তা সোর্ট লৈবা লাইন অমা য়াওরে, মদু হান্না চেক তৌথোকখো।" শামোদু ঙাংবদা য়াম্না নুংঙাইরকপা মতাঙ ওইরদুনা মখা অমুক তারকই, "মতম পল্লমক্তা য়ুমগী নুপীবু নুপা ঐখোয়না হায়বদমক তৌগদবনি হায়বসিস্নু খরা হন্দোকপা ফৈ। নোং-ফাদোক এন্ছাং থুম য়াকপগী নুপীদা গরম হেক্তা কাবস্নু ফত্তে। ঐগী মরুপ অমনা ডায় নংগী নুপীদু মশক খঙদবা নুপা অমগা লোয়নদুনা লৈরে হায়না পাউ তন্নরে। পাউদু তারগা ঐনা হেক্তা শাওগক্তুনা নুপী তাম্থোক্কদবা নত্তে। উবগা তাবগা অনীগী মরক্তা য়াম্না চাওনা খেন্নবা লৈরি। অহানবদা পাউদু অচুম্বরা চুমদবরা খঙনবা হোৎনগদবনি। মদু

খঙদোক্নবা মতুঙদা মখা তাবা থবক লৌখৎকদবনি। মহাক্না ঐগী শাগোদা নৎত্রগা সমাজদ অকায়বা পীরক্নবদি মহাক, ঐগী ইনাক্তা মীৎকুপ অমা পস্নবগী শক্তি লৈতে। মতমদুদা মহাক মমুন ফারবা হৈগুম মথন্তা কেজ্জরগা পক্নুনা মাঙজগদবনি। নুপা ঐখোয়দি হুম্ফু শুরবস্নু কুনমরি-কুনমঙাগা কুম্মিম্নবা য়াই। অদুনা ভায়না অমুক্তং কৌবিরুবনা চুমগনি; মদুদা মানা সস্পেন্দা শুম লৈজরগে হায়রক্নবদি ভায়দস্নু দোষ লৈত্রেদনা। অদুদগীদি অনৌবা অমা রিক্রুইট তৌবা য়ারে।" মতাঙসিদা আনন্দিস্নু য়াওশিল্লকই, "তামো! ঐস্নু মৌইবানা হায়রিবসিনা চুমগদ্রা খল্লি। অমা-অমা থোয়না তুকা থিনদনা অমুক্তংদি কৌবিরু; মাস্নু কুইরবন্নিনা তামোবু উননিঙলমগনি।" শামোনা মখুদাংদা শিরিবা ঘড়ীদু য়েংলগা "ভায় রোমেস! ঙসিগীদি শ্বায়দা শুম কায়নরসি" হায়রগা আনন্দিগা লোয়ন্ননা রোরেমসপু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরক্লে। থোঙ্গাল য়ৌরগা হায়রকই, "ভায়! লাক্লিবা ফইরেনগী হুম্নি পানবসিদা ইচানুপাগী চুড়াকরন তৌগনি, লাক্কদবনিকো।"–"লাকচগনি-লাকচগনি, গুড নাইট!" – "গুড নাইট!" রোমেসনা চৎখ্রবদা শামোদু ইমুঙ চঙ্গদবগী মমায় লৈশিল্লকই; মতুঙদা আনন্দি লেপ্লুনা লৈরম্মী। মহাকপু উবদা শামোনা, "আনন্দি!" – "করি হায়গে?" – "ঐ য়াম্না তুম্মিংলক্লে, ঙইহাক্তং তুম্মুখিসিরা?" – "কৈনো? চাক্কা থোংদ্রিপোৎনি, – "ঐনা হায়দি, চাক্তু ঙইহাক্তং তুম্মুরগা থোংগেরা হায়বা" – "য়াদে-য়াদে, অঙাং তুমখিবনা হাল্লনি" হায়রগা মখোয় অনী তুৎথ-মাঙথ চঙমিম্নখ্রে।

ঙসিদি রোমেসতু মশা ইশা-শাগত্তে; মহাক চৎন-চৎনা স্নুমতি অমস্নুং আনন্দি, অনীগী ফজবদু মথম্মোয়দা চাংদম্নরকই। নুপীগী লক্ষণ নত্তবা মপানগী ওইবা ফজবসি চাউরাক্লা মখল অহুমদা থমজগে:-

— সাধারন্দা কুচু ফজরবদি নুপী অদু মশক ফজৈ হায়নৈ; অদুবু কুচু ফজরগা য়েংনিঙদবী, অফাবী শকস্নু লৈ।

— কুচুগী বা খন্নদনা নুপীদুগী মশক্তু অমুক্তং উখিবদা কাউগন্দবী শকস্তু লৈ, মখোয়সি রাশী লৈবিনি।

— মসিদগী খরা হন্তুবা নুপীবুনা মতৌ অমদি লৈদা হায়নরগা অদুম চৎনৈ; অয়াম্বনা মখলসি ঙাক্তনি।

মখল অহুমসিগী বাংমদা, মশক্তু থীমনবদগী নৎত্রগা ফজমনবদগী কাওগনদবী শকশিংস্তু লৈরি; মখোয়সিদি অতাঙবিনি। আনন্দি কুচুগী মপান্না ফজবী নুপীনি, মমায়দু থা-থা লাওনা উই, অফাবী শক্তানি। অদুগা স্তুমতিগী মশক্তি অমুক্তং উখিবদা কাওগন্দবী, শক্তানি। মমায়দু তবা-তাবানা উই; মশক্তু উবদা তরূম-তরূমই। তশেংনা মশক ফজবী নুপী অমা হায়বা তারবদি মহাক মফম ১স্তুং মতম পম্নমক্তা ফজদুনা লৈগনি; মহাক্কী ফজবা ফিজেৎকী মখা পোল্লোই। মখোয়সিদি লৈচিল-নোংফাই থাংদবা অয়ুক্তা খোরকপা নুমিৎনা বারক-উরক্তা মশেক-মঙাল নাইবগুম মহাক্কী ফজবদু লোৎশিনবা য়ারোই। হৌজিক্তি, অরঙবা খুদিংমক সনা নত্তে হায়বসি রোমেসনা খঙলক্রে, মহাক স্তুমতিবু কৌরুরগে খন্নক্লে।

## ১৭

নোংমা ওঝা তোমান লিলোংদা শ্রাদ্ধ অমা চৎলুবদগী মাগী কারদ্ তোংলদুনা হায়গৎলকই। বেক সীট অদুদনা মাগী পুঙ অদুনে, পোৎ ময়োম অনীখকস্তু য়াওরি, নুমিদাং বাইরমনি। থম্বালসনাদু মনাওনুপীগীদা চৎলুবদগী ক্যামগে পল অহনবী মপাদা গাড়ী ঙাইদুনা লৈরম্বদু উরকপদা তোমান্না গাড়ীদু থম্বালসনাগী মনাক্তা থৌজিল্লগা খাম্মী। তোমান্না গাড়ীদগী মঙক থিন্দোক্লগা "ঐখোয় থম্বালসনা নত্তবরো" হংই। থম্বালসনাস্তু তোমানবু উবদা মোমোন মীনোক্কা লোয়নন্না "মানি তাইবুংঙো। কদোম লেঙবিরুবনো?" তোমান্না

মহাক লিলোংদা শ্রাদ্ধ অমা চৎলুবনি। মহাক্না লেপ্তুনা লৈবদু উবদা কনা ওইহরিব্নো হংগে চঙশিন্নকপনি হায়না খুম্মী। তাবদা থম্বালসনানা "তাইবুংঙো। নচনস্থু ইনাওনুপীগীদা চৎচরুবনি, গাড়ী ওইজরম্বনি।" – "হঙ্গৈইগদ্রা? চৎমিন্নখ্রসি হায়ববু।" থম্বালসনানা মহাক করিস্থু হঙ্গৈইবা লৈতে মরাইবক ফবগী বানি হায়রগা মফি-মরোলদু হায়রপ শেমজিল্লি; গাড়ীদু মরাইবক ৩ লক কৎলি। তাঙ্গা অদুদা তোমান্না, "কদোমদনা ফগদগে" হংলকই। থম্বালসনানা মমাঙদা তোংঙশু কায়দে হায়রকপদগী তোমান্না মমাঙগী থোঙ অদু হাংদোক্লে, থম্বালসনা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। মতমসি তোমান, মাগী নুপীবু সখীবু নিঙশিংলকখি। খরা থৌরক্লবা মতুঙদা তোমান্না, "ইনাওনুপীগীদদি করি থবক্নী?" থম্বালসনানা মচানুপী থাজনবগী বফমদু মথঙ-মথঙ শীরকই। তোমান্না, "অং-অং" হায়না বারী তারি। বারী লোয়রবদা তোমান্না, "ফৈ-ফৈ। মখোয়না ফরগা ঐখোয়গীস্থু নুংঙাইবনি। মখোয়না বারগা ঐখোয়স্থু বায়নে। অদুদি নমা-নচাদা লৈজবদা নচানুপীদু ময়ুম পানখ্রবদি নতোমতা ইচীক-চীক্লনিদো।" মসি তাবদা থম্বালসনানা, "এঃ তাইবুংঙো! অদুইদি থৌইনবু খল্লুদ্রে। মাতবু ফখ্রদি, ঐগীদি তাইবুংঙোখোয় লৈরিসিদি।"

অস্থুম্না গাড়ীনগা য়াঙবনে, বারীনগা বসন্ত ওইবনে, কৈশামথোং য়ৌরদুনা গাড়ী খাল্লবদা থম্বালসনানা "কৈশামথোঙ য়ৌরবো?" তোমান্না থম্বালসনাদা ওনশিন্নগা হায়রকই, "য়ৌরেদনা।" থম্বালসনাদু গাড়ীদগী কুমথগে তৌরিঙেদা, তোমান্না মখুৎ ওইনা গাড়ীগী থোঙদু হাংদোকপদা থম্বলসনাদা থেংখ্রে; মদুদা তোমান্না, "শোকখ্রমাল্লে" হায়রকই। তাবদা থম্বালসনা খুল্লকই, "থৌইনবু খল্লুদেদা; অদুবু খরা থেংজনিংবা মীতাস্থু লৈকো তাইবুংঙো!" মহাক গাড়ীদগী কুমথরগা মফিদু অমুক হন্না ইল্লি। চৈরকসিদা তোমান্না মনীঙগী সিটলোমদা মখুৎ লামদুনা মাগী পোৎ ময়োম অদুদগী শ্বাল অমা শক্তোরক্লে। শ্বালদু থম্বালসনাদা পীরগা "ফিসি ঐঙোন্দা থারকপনি; মসিমা নং শীজিন্নজরুরো"

হায়রকই। থম্বালসনানা ফিদু লৌরগা কয়া কমদৌজরকদবনো হংবদা তোমাম্না, "অপগুবী। ইচম্না 'সিমা শীজিন্নববু করিগী মমলনো।" মপাল-মরুমক ফুক্রবদি, মতোন তেক্লবা পাম্বীস্নু য়েম্নিংথা য়ৌরকপদা অনৌবা য়েম্নিং চোংলকই। থম্বালসনানা কেরপ্পা হায়রকই — "তইবুংঙো। নচন লৈজহৌরে।" খল্লকই, "হুম্। থবক তপ্পা য়াদ্রে।" তোমাম্নসু, "লৈহৌরো-লৈহৌরো" হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মানা মম্নুম য়ৌরকপদা মচানুপীনা তুলসিবুঙদা সন্ধ্যাগী ধুপ-থাওমৈ কৎলগা খুরুম্লুবদগী হৌগৎলপগা মায়ওক্লে। মমাবু উবদা মচানুপীনা মবুক্লিং বারৌনা "ইমা। অস্তুক থেঙলকইদি করিগীনো? নয়ুমদা নচা লৈশাবী অমা মতোমতা লৈহৌরি হায়বসি করিমত্তা খন্দবরইবা?" অসিগুম্বা মচানুপীগী বারৌ-পুক্লৌবা বাহে অসি তাবদা মমানা, "ইবেম্মা। ইমানা হেম্না খোয়রাংলিবনি; তাঞ্জা চাদবদগী গাড়ী ঙাইবদা থেঙখিবনি।" হন্দক্তি মচানুপীদু হান্নদগী খরা কল্লপ্পা, "ঐ খঙই; ঐনা পামদবা নুপাদুগী মরমদা নচিন-ননাও কোথনরিঙেদা থেঙ্ঙিবনি।" অস্তুম্না মমা-মচা চিন্দা পাওদানদুনা ইমুং চঙমিন্নে। ইমুং য়ৌরগা মমানা, "সি-ফিসি য়েংউনে। তইবুংঙো তোমাম্না ঐবু ইল্লু হায়দনা পীরম্বনি। কয়াম ফবা জাৎনো তিংথোক্লগা য়েংশি, অমুক্তা পায়য়ু।" মমা-মচা ফিদু তিংথোক্তুনা মথক-মখা ওন-ওন্দুনা য়েংমিন্নে। ফিদু য়েংলগা মমানা, "ফনা ফবগুম তৌই" হায়রকই। তাবদা মচানুপীনা, "ফরম্মনি, শোরাত্তা হাপ্লকপা ফিনিনা।" মচানুপীনা হায়রিবদু তাদনা মমানা, "ইল্লগদুম য়েংগে পকচবরা য়েংউসে" হায়রগা ফিদু থক ইনশিল্লগা তুং-মাঙ লৈ-লৈদুনা য়েংই। উবদা মচানুপীনা "ও। পকচরে-পকচরে; পাখ্রানা লুখ্রাদা পীরকপনিনা।" মচানুপীগী বাসিদা থম্বালসনানা, "হইৎ। নচিন্দু থীগনু; নং-পাবুংদু — " খোম্লোক অসি হেক তাবদা মচানুপীদু মমানা ঙাংবা লোইদ্রিঙে চিম্থক্তুদা "কদোমগী পাবুংনোনে তৌরকইসিনা?" হংলিবা বাহংগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা, থম্বালসনা মখা তারকই, "থেঙনরমদ্রবদি ঐ হৌজিকফাওবা য়ুমসিদা য়ৌরকপগী বা লৈতে। নবুংঙোদুনা পুবিরক্তুনা য়ুমসি

য়ৌরকই়নি হায়বদি খঙদ্রদনা মচিন অসি খুম শারিনে” হায়না মচাবু চৈরগ॥ ঈকায়বা খাওই। মচানুপীনা মখাতানা “অদুবৌইবা ঙসাইদগী চৎখিববু করি বারী শানরুরিবনৌইবা” হায়রগা পায়রিবা যিন্দু থাদোক্লম্লে; অদুগা ফমুঙ চঙলগা হিপখ্রে।

থম্বালসনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা চাকখুম চঙখ্রে। মমানা চাকখুম চঙখ্রবদুদা মহাকস্মু হৌগৎলগা থুমোক অমদগী আলু খরা লৌরগা থাং শুরি অমনা মকু খেৎলি। চাক থোংলিঙেদা থম্বালসনাগী বাখল — “মনাওনুপীনা হায়রিবা ‘ইনাকখুনবা ‘ইমুঙদুদা মচানুপীসি থাজরগা মানা তোমানগী মরুমদা পোখাবা। তোমান্না পুং য়ৈরুবা হল্লকপা, গাড়ীগী হোর্ন্‌ খোঙলকপা, চেম্পোক্তুনা গেরেজগী থোঙ হাংবা, ঙাইহাক ঙাইরগা গাড়ীগী থোঙ হাংদোকপা, পুঙদু লৌথোক্লগা মরেংবান্দা য়ানশিনবা, মখুৎনাম্মনা পোৎ ময়োমদু নাকন্দা কোল্লগা ইমুঙ চঙবা, হুৎ লৈথোক্লগা মেৈইবা! খোঙ-খুৎ হাম্নবা ঈশিং অশাবা পুজরক্লগে। ফি-ফাওবা হোংদ্রিঙেদা খোঙ হাম্নবা ঈশিং পুরক্লগে-গাইদনা, অঙাওবিসিদি হায়না খঙলাও হেক লাওরকপা, মানা মতা'মনি হায়রগা নোকফেৎ তৌরগা ফল্লপ য়েংবা —।” মহাক্কী বাখল মপান থোকখ্রে; মদু মচানুপীনা উখ্রে। বাখলসিদা লুপখিবনা মহাক চফু মহী শৌরিবদু খঙদ্রে। মতমদুদা মচানুপীনা মমাদা চফু মহী শৌরিবদু তাকই; মহাক তাদে। অমুক্তা খরা কল্লপ্না ‘ইমা! চফু মহী শৌরে” হায়রকই। হন্দক্তি তারমাল্লে, খঙপ্রেক খঙনা হায়রকই — “ইহেঃ নংগী খনবদা ইমাদি ভাব অমা তৌরুরেদনা।” মচানুপীনা মমাগী ভাবতু খঙলদুনা “ইমানা নং'পাবুং হায়বদো কয়া বাপোৎনো, ঐস্মু কৌগে খনবা কুইরবনি।” মদু তাবদা মচানুপীগী বাখলদি খঙদনা মমানা, “হোয়নে-হোয়নে খরা কৌবিয়ু মপাল্লিং হরাওজনবা” হায়রকই। মমাগী বাহেদুদা মচানুপীদু থীক-থীক নোকথোরক্লে। মচানুপীনা নোকপদু উরগা মমাদুস্মু নোকথোরক্লে; মরমদি মান্নদে। অস্তুম্না অমুক শাওনা, অমুক নোকমিন্না তৌদুনা চাক থোংবদু লৌইরক্লদুনা মমা-মচা চামিন্নরগা নুমিত্তুগী ওইনদি পোখানখ্রে।

# ১৮

নোংমা রোমেসনা পান-দুকান ফম্বা চংনবগী মফি-মরোল শেংপা লৌইরগা ইমুঙদগী থোরকই। মতম অসিদা মাঙ্গোন্দা বার্ত্তন থেংনবা য়াম্লিবা য়োংপী অদুদা মাগী মমিং থাবা এনভেলপ অমা থেংলিবদু উরকই। মহাক্না চঙশিন্নগা মদু য়েংলুবদা শামোগী মচানুপাগী চূড়াকরন্দু নুমিত্তুমক্তদা ওইরম্লে। অসঃ শোয়বু-শোয়রমগনিদা খন্নদুনা রোমেসনা মমাবু কৌরগা মাগী পাজমা-কুর্ত্তাদু পুথোকপিরক্লবা হায়জরি; যজ্ঞ চংননবা। মানা কৌবদু তাবদা মমানা উপুদগী মচানুপাগী মফি-মরোলদু লৌথোক্তুনা পোলিথিন বেগ অমদা হাপ্লগা মচানুপাদা পীরে। মমাদগী পোলিথিন বেগতু লৌরগা মাগী স্কুটর বাসকেট অদুদা হাপচিল্লে; অদুগা লম্ফেফম্লোমদা লাক্লে। দুকান য়ৌরগা মহাক থোঙ হাংদুনা পোৎ য়োনবা হৌই; ঙাইহাক য়োল্লবা মতুঙদা যজ্ঞ চংপা মতম ওইরক্লদুনা মহাক থোঙ লোনশিনখ্রে। শামোন্দু মচাগী কর্ম্মদু হেক য়াবমখে- ফজনা হোৎনৈ; ঈশে-নোংমাই য়াওনা পাঙথোকপা থৌরম্মি। ওফিসতা থবক তৌমিন্নবা, তৌমিন্নবী, লমদগী, লৈকায়দগী লাকপা মরুপ-মপাং ময়ামদুগী পেম্নবা হোৎনরি; হংলুবদা অবাৎপা লৈতে। তাঞ্জাসিদা রোমেস য়ৌরক্লে; তৌরম্লিবদু উবদা মহাক্তি ঈনৌদা ঙানুমচা থাদোকপগুমখ্রে। মহাক্না কোয়য়েং-য়েংলগা মাগা মোৎ চানগদবা মমান্নবা খরগী মনাক্তা চঙদুনা ফম্লগা থকপা-চাবা হৌখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা শামোনা মমান্নবা ময়াম অদুগী মরক্তা অবাৎ-অপা হংবা চঙলকই। মাবু উবদা পোৎয়েং পীদ্রিবা মমান্নবশিংনা মাগী-মাগী পোৎয়েং পীশিন্নে। শামোনা নোক্ল-নোক্লদুনা "য়াম্মনখ্রে য়াম্মনখ্রে" হায়রগা পোৎয়েংদু শৎ-শৎ লৌশিল্লি; মচিন্দনা "ঙাইহাক্তং য়ৌবিরকইসি য়াম্না নুংঙাইজখ্রে" হায়রি। মহাক্না মথং-মথং অন্দুম লাকপনা রোমেসনা ফম্লিবা মফম অদোমদা য়ৌরক্লে; শামোবু উবদা রোমেসতু থাঙ্গৎলম্বা গ্লাস থম্লগা কুর্ত্তা ফুরিৎখাওদগী পর্স লৌথোক্তুনা মাগী পোৎয়েং পীনা-পীনা শামোদা হংই, "ভায়। ঈশে শক্লিবী নুপীশিংসি

কদায়বাইদগীনো? ফমা নুংঙাইবগুম তৌই; ঐস্তু শেন অমুক্তা থারুগে" হায়রগা গ্লাসতা য়াওরিবদু গুৎ থকচিল্লি। শামোনা ঈশে-নোংমাইগী থবকসি মবাইহোয়না শিল্লকপনি মাদি খঙদে হায়রকই। নুমিত্তুদা ঈশে শক্লিবী নুপীশিংদুদি স্নুমতিগী পাটিনি, মানা ঈশে হল্লি। রোমেসতু ঙাওরি-ঙাওরি মগুলি মচিন য়ৌরক্লে। স্নুমতিনা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম পান্দ্রিবনিনা রোমেসপু মাগী মপুরোইবা হায়বা মিংথোল অদুমদি কোক্ত্রি। মহাকপু উবদা শোয়দনা মঙোন্দা খুরুম্নবা তারে খনবদা মহাক বাবনা থরক হুনগৎখ্রে; নাতোন নাকচিদা হুমাং মরীক-মরীক কারক্লে। লোৎখিবা য়াবস্তু নত্তবনা মহাক মমায়দু লৈথোক-লৈশিন তৌদুনা মপুরোইবনা মশক খঙখিদনবা হোৎনরি। রোমেসতু হন্না-তুনা য়েংদনা ফৎ চঙলক্তুনা পুঙয়েবা অনীদুদা খুরুমদুনা শেন থাররে; চৈরকসিদা স্নুমতিদি হান্ননা খুরু-খুদক কুস্থরগা মমায় লুকথদুনা মপুরোইববু ঙাইদুনা লৈরি। খল্লম্বগা তৌরকপগা মান্নখ্রে; রোমেসতু পুঙ য়েবা অনীদুদগী হুৎ লৈথোরক্লগা স্নুমতিদা অমুক শেন থারে। স্নুমতিনা ফমা লুকথদুনস্তু, রোমেসনা মাগী মশক্তু হাইফেৎ উবদা অহিং-নুংথিল লোয়নদুনা মাগী নুপী ওইনা লৈমিন্নরম্লিবনিনা মশক অদুম খঙলে। মহাক্না স্নুমতিবু মশক খঙলকপদগীদি হুৎ লৈথোকখিদুনা বাৎলিবা অতৈ পালাশিংদুগী শেন্দু শৎ-শৎ থারম্লে; অদুগা খুৎলৈ থুনা থোকখ্রে। মহাক ঈকায়বদগী নিশা পম্মাঙ-মাঙখ্রে; কনাদস্তু হায়দোক্তনা নুমিত্তুনা অরোইবা খুৎথক ওইখ্রে ।

## ১৯

নোংমা মন্দোমচানে অতোপ্পা নুপী অনীগা লোয়ননা অয়ুক্কী পুং ৮/৯ মুক তাবা অদুবায়দা রাধামনিখোয়দা মাবু য়েংবা লাকখি। রাধামনিস্তু চখোক্লুবগী হঙ্গিল্লকপদা মখোয়গী থোঙ্গান্দা মারুটী কার অমা থাদুনা লৈবদু লাপ্লিঙেদগী উরকই। কনাবু ওইরিগবা, চিংন-চিংন লাকপনা থোঙ্গাল য়ৌশিল্লক্লে। মতমদুদা

মহাক্লা কার মনুংদা ফমদুনা লৈরিবা নুপা অদু কনানো খঙনিঙদুনা হাইফেং য়েংই; মশাক খঙদে। নুপা অদুস্তু লৈশাবী অমা লাকইবনিনা য়েংনিংদুনা মমায় লৈথোরকই; মীৎয়েং অনীদু মপা চানে। মহাক থোইনা খস্তরুবা তৌদনা ময়ুমদা চঙখ্রে। মতম অদুদা নুপা অদুনা মাগীদমক্তা মমানা হায়নরিবা নুপীদু মহাকসি ওইরম্লবদি ফগ্নিদা খনখি। রাধামনি লেপ্তুনা চঙলকপদা মশাক খঙদবা নুপী অনীগা মন্দোমচাগা মাঙোন্দা ফম্লিবদু উরকই; মমাদি য়াওরমদে। মখোয়শিং অদু উবদা রাধামনিদু মোরোক মশিঙঘা চারুবগুম মখোইদৌ শাওগৎখ্রে; মরুওইনা মন্দোমচানি। রাধামনি লেপ্তুনা চঙলকপনা মাঙোল কাখৎলকই; মন্দোমচাবু কৌরমদনা ইমুঙ তম্লকই। মতম অসিদা মন্দোমচানা, "ইবেম্মা! নংদি কদায় চৎলুরিবা?" মন্দোমচানা হংলিবদু রাধামনি তানা-তানা খুম্লমদে। মতমদুদা মমাদি লাকইবা মীশিংদুনা থক্লনবা চা-লোনবা হোৎনরম্লি। মচানুপীবু উবদা "ইবেম্মা! চা-কপ ৩/৪ দা লোম্লকউ। লাকইবা মীশিংসে নংবু য়েংবা লাকইবনি। ঐ মখোয়শিংসে অমুক্তা মায়যোক্লরুখিগে, খরা লীরী-খোইরীনা তৌকো" হায়রম্লগা মপান থোক্লক্তুনা মীশিংদুগা ফম্মিম্লরগা বারী-বাতাই শানদুনা লৈখ্রে। রাধামনিস্তু চা লোনবা লোইরদুনা ষ্টুল মচা অমা মখুৎ ওইনা পাইরে, মখুৎ য়েংনা ট্রে অমদা চা-কপ ৪ খক হাপ্লগা পুথোরক্লে। ষ্টুল অদুগী মথক্তা ট্রে অদু থনম্লগা ইমুঙ চঙগে তৌই। রাধামনি চঙখিদৌবদু মন্দোমচানা খঙলদুনা "ইবেম্মা! নমাহোয়না পুরক্লিবা অচা অথকশিংসে পুশিনখো অদুগা ময়াম অসিনা চাননবা খরা শেমলকউ।" তাবদা রাধামনিনা, "ইন্দোমচাহোয়না ওক্লবা চাবিরো অদুগা কোম্না লৌশিঞ্জরগে" হায়রম্লগা ইমুঙ চঙখ্রে। মন্দোমচানা নোক্লগা শোম্ভাংনখি "মসিবু কদোম থোক্লগদবনো খঙদ্রেদা তৌদৌরিসে।" নুপী অনীদুগী মরক্তগী অমনস্তু পাংশিন্নকই, "ঐখোয়গীস্তু অসিনি। চাওরিদি ঐগা মান্নরবনি; হৌন-লোনচক্তি করি মত্তা খঙদবনি।" ঙাইহাক লৈরগা নুপীশিংদু চৎখ্রে। মখোয়না চৎখ্রবদা রাধামনি মপান থোরক্লগা য়েংলবদা অচাপোৎশিংদু খুৎফম কাইরমদ্রে; মখোয় অচাপোত্তু চাখিদ্রে। মতমদু মমানা অচাপোত্তু

পুশিনগদবগী লৌখৎলি, তাত্তাসিদা মচানুপীনা অচাপোত্থু মমাদগী লৌই। মচানুপীনা অচাপোত্থু পুশিনগদবেই খল্লুদুনা মমানম্থু ইরেজনা থাদোরক্লে। অদুবু মহাক্তি মমাদগী অচাপোত্থু লৌরগা ইমুণ্ডদদি পুশিন্দনা পাম্ব্রিরোমদা চৎখ্রগা অচাপোত্থু পাম্ব্রিদা জোম লাওনা থাদখ্রে। মচানুপীগী খৌওংদু উবদা মমানা, "নংনা চানিঙ্ডব্রকম্থু মী অতৈনা চাবা য়াই, নঙোন্দা চাদবা য়াদে হায়কম্থু লৈতে। ইবেম্মা। নংসিদি লোয়নবা ওম্থোক্লা বাগদৌরিদা" হায়রগা তুম্মিন লৈখ্রে।

অশোমদম্থু মপা-মচাদনি, নুপানা ঙাক্তনা য়ুম্বানবা; য়ুংনা তাবা অমা ফৈনা খুত্তিনবিনবা লৈতবা, অহোবগী অহোবা, অবাংপগী অবাংপা ঙাক্তনি। মসিন্দা মপা-মচাম্থু বাবদা হায়ফম খণ্ডব্রবনি। পম্নমকসি উবদগী থম্বালসনানা মরক-মরক্তা তোমানগী ময়ুমদা থবক মকুপ-মতা য়েংশিনবা হেক-হেক চৎলি; মচানুপীম্থু খণ্ডই। হন্দক্তি ওঝা তোমান, ফম অনী পায়বা য়ানা লৈরিকো।

## ২০

মসিগী মতুঙ ইকুই-কুইদনা লম্ফেলগী জুবিল্লি হোন্দা কলচরেল-শো অমা উৎকনি হায়বা পাও অমা তারে। কলচরেল শো অসি, ওল ইন্দিয়া ইনষ্টিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সেসকী ডাইরেক্তরনা, হৌজিক-হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা রিজনেল ইনষ্টিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সেসকী অবাং-অপা য়েংশিনবা লাকপদা উৎকদবনি। পাউ অসি তাবদগী রামানন্দনা শিন্দুনা কলচরেল-শো অদু য়েংমিন্নসি হায়না গোবিনবু রেবিকাদা প্রোগ্রাম থাহল্লে। হায়নখিবগী মতুঙ ইন্না গোবিন মখোয়গী কার অদু রামানন্দনা থৌরগা মখোয় অনী থোরক্লে। অম্ভুম লাকপনা খোয়াথোং পাম্ব্রি অচৌবা মপান য়ৌরক্লদুনা মফম চাবা অমা য়েংলগা কার অদু থাম্লে। মনাক অদুবায়দা লৈবা মচি-ময়াদা ফম্বা হোটেল অমদা চা-গ্লাস অমমম থক্লদুনা মখোয় অনী রেবিকা থোরকপা

ঙাইহরি। গোবিন্দ থোইনা লাওত্রবা তৌদনা চাদু থক্নি; রামানন্দদি, রেবিকা থোরকপরা য়েংবদা চাদ্দু মহাও খঙনা থক্নে। হায়ন-হায়না মখোয় অনীনা চা-থকপা লোইদ্রিঙেদা রেবিকা থোরক্নে। রামানন্দ চাদু থকপা লোইদনা গোবিন্দা ওনশিন্নগা রেবিকানা থোরক্লিবদু মঙক ইন্নগা তাকই। রেবিকাবু উবদগী মখোয় অনী চাদ্দু থকপা লোইদনা পৈশা পীরম্লে। রামানন্দনা কারদু থৌরগা গোবিন্না মনিঙদা তোংলে; অদুগা রেবিকাগী মনাক্তা থৌজিনখ্রে। রেবিকাগী মনাক য়ৌরবদা মহাকপু গাড়ীদা কাখৎলক্লবা গোবিন্না গাড়ীগী থোঙ অদু হাংদোকই; হায়নরম্বা তৌদনা রেবিকা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। মতমদু খরা ঙম্বদগী কোর্মী-কোর্নর অমদম্মু ঙাইহাক ফম্লুরে। নুমিদাংগী পুং ৬ মুক তাবা মতম অদুবাইদা মখোয়দু জুবিল্লি হোল য়ৌরক্লে; ঙাইহাক ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌরগা কলচরেল-শো অদু হৌখ্রে।

অস্সুম্না, শো-না মখোয়বু য়েংবরা নৎত্রগা মখোয়না শোবু য়েংবরা অমদি লোইরদুনা মখোয় অহুম থোরকমিন্নরক্লগা গাড়ী মনাক্তা লেপ্লরে। গোবিন্না গাড়ীগী থোঙদু হাংলগা মখুৎনা হেন্দলদু পায়দুনা রেবিকানা গাড়ীদা কাখৎপা ঙাইহরি। রেবিকা মাগী মোবাইল ফোনগী বটন্দু কিং-কিং নম্লগা মতম য়েংলুবদা পুং ৯ তারম্বগী মহাক ময়ুম চঙবা ঙম্মরোই হায়রক্লে। গোবিন্না নোক্লা-নোক্লা মখোয় ময়ুমদা ওইনা চংলসি হায়রকই। রেবিকানা, "তল্লি কৈম্সু" হায়রগা য়াম্না হৈনিংদনা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। অদুদগীদি গোবিনম্সু গাড়ীদা কাখৎলগা রেবিকাগা ফম্মিন্নখ্রে, গাড়ীগী থোঙদু গম লাওনা থিংজিনখ্রে। রামানন্দনা গাড়ী থৌনা-থৌনা "করিমত্তা বারুগনু ইবেম্যা নয়ুম য়ৌনবা থিনবিগনি" তাবদা রেবিকানা, "ঐ কপ্লিংলকইকো; মতুঙদদি শো-গকা অমত্তা য়েংজররোই।" রামানন্দনা থৌ-বা শাদনা য়াম্না তপ্না "ঙসিনম্সু লোইরেদা।" মহাক্লা হায়রক্লিবা বাদু তাবদা রেবিকাদি খোই মহুমদা চৈনা থিনবগা মান্নখ্রে। খরা চংলবা মতুঙদা মহাক্লা অমুক হায়রকই, "ইবেম্যা! ঐগী মরুপসি মথন্না পোকপনি, খমা

লৈখিদবা য়াম্না কুইরবনি; মপা-মচাদা চীক্লা লৈবনি।" ইচম-চম্বা বানি, মসিস্থু মহাক পঙশাওদা শাওনিঙই। মরকসিদা গোবিন্না, "অদুনা, ঐখোয় বাবাদা য়ুম শঙনবা হৌই অমত্তা লোইসি হায়ববু বাজীনা নয়ুম হান্না পানখো, হুইদুদি তপ্না খন্নসি হায়রকপদগী ঐস্থু মদুনা ফরদ্রা খল্লিবনি।" রামানন্দনা, "ভায় ঙসি করি নুমিৎনো, থাবান্না কয়ানি পাল্লে" হংলকই। গোবিন্না খুল্লকই, "ইরাইনি, তরানিথোইনি পাল্লে।"— রামানন্দনা, "নুমিৎপুদি য়াইদা।" রেবিকাদু তুমিন্না ঙাইহাক লৈরুরগা শোল্থাংনা "হৌজিকপু, কন্নায়না তৌদোইনো ঐ ঙম্মোইকো।" রামানন্দনা, "ঙম্মরোই হায়রগনা চৎলসি।"—"অসঃ ফাগী তৌরক্কনুকো।" রেবিকাগী বাহৈদু তাবগা গোবিন্না, "অদুদি নুপী-কৈথেন্দা থম্বীরম্লগে।"—"তম্লি কৈস্থু।" রামানন্দনা অমুক মখা তারকই, "তম্লনু ইকেম্মা! ঐখোয় ইমাদুস্থু ঐখোয়গী পাবদা তম্না-তম্না লাকইনি হায়। মী পম্মমক মচিন্দদি পামজদে-পাজমদে, ঙমজরোই হায়রগা অদুম লৈনখিবা ঙাক্তনি।" রেবিকা, গোবিন্দা চেনবা নত্তনা উপাই লৈত্রে; শেম্ববু হৈরবদি মথেনসিদি ইথোক্তা থোকপনি।

রামানন্দনা গাড়ী অদু ময়ুমদা থৌজিল্লগা খাল্লে; অদুগা মাগী নুপী কমলাবু কৌথোকই। কমলা থোরক্লবদা গোবিন অমস্থুং রেবিকাস্থু গাড়ীদগী কুমথরক্লে। মহাক্না কমলাদা মখোয় অনীবু ইমুঙদা পুশিনখিনবা হায়রম্লগা কার অদু তোংলগা গোবিনগী ময়ুমদা লাক্লে। মফম অদুদা মাগী ওঝাবু কৌথোক্লগা ভক্তিনচিংবা তৌনরগা বারী পম্মমক শানরে। মতুঙদা কার অদুবুনা গেরেজদা থৌজিন্দুনা থনম্লগা গোবিনগী স্কুটরদু তোংলদুনা ময়ুমদা হল্লকই।

নোং-ঙাল্লে, ওঝা তোমান ঈরু-মায়থজবা লোইরে; চন্দন-চৌবা থিল্লগা মমৌ হায়দোকপা চৎননবা মমান্নবা অমা-অনী উনবা চৎখি। মত চানজবা মমান্নবা অমা-অনী উনরুরগা মহাক তম্না হল্লকই; মায়থোঙ মকা লাম্মী, মখোঙদু কুপথাং-থাংই। কুইদে মমান্নবশিংদু লাক্লদুনা মাগী কার অদুদা মমৌনুপী

হায়দোকপা চংখ্রে। হান্না খঙনদুনা লৈরবা অমদি মশা-মশাগী য়ানবগী ফীভমদু লৈবদগী রেবিকাগী মপানা মচানুপীবু গোবিন্দা থাজবদু য়ারক্লে; অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা রেবিকা গোবিনদা লুহোংখ্রে।

## ২১

গোবিন্না খঙহৌদনা ময়ুম পানখিবসিদা রাধামনিদি বাবনা হায়ফম খঙখিদ্রে, তম্বা-চাবা য়াখিদ্রে। "মাবু হান্না নুপী অমগা মরী লৈনবা জাৎলা, শোয়খিবা হায়বদুরা" খনবদা মথন্তা ফুনগৎচৈ।

গোবিন্না ময়ুম পানখিবদগীদি মহাকম্বু খনবা মখে খল্লবা মতুঙদা মন্দোমচানা হায়বা নুপা অদুগা লোয়ননা লুহোংবদু য়ারে। অমুক থিম্বা তৌদনা বারৈইপোৎ, হৈজিংপোৎ মথং-মথং পাঙথোকখিদুনা লুহোংবগী নুমিৎ অদু য়ৌরক্লে। ওম্থোকপনি! লুহোংবা নুমিৎ অদুদা রাধামনিগী মকোক্তা বজ্র কোটি অমনা অমুক্তদা তারকপগা চপ মান্নখি।

লুহোংবা লৌইরদুনা কন্যা থিল্লক্লে। ইনাক-কৈরাক্কা খুম্বনে, মীগী মী-মক্তা, ওম্থোক্না য়ামখ্রবা। বরদু ফুরিৎ-ফৈজোম হোংদোক্লুরগা লৈজবা মফি-মরোল শেৎলদুনা মমান্নবশিং অদুগী মরক্তা অমদগী অমদা চঙ-চঙদুনা বারী-বাতাই শানরি। শুমাঙদা, মাঙ্গোন্দা, ইমুঙদা, বর ফমফমদা ময়াম অদুগী চান-থক্কবা য়েম্থোক-য়েনশিন,পীথোক-পীশিন তৌদুনা লৈশাবী মচা ময়াম অমম্বু মরী-মরী চংলি। অমনা হায়বা অমনা তাদে, হোয় হায়রমগনি, থবক্তি তৌরক্লোই। মদু মখোয়না থৌওইদবা নত্তে, অমা তৌগে চংলগা অতোপ্পা অমনা করিনো অমমুক হায়জিল্লকপদগী হান্নগীদু কাওখিবনি। অদোম সইড্তু থুংখ্রবনি, শোমদা লাকউ, নুপীরোমগী দক্ষিণা থুংদ্রি, অশোমগীসি অকোম্বা লাকপনি, মখোয়দি চানবম্বু পীরমখিরোই, অমনা প্লেট লৈত্রে; অমনা ও! শোমদা লৈরে,

সিদগী লৌবিররো, অসিগুম্বা ঙাক্তনি ঙাংনশক্করিবদু। অস্তুম্না মীয়াম অদু পুংখৗইমুক পম্লাঙ লাঙলম্লবা মতুঙদগীদি মখোয়-মশেল বারী শা-শাদুনা ময়ুম চৎনখ্রে। খরনা হায় "থম্বালসনাগী মচানুপীসি মরাইবক ফৈ", খরমনা "কন্যা অসিনা মশক্কা ফজরিবা, মায়দমক খনবিবদা ঐদি নুংবু-নুংঙাইতেনে।" অমনমুক "হোয়নে, নুপাসিনা কয়াম কুইনা হিংদৌরিবা" মানা-মানা থোকপনি ঙাংনরিবদু। মতমদু ইমুঙ মনুংগী মীওই খরা পোৎ লৌইথোক-লৌইশিন তৌবা নত্তনা শুমাঙদা মীতোপ লৈবা উরত্ত্রে। অহল ওইবা খরদি ঈংবদগী হিপ্পখিকম্লু য়াওখ্রে; খরনা ইকোয়-কোয়না ফম্লগা মৈফু তীকত্তুনা লৈরি। মতমসিদা টেবল অমগী অকোয়বদা চৌকি ইকোয়-কোয়না থারগা বরগী মমাম্লবা খরা ফম্লগা বারী চীকথনরি; মশাম্লু য়াওরি। মখোয়শিংদু পাজমা-কুর্ত্তা, ফৈজোম-পূময়াৎ শেৎপা ঙাক্তনি; বর অদুতদি সুইট শেৎলি। অস্তুম্না মখোয় ফম্বা মখৈ ফম্লম্লগা নুমিদাংগী পুং ৯ মুক তারকপা অদুবায়দা থোঙাম্লোমদা মরী-মরী থোরকখ্রে। চৎখ্রিবশিংদু চৎপদা মঙম শান্দবা, লম্বী নোম্বা ঙাক্তা ওইনা তৌখি; বরদুস্লু মখোয়গী মতুঙ ইম্নখ্রি। খরা চৎলগা মখোয়গী মরক্তগী ১/২দি ময়ুমদা চঙহৌরে। লেমহৌরিবা মীশিং অদুদি বর, অমস্তুং মাগী মরুপ অনীখরক্কনি। শুম লাকপনা মখোয় অহুম য়ুম অমগী শুমাঙদা চঙলক্লগা "ইতৈমা! ইতৈমা!" হায়দুনা নুপী অমা কৌথোক্লি। মখোয়না কৌবদু তারদুনা ইমুঙদগী চহী ৪০ মুক শুরমগদ্রা শুরম্যোইদ্রা মৌ অমা থোরক্লগা করি-করিনো খরা ঙাংনখি। নুপীদু য়ু-য়োনবীনি; মখোয়না থক্কে হায়বনি। ঙাইহাক ঙাংনরবগী মতুঙদা মখোয় অহুম, নুপীদুগা মরী পম্না কা'মদা চঙখ্রে। কাদুদা লৈরিবা য়ু-থকফানশিংদু মশানা লৌজরগা ফমথনখ্রে। নুপী অদুনা থক্ক-চানবশিংদু লৌথোরক্লগা মখোয়দা পীররে। নুপীদুনা মখোয়দা য়াম্না কুইথনা ফমদনবা হায়রম্লগা অমুক চঙখ্রে। মখোয় থকপা-চাবা লৌইরে; হাম্নগী মনিল খরগা অনৌবা খরা অমুক থাজিনবদুদদি মখোয় য়াম্না ফজরে। মথংদা মখোয়গী ফুরিংখাওদগী টৈরেৎ খরা পুথোরক্লগা

অমুকস্থু চাশিনখ্রে; বর অদুদি খরবু হেজিংখ্রে। হৌগৎপা ওম্মদদুনা মখোয় মশেন ষণ শাদুনা চৎনরে। মখোয়না লাওনবদু তারদুনা ঙসাইগী নুপীদু অমুক থোরক্লে। মখোয় মশেল ঙাওবদগী হৌগৎপা ঙম্মদদুনা ষণ শা-শাদুনা চৎনবদু উবদা মহাক নোক্লিংলক্লে; থোঙনাওদা য়াম্লগা হৌগৎনবস্থু য়াওরে। অদুদগীদি অমনা বরদুদা ওন্সিল্লগা ঙসিগী মখোয়গী খরচতু পীখিনবা হায়রকই; বরদু খুমদে। "হা! খুমদেনে, কৈই খুমদিনোবা, চিংনৈরো? চিংনৌনু-চিংনৌনু ঐখোয়'স্থু মতম লাকখিনিএবা।" মদু তাবদা বর অদুনা মপাদি ইচুম চুমদনা ফুরিৎখাওদুদা পঙহুমদা হুন্নি। ঙইহাক হুম্নুরগা মাগী পর্স অদু লৌথোরক্লগা পৈশা নোট অমা নুপীদুদা পীশিল্লি; অদুগা হায়রকই, "ইতৈমা! মীৎ-নাসি মশেন-মারাংঙে; পৈশাসি কয়ানো খঙদ্রে; হয়েং কোম্না পানরসি।" নুপীদুনা "চামঙা চৎপীনি" হায়খি। "অদো ইতৈমা! ননাওদি অনৌবনিনা য়ুমদদি য়ৌজরুখিগেকো হয়েং অমুক উনরসিকো। ঐখোয়'মাদু নিতিগীদি ঐবু থোঙ্গান্দা হেক-হেক ঙইরম্বনিদা —।" অস্থুম্না বর অদুনা তুং ইথং থংলগা থোঙ্গাল্লোমদা মরী-মরী থোকখ্রে; মহাক মশাদু য়াম্না চোকথনা উই। খরা চৎলগা প্রোক—প্রোক হায়বা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা বর অদু শম্বল্লোমদা তুশিনখ্রে। মখোল অদু তাবদগী মাগী মরুপ অনীদু লৈথোরক্তুনা য়েংই। অমনা "ভায়! মসি তৌশিন্নরা কৈনো তুঘেনে।" অতোপ্পদুনা, "মহাক চৎপা তম্মদুনা ঐখোয়বু পোহম্নবা কদর তৌবা ওইরমগনি" হায়রগা মখোয় অনীস্থু চঙশিন্দুনা ঙইহাক য়েংই। ইলেঙ-লেঙঙক্ত্রবদুদা অমনা চঙশিন্দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলি; ঙমদ্রে। হায়রকই "ভায়! নংস্থু খ' য়াও লাওবা।" অতোপ্পদুনা মতেং পাংবগী মহুক্তা মাস্থু য়াম ঙমদ্র' জাৎনি হায়রগা মকোক্তু মখুৎ অনীনা পায়রগা ফমথখ্রে। ঙইহাক ফম্লুরবগী মতুঙদা হৌগৎলক্লগা মবাম্নি চঙদুনা য়াম্না বানা হোৎনদুনা মহাকপু চিংবদি ফাওবদি চিংখৎচরে; অদুবু মহাক্তি লেপচবা ফাওবা ঙমজদ্রে। মখোয় অনীগী ময়ায়দা, মরেঙবান্দা কোলহল্লগা চিংবৌই থাংবৌই তৌদুনা ময়ুমদা

পুরক্লে। লম্বীদা মখোয় অনী ঙাংনৈ, "লমম্বু-লমখ্রেদা, মখোঙসিন্দু খিত্তা থাঙ্গে হায়দে শোরো-শোরো হেক চিংলদনা।" অস্তুম্না লাকপনা মখোয় বরগী ময়ুম য়ৌরক্লে। লুহোংবা নুমিৎ অদুদা বর অদুগী ফীভমদু উবদা মখোয় অনী কিরক্লদুনা বরদু মাঙ্গোল দাড়ীদা ঙাদুনা থনম্লগা মখোয় অনী লোম্না থোরক্লে। মখোয়না থোকখিবগা ইকান-কান্নদনা বর মমাদু উরো-রোল তৌরুব্দগী মীৎকপ থোক্লকই। মচানুপা হল্লক্লবরা য়েংগে খন্দুনা হৌগৎলকপদা মমৌনুপীনা মকোক খুম্লগা কাংথোন্দা ঙারগা উইরম্বদু উবদা হল্লক্ত্রি হয়বা খণ্ডিও। কদায় য়ৌখ্রবনো খন্দুনা থোঙ হাঙদোক্লগা মপান থোরকপদা মাঙ্গোল দাড়ীদা ঙাদুনা লৈরিবা মচানুপাবু উরকই। মহৌশাগী মহৌশা প্রপ-প্রপ চঙশিন্দুনা মচানুপাগী মশাদু পায়দুনা নোম্লুবদা নাকল্লোমদা হাইথখ্রে। মমানা শোম্থাংনখি "কৈনোনে, মসিবু নহানমখৈগা মান্নদেদা" হায়রগা মমৌনুপী কৌথোকই; মনেম্না কৌবদু তাবগা মমৌনুপী (রাধামনি) থোরকই। মনি-মমৌ চঙদুনা মচানুপাদু ইমুঙদা পুশিনক্লগা ফমুংদা হিপহল্লে; মমৌনুপীদা মচানুপাগী মফি-মরোলদু হোঙদোক্লবা হায়রম্লে। "ওম্থোক্লা জ্ঞান তাখিদ্রেদা ঐগী ইচানুপাসি, অদুগা লুহোংবা নুমিৎ অসিদা ইচাসিবু অস্তুম্না শেম্বিরক্লিবা মমান্নবশিং অদুম্বু ফংখিদ্রবা হায়দুনি।" মুরুম-মুরুম শোম্নদুনা মাগী কারোমদা চংখ্রে। রাধামনি মথন্তা মবুক্লিংদা হংজরকই, "মহাকসি নিতিগী অস্তুম্না তৌবা জাৎলা, নৎত্রগনা ঙসিখক্তংগী তৌরিবরা? মসি মীনা ঙাংনরিবসি চুম্বা তারে।" মঙোন্দদি দৃশ্য অদু অহাম্বনি; পোকপদগী অদুগুম্বা মীশক অমগী মনাক ফাওবা নকচদ্রিবা মহাক্লি। নুপাদুগী মশাদু পায়রুবদা হুমাঙনা নানফেৎ-নানফেৎ লাওরদনা হঙ্গৈইবা পোক্লে। ওম্থোক্লা বানা হঙ্গৈইনা হোৎনদুনা নুপাদুগী মফি-মরোল ফাওবদি হোঙদোকচরে। ফমুঙ অদুদা ফম্লগা, ফিজিনা মচিন খুম্লদুনা, মখুৎ য়েৎনা খুদে অমা পায়রগা নুপা অদুগী মশা অদু তপ্না-তপ্না নাম্থোক্লি। মহাক মপুরৌইববু অদুম্না ঙাইহাক নাম্লম্লগা কাংখলদু থাদরম্লে; অদুগা মহাক্লা খুদা-কাংথোন্দুদা কাখৎলগা মরূ লুক্লা ফম্নদুনা নোং ঙানবা ঙাইখি।

নোং-ঙাক্লক্লদুনা মৌ-অনৌবী হৌগৎলক্লে; ফরবস্তু-ফৎত্রবস্তু মাগী মপুরৌইবা ওইরবনিনা য়াহৌরকপদা কাংখল হায়দোক্তুনা য়েংলুবদদি মাগী নুপা অদু ঙরাংগী ফীভম অদুদগী শম্না মফে'মা মচী লেঙদনা লৈরম্মী। মশাদুনা উনমুক, মখোঙ-মখুত্তুনা চৈ-গুম্না থেক-খোৎপা য়াদনা লৈরম্লে। মদু উবদা রাধামনি পাখৎখিদুনা ফমাঙদা বাস্থদুনা তুখ্রে। মহাক্না তুখিবগী মখোন অদু মনেম্বোক্না তাবদগী চেম্হোরক্লগা য়েংলবদদি ঙরাং লুহোংলুবা মচানুপাদু লোইরম্লে। লৈকায়না মচিন-থোক, মখা-থোক পঙঙাং ঙাংনখি "মচানেএনা তৌরিঁদুগী চিঞ্জাকমক্লে – অমনা অমুক নুপীদু মশক ফজমক্লি, অদুননি।" চিনগনি হেকপিরগা চিনবিদনা খোঙ্গন্দা লংথবিরম্লবী লৈরাংগুম, রাধামনি মপামদা হম্লক্লগা লৈরি। মচানুপীস্তু মাগুম্না লুখ্রাশিংদা চন্হৌরে খনবদা থম্বালসনাগী বাখল লৈচিন থাংখ্রে।

## ২২

খরা লৈরগা তোমান মশুনুপা অমা ফংজরে। মশুনুপা অদুনা চহি অমরোম শুরকপা মতম অদুবায়দা, নোংমা তুলসিবুংদা লাই খুরুম্লুবদগী চন্দন উপুদু পায়রগা হৌগৎলকপদা খঙহৌদনা চন্দন উপুদুগা লোয়ননা তুশিনখ্রে। মহাক শ্বরদি হোক্লি, হায়বা হংবদি অমত্তা খুমখিদে, তুবদা লৈখিবা ফীভম অদুদগী মচী লেঙখিদ্রে। খুদক্তা ডাক্তরখানাদা পুখৎলুবদা ডাক্তরনা বি-পি ষ্ট্রোক্নি হায়রকখি। মফমদুদা ট্রিটমেন্ট খরা পীরগা ময়ুমদা পুথরকখি। মহাক নুমিৎ ৫নি ড্রিপ কাপ্তুনা বা অমত্তা ঙাংদনা লৈরম্লগা সংসার থাদোকখ্রে। থম্বালসনানা মরুমদা পোখাগে খঞ্জরম্বা তোমান পাম্বী মপান-মরু ফক্লগা পুবিখ্রে।

মকুবোক লৈরিঙৈদদি রেবিকাগী প্রেগ্রামদা থৌইদোক্না অকায়বা লৈরমদে। মকুবোক লৈখিদ্রবা মতুঙদগীদি রেবিকাগী থবক্তা বেরা লাকপা হৌরক্লে।

মহাক্কী প্রেগ্রাম লৈবা নুমিত্তদি গোবিন্না অঙাং লৌহৌবা তায়; লৌস্নু লৌহৌই। চৎপু-চখোকখ্রবা তম্বা ঙমদে; মরম অমা নৎত্রগা অমদগী থেঙবা-খোৎপসি হেক্তা য়াওরকই। অদুগা মতমসিনস্নু মওং অমনি। করিগু তৌরমদবদু ইরাঙ অমা থোক্লক্তুনা লম্বী থিংখিবা, ১৪৪ এক্ট নৎত্রগা করফিউনচিংবা জারিখিবস্নু য়াওদবা নত্তে। অমরোমদনা নুপীগা ওইরে অমম-অথেঙদদি করম্নস্নু লাক্কনি; কুইরক্লেই হায়রম্লগা অহিং হল্লক্তবস্নু কোঙ্গায়নি। অদুগুম্বা তাঞ্জাদদি গোবিন অঙাং পোনা-পোনা চাক থোঙবা, তল্লগনা চরা হেম্বস্নু য়াওরিবনি। অস্নুম্না অহিং অদু হৌখিদুনা নোং ঙাল্লক্লগদি রেবিকা মাগী এক্টিভা অদু তোংলগা হোবে-হোবে হল্লক্লগা থোকখ্রিবা খুদোং চাদবদু মপুরৈইবদা ফোঙদোকই; অনীমক অরানবা বাখল খন্নরমদে। করিগুম্বদনা মবান্নিমক প্রেগ্রাম লৈরবদি মপামদা অঙাং থনম্লগা চৎলি। প্রেগ্রাম লোইরদুনা হল্লক্লগা অঙাং লৌরুবা, মদুস্নু অমনা অমবু ঙাইদুনা লৈনবা, অসিগুম্বসিনা মখোয় অনীমক তংদু-লৈতাফম খঙলক্লে, শুদনা বাবা হায়বদো ওইরক্লে। করিগুম্বা কান্দদি মখোয় অনী নিংঙাই শাংদানবস্নু য়াওরকই। মমৈথংদদি গোবিন মাগী নুপীদা প্রেগ্রাম লৌরগনু; করিগুম্বা মহাক্লা তোক্লেইদবা লৈরগদি মচাদু চাওদ্রিবা ফাওবা মপামদা লৈরুরো হায়রক্লে। রেবিকাস্নু মানা মপামদা লৈখ্রগা মপুরৈইবদু মথন্না লৈহৌবগী খুদোং চারৈইদবদু ফোংদোকই। অদুবু মপুরৈইবনা মদুগীদি থৌইনা খল্লুরগনু হায়রক্লে।

নোংমদি রেবিকা, প্রেগ্রাম অমা লৈবদগী মচানুপাদু পম্লগা গোবিনগী মনাক্তা বা তানবা চঙলকই। মদুদা গোবিন্না মাস্নু সরকারগী থবকসিমা তৌবনিনা কুশি-রাশি তৌবা য়াদে; অঙাংদু মপামদা থনম্লো অদুগা প্রেগ্রামদু চৎলুরো হায়রকপদগী রেবিকাদু মচাদুগা লোইননা চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে; নুমিত্তুদগী মহাক মপামদা লৈখ্রে। গোবিনস্নু কৌরুবা তৌদে, তশেংনা খায়নবগী ফীভমস্নু লৈখিদে।

নিনি চনবা নুমিত্তা মচম্নুপী চৎখিবগী পাউসি মচে ইবেম্মান্না তারদুনা মৌপ্বাগী ময়ুমদা লাকই। মহাক্না মৌপ্বানুপাদা করি তৌনবদগী রেবিকা মপামদা চৎখ্রিবনো হংবদা গোবিন্না থোকখ্রিবা থৌদোক পুন্নমক অমত্তা চিখদনা মচেদা তম্মী। বারী তারবা মচেনা অমস্তু-অমস্তু কায়দনবা "নংনা হায়রিবদুস্তু চুম্মী, অদুবু মাস্তু হৈরুরবা মহৈনি, মদুতবু পামজবদগী তৌগে খন্দুনা তম্মুরিবনি। নংবু মানা পামদ্রে, লৈমিন্নবা ওম্নরোই হায়রগা চৎখিবদি নত্তেদনা, মতম খরা মাগী মওং য়েংখিসি। লাত্রগনা ইচেনা কৌরস্তু ঙায়দনা" হায়রগা মৌপ্বাবু থেমজিল্লি। গোবিন মচেগী বাসি হোয়-মায় হায়দনা তুমিন্না তাদুনা লৈখি। থোকখ্রিবা থৌদোক্তু ইবেম্মান্না মপুরোইবদা মরীক চুম্না তম্লে। মৌপ্বাদু ময়ুমদুদা মতোমতা লৈরবদি ঙাওচৎনবা তারে হায়না মপুরোইবগা বারী শানবদগী মহাক মৌপ্বা নুপাগী ময়ুমদা নোং/নিনি, মশাগী ময়ুমদা নিনি/হুম্নি তৌদুনা চৎনা-থোক্না লৈবা হৌরকখি। বাখল-লাইনাবু হীদাক্না লাইয়েংলগা ফরকপা য়াওখ্রবগে? বাখলদুগী পম্বুংদু য়ৌরগতা ফংদবনি।

## ২৩

গোবিনগা রেবিকাগা কায়নরবা মতুঙ থা অমমুক লৈরগা ডিবাইন লাইফ সোসাইটি ইম্ফাল সেন্টরগী জগোয়গী ওঝা অমা লৌনবগী এডভর্টাইজ অমা থোক্লকখি। থবক্কী মওংনা করিগুম্বা মহোৎসব অমা লাকপদা মদুগা মরী লৈনবা জগোয়-ঈশৈশিং ভক্তশিংদা তম্বিবা অমস্তুং মখোয়গা লোয়নন সেন্টর অদুদা পাঙথোকপনি। প্রোগ্রাম অসি নেসনেল নৎত্রগা ইন্টর্নেসনেল থাক্তা ওইবা য়াই; মতম-মতমদুগী বানি। বোর্ড অদুগী মোড্ ওফ্ সেলেক্সন্দি ভোকেসনেল টাইপনি। রাধা-কৃষ্ণগী অভিসার, অনুরাগশিং, মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্ত রাস, দশাবতার, কৃষ্ণ বন্দনা, বাল্য লিলা অসিনচিংবা অসিগী মনুংদগী

বোর্ডনা অপাম্বা অমা নৎত্রগা অমদগী হেল্লবস্তু মদু পাঙথোকহল্লবা মতুঙদা খ্বায়দগী পার্ফোমেন্স ফজবা কেণ্ডিডেট অদু খনগদবনি। থবক অসি রিগুলার সর্ভিসনি, তলবনা লুপা লিশিং ৩০৫০/- নি। মসিগী মথক্তা মতম-মতমগী এলাওয়েন্সনচিংবা য়াওরি। রেবিকা, কেণ্ডিডেট অমা ওইনা শরুক য়ারুবদা মরাইবক ফবদগী মাবু থবক অসিগীদমক্তা খল্লকখি। থবক অসিগীদমক্তা মহাক্তি মতীক চপ চারবনি; মরমদি মহাক জগোয় শাবা অমস্তুং ঈশৈ শকপা অনীমক ঙম্মী। রেবিকা, অনৌবা থবক ফঙবদগী অরীবা বাখল তুংওইনরক্লে।

মসিগী মতুঙ ইকুই-কুইদনা সেন্টর অসিগা মরী লৈননা অমেরিকান পাখং-লৈশাবী খরা মণিপুরী জগোয়-ঈশৈ মখল অমা-অনীখক তম্নবগীদমক সেন্টর অসিদা লাকখি; রেবিকানা তম্বিগদবনি। অস্তুম্না জগোয়-ঈশৈ অদু তম্বিবা লোয়রদুনা সেন্টর অসিগী মণি-মণ্ডিরদা জগোয় অদু শাম্নখ্রে। রেবিকাগী জগোয়গী শাথেক্তু উবদা অমেরিকান টিম লিডর অদু পুমঙাও-ঙাওখি; মহাক্না রেবিকাবু য়াম্নমক পামজখি। মতুঙদা পার্টি অদুবু রেবিকানা লমজিং-লমতাক্লগা মণিপুরগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মণ্ডির, বিজয় গোবিন্দ, মোন্দুম মহাদেব, কইনা অসিনচিংবা লাইফম কয়া য়েংমিন্নখি। অসিদস্তু নত্তনা মণিপুরগী মমিং লৈরবা টুরিস্ট হোম খরস্তু য়েংমিন্নখি। মতুঙ নিনি শুবা নুমিত্তা অমেরিকান টিমদু ইম্ফাল থাদোক্কদবনি; মদুগীদমক্তা চৎকদবা মীশিংদুগী ফ্লাইট টিকেৎ রিজার্ভ তৌবদা রেবিকাগীস্তু য়াওখ্রে। টিম ফেয়রবেল পীবা নুমিৎ অদুদা রেবিকা য়াওখিদে। মহাক ওটো-রিক্সো তোংদুনা এয়রপোর্টতা লাক্লগা পদর্দা সিষ্টেমদা টিম লিডর অদুবু ঙাইদুনা লৈখি। মতমচানা টিম অদু এয়রপোর্টতা য়ৌরক্তুনা রিপোর্টিং টাইম পীখি, লোয়ননা লাওউড স্পিকর অদুদা লাওথোরকখি "ইম্ফাল কোলকত্তা পায়গদবা পেসেঞ্জরশিং ফ্লাইট নং: — অসিদা কাখৎপীরক্লবা খঙহঞ্জরি।" রেবিকা টিম লিডর অদুগা লোয়ননা শাখ্রপ তোয়খ্রে। নুংশিরবা মচা, মমা-মপা অমদি পোক্লফম লমদম থাদোক্লল্লে।

নমিত্তু নুমিদাং পুং ৭/৮ তারবা ফাওবা রেবিকা ময়ুমদা হল্লক্লে। শিনফম্মা য়াদদুনা ওইরমগনি খনবদগী মাবু তহা-তহা থিরুবস্তু তৌরুদে; অদুম্মা তৌরক্কনিস্তু থাজরুদে। পুং ৮ দগী ৯, ৯ দগী ১০ তারক্কবা ফাওবদা মচানুপীদু হল্লক্ত্রবদা মমাগা মপাগা ড্রেইংরুমদা ফম্লগা মাগী চিন্তা তৌরি। কুমরাচান্দনা মচানুপীদা কোল তৌই; রিং চৎলি লৌখত্তে। ঙাইহাক লৈরগা অমুকস্তু কোল তৌই; মদুদস্তু লৌখত্তবদগী চিংনরক্লদুনা মমা-মপা অনী চঙদুনা হেণ্ড-সেট্টু কৌইথি-থিমিন্নরে; মদু মচানুপীগী মোন ময়াদা লৈরম্লে। উপাই লৈতে কুমারচান্দ, সেট্টু পায়রগা মুন্না য়েংই। "মথবায়গা মান্নরবা, মীৎকুপ অমা ফাওবা থাদোক্তনা লোয়নরিবা হেণ্ড-সেট অসিবু মানা করিগীদমক্তা পুখিদ্রিবা, কাওরম্লিবা হায়বদুরা" খন্ন-খন্না কা অদুদগী থোরক্লগা ড্রেইংরুমদা অমুক চঙলক্লে। ডবল সিটেং সোফাদুদা য়াম্না হৈনিংদনা ফমথরে, মখুৎ অনীদু খুরক চল্লগা লুখমদা পায়রি, ময়াঙলেন্দুনা সোফাদা ঙাক্লি। কুন্দালেন্সু মায়থোঙ ইমক-মকশিন্না মপুরৌইবগী মতুঙ ইন্নরক্লগা মাস্তু সিঙ্গল সিট সোফা অমগী পাম্বোমদা খুনিঙ শৌরগা চুবা মেৎত্তুনা নুং-শুক্লনা ফম্লি। তাঞ্জাসিদা কুমারচান্দগী হেণ্ড-সেট্টা রিং অমা লাকই; রিসিভ্ তৌই। "হল্লো! হল্লো! অ — অ", কুইদে; নেট-বার্ক তৎখ্রে। কুন্দালে পাখৎনা হংলকই "কনানো মৌইবা" তাবদা কুমারচান্দনা স্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা "নচানুপীনি।"—"মাবু কদায়দা লৈ হায়গে? করি হায়রকইনো?" মথং-মথং হংজিল্লকই। কুমারচান্দনা "নচানুপীদো হৌজিক-হৌজিকসি কোলকত্তাগী ডম্-ডম্ এয়রপোর্টতা লৈ; ঙসি নুমিদাংগী পুং ১১ তাবদা আমেরিকাদা পাইগদৌরিবনি। মাগীদমক্তা সেন্টরদা বদনাম পীবা, পুলিস তাকপনচিংবা করিমত্তা তৌবিগনু। মসিমত্তং ইমা-বাবাগী মফমদা নচানা নিজরি" হায়না খুম্লকই। মপুরৌইবগী বাহেসি তাবদা কুন্দালেনা "অসঃ ঙমখ্রেদা, মচাসি হুন্দোক্লম্লগা" হায়না শোস্থাংনরগা মরূ লুকথখ্রে। তাঞ্জাসিদা মশুনুপাদু মীৎকপ থোরক্লে; মমা কৌদুনা কপ্লক্লে। কুন্দালে ফুক হৌগৎলগা চঙশিন্দুনা

মশুনুপাবু লৌখৎলগা "হুম-উম - - - ইশুদি মরমওকপনি। বো-বোক লৈরিসিদি। কপকনু-কপকনু।" হায়রগা মশুবু থেম্বা হোৎনরি; মশুগী মতৌদু য়েংলগা কুন্দালে মমীত্তা পিগী ঈরা শিন্দুরকই।

নোংঙাল্লে, মনিপুরগী পাউজেল-চে পম্লমক্তা অনীগী ফোটোনা পূমচায় চায়খি, মখোয়গী বারী ইনরকখি। হোটেলদা চা-থক্লম্বা মীশিং খবর পাবদা চা-ঈংনখি। স্বামী মহারাজ "কৃষ্ণ-কৃষ্ণ" শোনখি, মকোক্তা মখুৎ হাপখি।

## ২৪

থোকইবা থৌদোক খুদিংমক গোবিন লোয়না তই, খঙিও। মচে লৈতবা নুমিত্তদি গোবিন অয়ুক্কী চাক থোংবদা নুমিদাংগী চরা হাপচিনবা, নুমিদাং ওইরক্লগনা চানিঙওগা চাবা, চানিঙদ্রগনা তোকপনি। করিগুম্বদনা মাগী মরুপ রামানন্দগী ময়ুমদা তূম-চাদুনা অদুম লৈথোকপস্তু ময়াওই। মহাক পুঙ-ঈশেগী থবক্তা থবায় য়াওরক্লে। মচি-মচিদা তূমিন-তূমিন ফম্বনা মাগী হৈনবী ওইরক্লে। মতম অমদা পুঙ-ঈশেগী খোঞ্জেম্না পূমনিন নিল্লম্বা, নুংশিরবা হৈ-লৈ, ধুপকী মনম্না লৈরক-কোন্সাংদা শন্দোক্লম্বা মফমদু নাপী-শিঙনানা মনিঙ তৌরক্লে; কৌজেং-হারৌগী শাম্নফম ওইরক্লে। য়েবিদ্রবা পুঙ অনী দুনা টৈবল অমগী মথক্তা ফিরুক খুম্লগা খব্রাংননা য়ুংদুনা লৈরি। অদুক তরু-তনাল পাল্লম্বা য়ুম্বালদু কদায়দনো অমা শোয়খ্রে। মরুপ-মপাং ময়াম অদুনা হঙওক্কনি খনবদা মহাক ময়ুমদগী চখোক্লিংদে; ওফিস কানিঙদে; মী অমত্তা উননিঙদে; মহাক্কী আশা ময়োল কংখ্রে। রেবিকানা মাবু থাদোক্লম্লগা অমেরিকান্ ওনখ্রে। হৌজিক মচাদু লৌরুগদ্রা, লৌরুরগনা মানা ওফিস চৎখ্রিঙেদা কনানা শেম্নবিহৌবা। পম্লমক অসি খক্লুবদা মহাক ময়ুমদা লৈনিঙক্লে; তুং হন্না য়েংবদা মমি নক্তনা মাগীনি হায়বা কনা উরক্লে।

হৈজিং ফাদবা হৈ, মৈ মুন্দবা চাক-এন্ছাং চাবদা হাউতে। ফৈজোম ফিম্বান তূমদ্রিঙেদা চেল্লকপা নুপী, হায়রুবগা পীরকপা নুপী তুং কোয়দে হায়নবদু অশেংবা পাউরৈনি। অচুম্বনি মখোয় অনীগী মরক্তা নুংশিনবগী বারী-বাতায় শানখিবা লৈখিদে। অমনা অমবু মুম্না মশক খঙনদ্রিঙে, মরীরকশুবা উনবদা চেল্লকখিবনি। মহাক নুপীশিংসি মহ্ পুবা লিনগা পাঞ্খক্নরক্লে; বাখল অমগী মথংদা বাখল অমা লাকপা লেপ্তে।

থৌদোক অসিগী মতুঙ চয়োল অমমুক লৈরগা গোবিন মাঙ্গোল দাড়ীদা মখোঙ য়াম্বরগা ফক্লাঙদা ঙারগা তূম্নি ফম্লি; মমীৎ উইশিল্লি। নুমিৎ অসি গোবিন ময়ুমদা মতোমতা লৈরিবা তাঞ্জানি। অস্কুম্না ফম্লিঙেদা কদোমদগী লাকখিবা বাখম্লো খঙহৌদনা রাধামনিনা কলেজ লৌইদ্রিঙে, অদুগা গোবিন্না কলেজ পুন্সি লৌইরবা মতম অমদা থোকখিবা থৌদোক অমবু নিঙশিংলুরি। — সন্ধ্যা ওইবনা কৈশামথোঙ কৈথেল মীনা ড্রুং-ড্রুং তিনখংলকপা মতমদা রাধামনি এন্ছাং-নাপী খরা লৈনবগীদমক য়ুম্লোম্নবদা লৈবী মৌ-নহা অমগা লোয়ননা কৈশামথোঙ কৈথেন্দা থোরক্লম্মী। মৌ-নহা অদুগা লোয়ননা রাধামনিনা এন্ছাং য়োনবী অমগী পোংফমদা অনৌ-অপেৎ খরা য়েংমিন্নরম্মী। সিনা নৌনি, সিনা হাওনি হায়না লেপ্লা-লেপ্লা ঙাংনরম্বদগী রাধামনি ফমথখিরম্মী; মৌ-নহা অদুনা লেপ্তুনা লৈহৌরম্মী। মৌ-নহাদু 'স্তুম লেপ্লম্বদগী মানা লৈনিঙবা পোৎ অমা অতোপ্পা পোংফম অমদা উরকপদগী করি মক্তা হায়রমদনা চংখিবদু রাধামনিদি খঙহৌদ্রে। রাধামনিনা এন্ছাং য়োনবিদুগা কয়া কমদৌবনো ঙাংনশক্লরিঙেদুদা গোবিনস্তু করিগুম্বা খরা লৈনবগী কৈথেন্দা থোরক্লম্মী। রাধামনিনা এন্ছাং লৈরিবদু উরক্লদুনা মহাকস্তু চঙশিল্লনগা বাদি ঙাংদনা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্লা হঙ্গাম মপুল অমা/অনী পায়রগা মথক-মথা থোক-থোক ওন্দুনা য়েংলবা মতুঙদা মপুন অমা লৌরগা মমায়দি য়েংখক্তনা মাগা লাকমিন্নখিবা নুপীদুনি খন্দুনা "ইনস্না হঙ্গামসি অমুক্তা পায়বিয়ু ঐ পৈশা অমুক্তা পীগে"

হায়রগা মণ্ডোন্দা (গোবিন্দা) পীখৎলকখিবা; মহাক্কা হোয়-মায় হায়দনা হঙ্গাম মপুন্দু লৌশিন্নগা পায়খিবা; রাধামনিনা কেগতগী পৈশা লৌথোক্নগা হঙ্গামগী মমল পীখিবা; পৈশা হন্দোক-হন্নিন তৌবা লোয়রদুনা কদায় মহাক অমুক পায়রগে হায়রগা হৌগৎলকপদা মহাক্কা লাকমিন্নবী নুপীদু ওইরমদকদগী "হায়মা" হায়রগা হঙ্গামদু লৌদনা মীরক অদুদা শৎ-শাৎ তৌরগা নুপীদু থিবা চৎখিবা। হঙ্গাম মপুন্দু পায়রগা মহাক্কা, রাধামনিবু কোয়য়েং য়েংবদা উদবদগী হঙ্গাম মপুন্দু এন্থাং য়োম্বী অদুদা অমুক পীরগা হোরেল মানা খিরকপা মতমদা পীবিখিনবা শিন্নরম্মা।

নোংমন্থু, নোং মকুপ-মকুপ চুবা নুমিৎ অমদা রাধামনিনা নোংখন মচা অমা তুপ্লগা জি-পি কলেজদগী হন্নক্ললম্মী। গোবিন্দ রাজেস বুক স্টোরদগী লাইরিক অমা লৈরুরগা মখোওনা থোরক্লম্মী। মানা থোরকপা মতমদদি নোংদু মকুপ-মকুপ কয়া কন্দে, মীস্থু অদুম চৎলি, হেক্তা চৎখ্রগে খন্দুনা গোভর্ণর রোডত্তা হোবে-হোবে চৎলম্মী। সড়ক য়ৌরকপা অদুবায়দা নোংদু খওকন-কনশিন্নকপদগী হনবস্থু ফরক তাদুনা পার্কিংদা থারিবা বস মনুংদা ওইহাক্তং থুপকে খন্দুনা সড়ক অদু চেনবোই করিবোই তৌরগা লাস্থোক্লম্মী। মানা মরু লুক্লপ তৌরগা সড়ক হেক লাস্থোরকপদা রাধামনিনা উরদুনা মোমোন নোক্লগা বাদি ওাংদনা নোংখন্দু খরা থাঙ্গৎলগা মাবু ওক্লম্মী। হায়নরুবা তৌদনা নোংখনগা লাইরিক্কা ওস্থোক্লখিবা, রাধামনিগী লেওবান্দা গোবিন্না, গোবিনগী মম্বাওদা রাধামনিনা কোন্নগা পীক্লবা নোংখন অদুগী মথাদা মখোয় অনী কৃক-কৃক ইন্ননা নোংলক অদুদা কয়াদা নুংশিননা লাকমিন্নখিবা। পুন্নমক অসি গোবিন্না নিওশিংলুরি; অদুবু মখোয় অনী বাদি মচেৎ অমত্তা ওাংনখিদে।

উহন্নিংদবা অদুতবু য়েংনিংবা, অরোম্বদুতবু খওনিংবা মীওইবনি। লুহোংবগী কন্যাবু করিদা ফজবগে? মহাক্তি য়েকশিন-তৈশিনবদা মশাগী ফজবা মাওপ্রবা নুঙনা শাবা মুর্ত্তিশুম্মনি; থাউনা থানবা থাউমৈশুম্মনি। মিতম্নিবা

নবানা তাইবঙ ফাওদ্রিঙে, মপুরোইবগী অশি-পাউ ফংলিবী মহাক্কী অবাববু শৈথাবা অবাংপদা ওইগনি। পামজনা লৈরুবা শাম্নপোত্নু মতম খরা শান্নরম্নগা অঙাংদুনা থাদোক্লম্মদু নত্তে; মসিদি কুইর-কুইরগা  নিঙঙমদবা হেন্নকপনি। পুন্নমকসে খন্নু-খন্নুরগা মহাক নুংশিবা মশক খঙদবা মীশক অমনি হায়না মশানা মশাবু চৈজরি; মথম্মোয়দু মৈরি থোক্লা চাকথংলক্লি। "ওঃ মতমদো অমুক হন্নক্লরোই; থৌদোক পুন্নমক *মতম* নংগী নমাঙদা থোকখিবা ঙাক্তনি। বিজ্ঞানীকশিংনা পৃথিবী অসি চহী বিলিয়ন কয়াগী মমাঙদগী শেমগ্রবনি হায়রি; অদুনদি নুমিৎ-থা শেমখিবস্সু নংদি লোয়না খঙহৌ-উহৌরে, মরমদি থৌদোক অমত্তং হায়বদা নংবু পন্দুনা ঙাংনরে। *মতম*/নংবু করম্বা মতমদগী হৌরকখিবা অদুগা করম্বা মতমদা অমুক লোইগদৌরিবা? জ্ঞানীশিংনা হায়নরিবা হৌবা-লোয়বা নাইদবা হায়বদু নহাকপুরা? কৃষ্ণ, জেসস, অল্লাহ, লাঙ্গাও কয়া, সাইন্টিস, মুনি ঋষিশিং, পণ্ডিতশিং, নিংথৌরেলশিং,শৈশকপা-শৈশকপী তানসেন, কালিদাস, ঐস্নু-মাস্নু নহাক্কী গর্ভনুংদা থোকখিবা, থোকলিবা অমস্নুং থোক্লগদবা ঙাক্তনি।"

অস্নুম্না হৌখ্রবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক কয়াবু নিঙশিংদুনা লৈরিঙেদা "ওঝা! করি খনবিরিবনো" হায়বা বাহং অমনা গোবিন্দগী বাখল অদু কায়হন্নরে। মমীৎ পাঙথোক্লকপদা স্নুমতি লেপ্লুনা লৈরম্মদু উরকই - মঙকশমদা ফি অমা মতোন অনীদু নাকল-নাকন্দা য়াম্লে, মফিদু খোদৌ মখাদা শেংলি, মশাদু ইরাঙ থাংই। গোবিন্না, "করিগু খন্দেদা" হায়না খুম্মী। মহাক্লা গোবিন্দবু ফাগে খন্দুনা অচীকপা তাঞ্জা ওইরক্লিবসি মতম কুইরবনি। অদুনা মহাক প্রপ-প্রপ চঙশিন্নরগা গোবিন্দগী ওই থংবা নাকস্নোমদা খরা নকপ্লা মাস্নু দাড়ীদা মখোঙ য়াম্নদুনা যম্লে। "থৈইনা পঙখন-খনবিরুনু ওঝা! দেহে মন্নবনি। পুন্সি হায়বসি অসি ঙাক্তনি, হিংলিঙেসিদা খরা নুঙাইহৌরগা লোইরে। মাস্নু হেন্না নুংঙাইগদবা মফম থিখিবনি, ঐখোয়স্নু লৈরিসিদি" হায়রগা ফুরিংকী ওকশমদু মখুংনা খরা

চিংথরগা খোইচাক থারকই। গোবিন্দু মহাক্না ভাংলিবদু তারবস্থু মদুদা পূন্নিং চঙলুদে। মথা তারকই স্থুমতি, "ওঝা। ঈশিং খিত্তা থকচগেবা।" গোবিন্না, "ঐগী কাদা বোটলদা য়াওহৌবনি চঙলগা থকউরো" হায়রকই। করিগুম্বা ঈশিং লৌথোকপা চঙলবদি মতুও ইম্নরগা তুংলোমদগী হেক্তা কোনশিন্নগা ইস্থুগে খন্নম্বনি; মদু য়াখিদ্রে। অদুনা মহাক তঙায় যন্দনা গোবিনগী কাদা চঙলগা বোটলদগী ঈশিং অদু খরা থক্লে। সোমদনা গোবিন্দু স্থুমতিদগী লাপথোক্লিংবদগী মানা ঈশিং থকপা চঙখ্রিওেদুদা বাঠরুমদা চঙলগা লৈথোকখ্রে।

নুমিৎসিদা রাধামনিস্থু গোবিনগী ময়ুমদা লাকই। মাগী অশেংবা বারীদু গোবিনগী মফমদা ফোংদোক্লিংদুনা অচীকপা তাক্সা ভাইরক্লিবসি মতম কুইরবনি। মরমদি, বারীদু গোবিন্না খঙলবদি মাবু লৌখৎপিবস্থু য়াই খনবদগীনি। অস্থুন্না লাকপনা মহাক্না শঙ্গোয় মচিন য়ৌরকপা অদুবায়দা গোবিন্না বাঠরুমদা চঙখিবদু উহৌই।

স্থুমতি মপূক্লিংদা ঈশ্বরবু খুরুমজরগা গোবিনগী যম্মুওদু মরাইবক কংলগা কাখৎখ্রে। মহাক ফুক হৌগৎলগা মিংশেন্দা তারিবা মশাগী মমিদু য়েংজে; কন্নকচে; অদুগা অমুক হিপথে। মরাইবক্তা হুমাং ঈরীক কারকই; শ্বর তাস্থা কায়বনা থবাক ঈপোম হৌরকই। ওসিদি মহাক অরোয়বিনি; কামিনি অমনা কামি অমবু ভাইবগী শক্তম্নি। "প্রেম্না হায়জবদা য়ারবদি ফৈ, য়াদ্রবদি লৈকায় তানবা লাওগনি" মসিনি মহাক্কী বাখল। অদুবু মিংশেন অদুবুদি মহাক্না চেকশিন্নুদে।

রাধামনি লেপ্তুনা চঙশিন্নকপনা চুরি তাফমদা লৈরিবা চপ্পল অদু উরকপদা স্থুমতি ইমুঙদা লৈ হায়বা খঙলে। "মদুবু কদায়দা লৈরিবনো" খন্দুনা মাঙ্গোন কাখৎলগা থোঙবাদা চেপথদুনা য়েংলুবদা মিংশেন্দা তারিবা স্থুমতিগী মমিদু উরকই; শং হন্দোরকই। তাক্সাসিদা স্থুমতি খৌগংনরবা খোক্তেম্না "ওঝা। অমুক্তা লেঙশিনবিরকউ; করিনোম্না লৈরে" হায়না কৌরকই। মদু তাবদা

রাধামনি মফম অদুদগী তূমিন্না থোরক্লগা বাঠরুমলোমদা চংখ্রে; মাগী ওঝা থোরকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। মখুং-মশা প্রোক-প্রোক থেক্লগা লাংতক্লনা মহাক গোবিন থোরকপা ঙাইরি। ঙাইঙমদ্রদুনা রাধামনি, বাঠরুমগী থোঙ থীন্নুবদা গোবিন থোরক্লে, "রাধা! নং ওইরে" হায়না কৌই। রাধামনিনা গোবিনবু তূমিন লৈনবা ইঙ্গিৎ তৌরগা মবান্নি মফমদুদগী থোরক্লে; অদুগা মিংশেন্দা তারিবা স্নুমতিগী মমিদু য়েংমিন্নরে। তাঞ্জা অদুদস্থু স্নুমতিনা হান্নগুম্না অমুক কৌরকই; গোবিনস্থু তারে। মহান্না ইঙ্গিৎ তৌরগা গোবিনবু থাদোকখ্রে। গোবিন্না থোঙাল হেক য়ৌখিবগা রাধামনি ইমুঙদা চঙশিল্লি। হৌজিক কৈ অমোম অনী থেংনগদৌরে; কুম্মে নুংঙাইদৌরি। রাধামনিবু উবদা স্নুমতি খঙপ্রেক খঙই; মফি-মরোল শেমজিল্লি, টৌন খরা বাংলপ্না "নং মফমসিদা কৈদৌবা চঙলকইবনো? ওঝা লৈহৌদ্রা?" — "নংনা তৌরিবা অসিবু হৌনবরা?" বাহংসি তাবদা স্নুমতি, খঙশাও-শাওগৎলক্লগা "অদুগুম্বা মী শিগদবা বাদু ঙাংগনু, হুমাং শৌমনবদগী হংচিক ঙাইহাক লাঙম্বনি; ঐদি নংগুম্বী মহিক চেনবী নত্তে।"

রাধামনিগী নুপাদু ড্রগ্ এডিক্ট অমনি হায়বা মহাক খঙহৌদে। মন্দোমচানা নমথাক তৌদুনা শেন লৌথৌক্লগা ফৈ হায়জিনবদগী, অহল-লমন হায়নশিংনরগা লুহোংখিবনি। লুহোংবা নুমিৎ অদুদা মহাক্কী নুপা অদু ওভর ডোজ্দা হুন্নক্লগা তূমখিবদগী হৌগৎলকখিদবনি। তশেংনা হায়রবদা মহাক কোনশঙ য়ৌদ্রিবা সনানি। পম্লমক অসি মহাক নত্তনা কনাস্থু খঙখিদে; শেংদোক্লবা পাম্বে লৈখিদে। অসি ওইদুনস্থু, মতুঙদা ঙাংবনা ঙাংবনি মশামক্তা হায়রক্লবদুদি রাধামনি শাওবদা মৈরিদা ইকং লংশিনবগুম থোকপ্রদুনা "হেঃ মপূনা তাম্পোপীরবা হূই। নং চাবা ফংদবদগী অফ-ফত্তা খঙদ্রেনে।" লাইগী মখে ফগুলবদি পেল্লি, মীগী মখে ফগুলবদি শাওরকই - "বদমাস মহিক নংকস্থু ঐঙোন্দা" হায়রগা চোঙশিন্দুনা রাধামনিগী মশম তাপ ফেইররে। রাধামনিস্থু "হে-হে! নংনদি

ওস্সগা ঐদি করিগী ওস্লোই” হায়রগা ফোইনবা হৌগ্রে। মখোয় অনী ইমুণ্ডগী মাঙ্গোল, মাঙ্গোলদগী শুমাঙ য়ৌরক্লে। হূই চিক্লবদা খোংনরম্বগী মমৈদা খোংনরক্তবা অদুগুমখ্রে। খাম্লিনবন্থ লৈত, অনীদু ওইহাক চৈনা খাওনরে। মমৈখওদদি য়ুম্লোন-কেরোম্নবা উনরক্লদুনা চওশিন্নরক্লে। মতাঙ অসিদা গোবিন্দ্ব খোঙ্গাম্লোমদগী চওক্লে; ময়াম চওদুনা খামদোক্লরে। তিন্নরিবা মীশিংদুনা হায়বা-হওবা অমত্তা খুম্লমদনা মকোক-মরু চীক-চীক লাওনরগা অনীদু ময়ুম-ময়ুমদা চৎখ্রে। মীশিংদুনা গোবিন্দা অমুক হওবদস্থ “খওদে” হায়বদগী হেন্দ্রে। মখোয় অনীস্থ ঈকায়দুনা হায়দোক্লদবদগী বাহৌদু করিদগীনো হায়বা কনাস্থ খওখিদ্রে। চিংনবদি লৈখি, চাবা ফওদ্রবশিংনা তল মচেৎ অমগীদমক মথবায় পাম্মুদে। নুমিৎ অদুদগী মখোয় অনী কৌবদি কৌনে, নুংদদি অমনা অমগী খুজিন্দা চওবা তুম ওইনখ্রে।

## ২৫

ওসিদি হিয়াঙ্গেগী ১২নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। গোবিন্দু লৈখিদ্রবা মপা ইবুংঙোগী মথৌ-মওম পাওথোক্লনবগীদমক তীর্থ চৎকদবা নুমিনি। নাইতোম তারবা গোবিন তীর্থ যাত্রাগীদমক শেম-শাবা লোইখ্রে। হৌজিক্তি মচেদা নক্তনা মবাইস্থ লাক্তুনা য়ুমদুদা লৈররে। গোবিন অয়ুক ওন্না হৌগক্তুনা মাগী পুগদবা পোৎ-চৈশিং অদু স্যুইটকেস অমদা মফম চানা-চানা হাপচিল্লি। মচেনস্থ মৌপ্পানা চৎপদা পুগদবা পোৎ-চৈশিংদু হংল-হংলদুনা মথং-মথং পুখোরকই। তাঞ্জা অদুদা লৈকায়গী অহল-লমন (নুপা) অমা-অনী লাক্লগা লম চৎপগী খুদোং চাদবা অমদি মানা-মানা থেংনরকপা অবা-অনাদু তস্নরি, শীররি:- “ইবুংঙো গোবিন। লমচৎপা হায়বসি যাম্না লুবনি, চেকশিল্লু। তাকু-তাকাটিশিংনা শেন-থুম হুবিখিনি। হৈ-শিংলবা মী ফাওবদা খুজিন-খুৎনাম্থোক্তগী শোয়নরিবনিকো”

হায়ররি। অমনা অমুক "নবদ্বীপ যৌরগা মায়াপুরদা চঙলকউ। মফমদুদা য়াম্না ফজবা ইস্কোনগী মণ্ডির অমা লৈবনি; মদু উরবদি নং ওন্থোক্লা নুংঙাইবা ফঙনি। ঐদি পুন্সিসে মফমদুদা লেঙ্গনিঙ্ঙি; শ্বায়দা ঐখোয়না লাই নিঙঙিনিগাইদনা তৌরিসিদি ফাগীবু মাল্লিদা।" অন্সুম্না ভাংনরিঙেসিদা মীয়াই চন্নবি নুপী খরা অমুক লাক্লগা ভাংলরে, "ইবুংঙো গোবিন নংনা হয়েং গয়া যৌরগা ত্রিবেনী সঙ্গমদা তর্পণ কৎলু। মফমদুদা তর্পণ কৎলবদি মমাগী অমৃত নামগী লমন শিংবা ঙম্মী হায়নে; নং শোয়দনা কৎলুকো।" অন্সুম্না পুকমেন-পাউমেন্নবা লৈইরবদা হান্না তিন্নরিবা মীশিং অদুনা মখোয়-মখোয়না ঙমজবা শৈশা খরা-খরা "সিদং লাইদা কৎপিরম্লু" হায়রগান্সু পীরি। "নত্তে, নংবু কনাগা খোঙবু ওইগদৌরিবনো" হংলকপন্সু য়াওরি। গোবিন্না, "অবাংলোমগী মাম্নখোয়গা চৎমিন্নগদবনি" খুমকই। "ফরে-ফরে, মচা তরা পোক্লদুনা কৈদৌননি; লাই-গুরু মশাক খঙবা অমত্তং পোক্লগা লৈইরে। নকোকফাও চিক্লনা হল্লকউকো" হায়না বর পীরম্লগা হন্নখ্রে। মীশিংদুনা হন্নখ্রবদা গোবিন ইমুংদগী পীথ্রই বাল্টিন অমদি ফদী-সাবন লৌথোক্লরগা ঈরুজনকদমক পুম্লিরোমদা পরপ-পরপ চৎলি। মতম অসিদা থোঙ্গাক্লোমদগী রাধামনি অমন্সুং ন্সুমতি চঙলকই; তম্ফাদি মচা অপীকপা চেনবনা লাকপা ঙমদ্রে। ন্সুমতিনা গোবিনবু হেক উবদা "ওবা। ওবা। কয়াম বাৎপিরিবগে? ঐখোয়দি ওবা লেঙখিরম্নদুনা উনহৌররোইদ্রা খনবদগী হোবে-হোবে চেন্নকইনিনে। অদুগা ওবাদি চাইথরমদ্রি, খেঙদ্রিবরা তৌবিরিসিবো?" ন্সুমতিনা ভাংলিবদু তারগা গোবিন্না, "পুং ১১দা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মণ্ডিরদগী যাত্রা তৌগদবনি" হায়রকই। মথংদা ন্সুমতিনা চাক-ঈশিংগী মরমদা হংলকপদা গোবিন্না মচেনা হোৎনবিদুনা লোয়না লৈরে হায়না খুম্মী। মখোয়বু মাঙ্গোন্দা পোথানবা খঙহন্নম্লগা মহাক ঈরুজবা চৎখ্রে। মখোয়ন্সু চঙখিদুনা মাঙ্গোন্দা হান্না থাদুনা লৈরিবা ফক অদুদা পুন্নপ ফম্লগা গোবিন্না ঈরুজবা কারকপা ঙাইরি। গোবিন ঈরুজবা লৌইরদুনা পীথ্রই বাল্টিন

অদু ঈশিং শোক্লগা পৃথ্রিদগী কারকই। তুলসিবুং মনাক্তা বালটিন্দু থম্লগা তুলসি মচুম খরা থকই; তুলসিবুংগী মৃতিকান্থু মরাইবক্তা খরা নমশিল্লি। মচেনা তুলসিবুংদা থম্লম্বা খুঁদে অশেংবদু হোঙদোক্লে; চন্দন উপু লৌথোক্লুরদনা চন্দন-চৌবা থিনবা লোইখ্রে; চাক চানবগী ইমুঙদা চঙখ্রে। চাক চাবা লোইরদুনা মচিন-মখা শেংদোক্লগা মোজাফুরিং খুদাং য়াওবা অমা লীংলগা মপান থোরকই। মতম অসিদা রাধামনিনা, "ওঝা হাবা য়াবিদ্রবরা, অস্থুক থুনা থোকপিরকইসিবো" হংলুবদা গোবিন্না মখোয় ময়ামদু উনররোই খনবদা মপূক্লিং ইরাং-লাঙবদগী মহাক চানিঙ-থক্লিংবা পোক্ত্রে; অদুগা মখোয়স্থু ময়ুম-ময়ুমদা হল্লগা অশোয়-অঙাম থোক্তনবা লাই খুরুম্লুনবা হায়রকই। তাবদা রাধামনিদি মাগী ওঝা থিন্দোকপা য়াওখিনি হায়রক্লে; স্থুমতিস্থু।

গোবিন মখোয়গা বারী শানরম্লগা ইমুঙদা মফি-মরোল শেংপা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মফি-মরোল শেংপা লোইরদুনা ইমুঙদগী থোরক্লে। মমীত্তা পিগী ইরা চেল্লদুনা মরু লুকথরগা য়াম্না হৈনিংদনা লুম্লবা মখোঙ অদু থাঙনিঙদ-থাঙনিঙদা থোরকপনা তুলসিবুং য়ৌরক্লে; মমায় নোংপোক ওম্লদুনা বৃন্না দেবীবু খুরুমজে। ফোঙদোক্লরোই খনবা পূক্লিংগী বাফম কয়াবু ঙাংথোক্লুবদা নীকখিগদবা খোজেল, পূন্নমক অসি খাঙবদা, লুম্না মঙলবা ইঙাগী নোংনা লেপ্পা লৈতনা চুরকপগুম মীংলু নাপোম অনীদু পাথোক্লগা চেস্থরকপা পিনা নাতোন নাকচি য়ৌরকখি। খাঙবা ঙমদ্রমান্নে খোজেল থোক্লা হিক-হিক কপ্লক্লে। ফুরিংখাওদগী রুমাল লৌথোক্লগা চেস্থরক্লিবা ইরাদু তৈথোকখি। মফম অদু ঙাইহাক্তংদি উন-বাইমুক চীকখি। অচীকপদু থুগাইরগা রাধামনিনা, "ওঝা! যাত্রাগী মতমদা কপ্পা হৌনদে; কপ্লিগনু" হায়রক্লবদা গোবিন্না অস্থুম্না খুমই "রাধা! ঐ খাঙবা ঙম্লক্তে; অদুনি।" অসিগুম্বা গোবিনগী মথবায় নুংঙাইতবগী বাহৈসি তাবদা রাধামনিস্থু মাগী ওঝানা কপ্পদু উবদা মাস্থু কপ্না-কপ্না হায়রক্লে "করি অমুক হায়রুগনি ওঝা! ওঝানা নোং-ফাদোক অচিনবা লৈদুনা ঈশে

তম্বিরক্তবদা ঐনা ওঝাদুবু কৈদৌরবনো খনবদা অহিং তম্বা য়াখিদে। অদুগা হৌজিক্কা থা অমা হেন্না উনররৌইদবনিকো খক্লুবদা শ্বর ফুন্নগে তৌরকই। খঙদেদা ওঝা! ওঝাগা ঐগা কায়নরবদি ঐদি কয়া কুইগনি নিঙদ্রে।" তাবদা স্নুমতিস্নু, — "ওঝাগা উনররৌই খনবদা ঐস্নু য়াম্না বাজে। অদুবু মতম খরগীনি খন্দুনা খাঙজরিবনি।" অস্নুম্না মখোয় অনী চঙদুনা মখোয়গী ওঝাবু থেমজিল্লি। অদুদগীদি গোবিন্না বা লোয়শিল্লকই, "ফরে-ফরে নখোয় লৈইনমক তেক্ত-কায়দনা লৈরম্মু; ঐ অমুক্তা চৎলুখিগে" হায়রগা শ্বর য়েংলদুনা মাগী সুইটকেসতু পায়রগা তুং-হম্না য়েংলমদনা যাত্রা তৌখ্রে। লৈহৌরিবা পোৎ-চৈশিংদুনা মখোয় ৩/৪ না পায়রগা গোবিনগী মতুঙ ইন্দুনা মরী-মরী থোক্করক্লে। থোঙ্গান্দা থারিবা গাড়ী অদুদা পোৎ-চৈশিংদু গোবিনগা গাড়ীগী হেন্দিমেন অদুগা লোয়ননা থাঙ্গৎমিন্নরি। পোৎ অতৈদুস্নু মখোয় অহুম চঙদুনা লাম্থোক-লানশিন তৌরদুনা গাড়ীদা থাঙ্গৎমিন্নে। তাঙ্গা অসিদা গাড়ী ড্রাইভর অদুনা "লৌইদ্রিবরা ইবুংঙো? পৎ-সি আ য়ৌখ্রেনে, হা?" হায়রগা গাড়ীগী হোর্নদু বে-বে খোংলকই। তাবদা হেন্দিমেন অদুনা "লৌইরে-লৌইরে ওঝা।" হায়রগা কুমথরকই; গাড়ী ষ্টার্ট তৌরকই। গোবিন গাড়ীগী কাখৎফম অদুদা মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎলগা কাখৎকে তৌরিঙে তাঙ্গা অদুদা রাধামনি অমস্নুং স্নুমতি চঙশিল্লরগা "ওঝা সিমত্তা পাইবিখো" হায়রগা ইনভেলপ অমমম পীশিল্লি; গোবিন্না ইনভেলপশিংদু লৌশিল্লগা গাড়ীদা কাখৎখি। গাড়ী থৌখ্রে — মখোয় মশেল মখুৎ হাইনৈ — খজিক-খজিক লাপথোকখি; মীৎয়েংগী বাংমা লানখ্রে। কনা অমত্তা হোয়-মায় ঙাংনদনা মরু লুকথরগা ময়ুম-ময়ুমদা চৎনখি। বসতু শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী কেম্পস য়ৌরক্লে; মফমদুদা গাড়ীদু খাম্লগা খোঙচত্তুগী যাত্রিকশিংদু ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌনরে। অয়ুক্কী পৎ ১১ দা যাত্রা তৌখ্রে। লম্বীদা গোবিন্না এনভেলপ অমা হাংদোকই। চে অমনা য়োমশিল্লগা পৈশা খরা য়াওরম্মী; চেদুদা অস্নুম্না ইরম্মী।

“নুংশিজরবা ওঝা! ঐনা অঙম্বা খরদং কচ্চরিবসি য়াম্মি-য়ামদে খন্দনা হরাওনা লৌশিনবিয়ু।”

নহাক্কী,

সুমতি দেবী।

গোবিন পৈশাদু এনভেলপ মনুংদা চেদুগা লোয়ননা থুপচিন্নগা হান্নগুম অমুক হাপচিনখ্রে। অদুগা অতোপ্পা এনভেলপ অদু অমুক হাংদোকই; চিঠি অমা নত্তনা অতৈ করিশু য়াওরমদে। মরোন্দি —।

ঐগী থবায় ওইরিবা ইবুংঙো!

পুক্লিংগী বাফম অমত্তবু নকাদা ফোঙদোকচগে খন্দুনা কয়ারক হোৎনজখি; অদুবু ফোঙলমদনা লমলানবী অমা ওইরুরে। মদুগীদমক ঐনা কনাবুসু বারৈজদে। বাফমদু ইচিন্না ফোংদোকপা ঙমখিদ্রবসু ঙসিদি চে-কলমগী মতেঙ লৌজরগা ফোংদোকচরি; ওইজবা থিবনি খনবিগনু। রাধানা অঙাং ওইরিঙৈদগী ইবুংঙোবু নুংশিজরকই; হৌজিকসু নুংশিরি।

নহাক্কী রাধা।

খঙহৌদনা গোবিন্না “রাধা!” হায়দোকখি; খুদক্তা গাড়ী খান্নগা মহাক মফমদুদা লৈহৌনিঙখি; অদুবু বাখন্দমক খনবা নত্তনা করম্মদি লৈহৌগনি।

## ২৬

থা অমরোম ফারকপা অদুবাইদা গোবিনগা চৎমিন্নখিবা খোঙবু অদু লাইফমদগী হন্নক্লে। রাধামনিসু পাডি অসি তারে; অদুবু মবুং-মৌপ্পামক নত্তবনিনা তহা-তহা হঙলুগদবসু ঈকায়দুনা রাধামনি নুমিত্তুমদি খঙশিন্নদনা লৈরে। নোংঙাল্লগা গোবিনগী মরমদা খঙনিঙদুনা, গোবিনগী মাম্মগী ময়ুমদা রাধামনি

চৎখি। মাম্মগী য়ুম য়ৌরবদা রাধামনিনা মাগী ওঝা হল্লক্তগী মরম হংলুবদা মাম্মনা, "ইবেম্মা। নংগী ওঝাদো ১০/২০ নিমুক্তা পম্বয়গা হরিদ্বার কোয়রকখিগে হায়দুনা মফমদুদা লৈহৌরে" হায়রকপদগী মহাক ময়ুমদা হল্লক্লে। মাগী চিঠি অদুনরা খনবদা রাধামনি মকোক চীকখি। ময়ুম হল্লকপগী লম্বীদা স্থমতিগা থেঙনৈ; বারী পুম্নমক রাধামনিদগী খঙলদুনা মহাকস্থ ময়ুমদা হনখ্রে। গোবিন হরিদ্বারদগী রিশিকেশনচিংবা মথং-মথং চত্তুনা মফম অদুদা লৈরম্লিবা যোগীশিং অদুগী মরক্তা ভজন-কীর্ত্তন শক্তুনা, হরিনাম শোন্দুনা অমদি পুঙ য়েদুনা নুংঙাইনা লৈখোকখ্রে; মহাক অনৌবা সংসার অমদা তাউখ্রে।

জীব পুম্নমক্তগী মীওইবনা খ্বাইদগী শিংবা বাখল খনবা ওম্বা জীবনি; পুন্নিং হায়বসি মীওইবগী অমত্তা ঙায়রবা মরুপ্নি; মসিনা অমুক খ্বাইদগী শাথীবা য়েক্লবস্থ ওইররি। মীওইবা নত্তনা জীব অতৈদি অচুম-অরান খন্থনবগী পাঙ্গল লৈতে; মখোয়দি অফঙবা চাবা, নুংঙাইবা মফম থিদুনা য়ারেকপনি। লৈশেমঙেদা পাম্নম্বা লৈবাক বায়েল-থৌদা তৌরম্বা নিংথৌশিং অমস্থং অঙম-অথৌশিংনা ঐগী লৈবাক চাওথোক্লবনি, ঐগী প্রজা নুংঙাইনবনি হায়দুনা লান তৌদুনা মীওইবগী পুন্সি কয়াবু মাঙহনখি, মীগী মরল-মথুম কয়াবু মুক্লগা পুরকখি; মরাল লৈজদ্রবা নুপী-অঙাংশিংবু ফাদুনা পুরক্লগা লাক্লবিখি। অদুগুম্বা নিংথৌশিং অমস্থং অঙম-অথৌশিংদুনা মখোয়গী অরোয়বা খোঙচত্তদি পুম্নমক থাদোক্লম্লগা মফি ফাওবা শেত্তনা চৎখি অমস্থং চৎখিগনি। বাখল অসিদা লুপখিদুনা গোবিন, নুপী-অঙাং, লন-থুম পুম্নমক তুকচ্চরক্লে। মহাক সংসার অসি ত্যাগ তৌরগে খল্লদুনা পবিত্রানন্দ গীরি কৌবা গুরু অমগী মফমদগী, *গোবিন্দানন্দ দাস* হায়না নাম ফংজদুনা দীক্ষা লৌখ্রে। মহাক্কী মহৈ-মশিং অমদি হরি ভক্তিদা পুন্নিং চঙবা মতৌদুদা পবিত্রানন্দ গীরিনা মহাকপু *গোবিন্দানন্দ স্বামী* হায়বা মিংথোল অমগমুক পীরগা মণিপুরদা লৈদুনা মফমদুদা সৎ-সঙ্গ শন্দোক্লনবা থারগে খল্লক্লে। মতম খরা লৈরবা মতুঙদা নোংমা মাম্মগী মখুত্তা

গোবিন্না থারকপা চিঠি অমা থুংলখি। চিঠিগী মরোলদি অসিনি -। নুংশিজরবা মাম্মা।

নুংশিজরবা ঐগী মাম্মা। লমদম তাম্না লৈপ্লবা নম্নাক গোবিন্না, মাম্মগী মফমদা লঙজখিবা ইরাল পূন্নমক ঙাকপিয়ু হায়না কোটি প্রণাম তৌজরি। লাক্লিবা বুদ্ধ পুর্ণিমা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১গী ফ্লাইট্‌তা ঐ শোয়দনা থোরক্লগনি। ঐনা হেক য়ৌরকপগা সৎ-সঙ্গ অমা পাওথোক্লবা মাম্মহোয় খ্বাই ময়াম্না খরা শিনবিরম্মু।

নহাক্কী গোবিন্দানন্দ স্বামী।

চিঠি পানা-পানা মাম্মনা মথম্মোয়দা গোবিনগী মশক উরকই। "মাম্মগী ইবুংঙো গোবিন! নংবু করি তৌরবনো" খনবদা নুংঙাইখিদবনা মমীৎ অনীমক পিনা থুম্নৎখ্রে; মীৎলু নাপোম অনীদা হৌরক্লিবা পিগী ঈরাবু শেৎলিবা খুদেগী গুঞ্জানা তৈথোকই। গোবিন লাক্লগনি হায়বা পাউসি লৈকায় শিম্না তানরে; রাধামনি, সুমতি, তম্ফাহোয়সু তারে। মখোয় ময়াম্না হোৎনদুনা সৎ-সঙ্গগী বার্ত্তন চৎবা লৌইখ্রে। মখোয়দি গোবিন্না থারকপা চিঠিদু উদ্রিবনিনা ইচম-চম্না লৈরম্মী; অদুনা, মতম কুইনা উনরুদ্রবা মীশক অমবু অমুক হন্না উনবা ফংলগনি খল্লুবদা মীপূম খুদিংমক নুংঙাইকগী ঙমখৈ লৈখিদে; নুমিত্তুদবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈনখি।

## ২৭

ঙসি বুধ পূর্ণিমা নুমিৎনি। ইম্ফালগী টুলিহল এয়রপোর্ট্‌তা রামানন্দ মমান্নবা অমগা লোয়ননা স্কুটর অমমম তোংদুনা লাক্লগা গোবিনবু ঙাইরি। অস্নম্না ঙাইহাক ঙাইরবগী মতুঙদা গোবিন্না তোংলক্লিবা ফ্লাইট অদু পাইরক্লে।

চৎকদবা অমদি লাক্কদবা মীনা মফম অদু চিন্না-চাইনবা ওন্নদে। মাগী-মাগী মপোৎ- মচৈশিংদু থাংদোক্কা-থাংজিনগা হোৎনবদা অমনা অমবু উনদে। কুইদে, মিনিট ৪/৫ গী মনুংদা প্লেন অদু তারক্লে। প্লেন অদু হেক তাখিবগা লেডর ভান অমা থৌজিনখি। প্লেনগী থোংদু হাংদোকরকই; মথং-মথং কুমথনরকই। গোবিন্দু যোগী ফিজেৎনরগা কুমথবা অদুদা য়াওরকই। মহাকপু ওইহৈরিবা মীশিং অদুগী মপান্নিংদা মহাক্না অদুগুম্বা ফিজোল শেৎলক্কনি খল্লুদবনা ফিজেৎ অদুদা মীৎয়েং থল্লুদে; মহাকপু পাক হেক উরুদে। ওইহাক কোয়থি-থিনরবা মতুঙদা এক্সিট কাউন্টরদুদা সুইট কেস অমা পায়রগা লেপ্তুনা লৈরিবা গোবিনবু রামানন্দনা উরকই। অহানবমক্তদা রামানন্দনা, গোবিন্দা মানা তৌরক্লিবা মওংদু করিগীনো হংলুবদা গোবিন্না, "কোম্না হায়গে" হায়রকপদগী রামানন্দদু তুম্নিন লৈখ্রে। মহাক্না গোবিনবু মাগী স্কুটর মনীংদা হাপ্লগা থৌরকপনা হোদাম লৈরক্কী লাইরেম্বীগী লম্পাক্তু য়ৌরক্লে; অতোপ্পা মমান্নবদুনা মতুঙদা ইন্নরক্লি। লৈকায়দুগী নুপী-নুপা, অঙাংশিংনা ফিঙৌ ফৌবগুম মফমদুদা তিল্লম্মী। মদুদা য়াওরিবা মরুওইবা মীশিংদি রাধামনি, সুমতি, তম্ফা, রাধামনিগী মমা, রামানন্দ, গোবিনগী মচে, মবাই, মাগী মাম্মা অমদি অতৈ মমান্নবা খরগনি; অতৈদি লৈকায়দুগী মী ওাক্তনি গোবিন চঙলকপা উবদা ময়াম অদুনা "হায়মাঃ গোবিন নৎত্রনে অসিবোঃ — মানিনেঃ গোবিন্নিনে" মুরুম-মুরুম শোন্নে। মমায় লৈখোক্তুনা য়েংবা, মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েংবা, হৌগত্তুনা য়েংকস্তু কোঙ্গায়নি। মফম অদু য়ৌরবদা গোবিন্না লৈরম্লিবা মীয়াম অদুবু মখুৎ লোন্ন-লোন্নদুনা খুরুম্মী। লমতাকপা নুপা অমনা লমজিঙলদুনা তপ্ল-তপ্লা মাগী ফমফম্লোমদা চঙলকই। ফমফম য়ৌরবদা অরোয়বা ভক্তি তৌরগা মহাক পদ্ম-আসন্দা ফমথখ্রে। গোবিনবু উবদা মীওই খরদি য়েৎচরিবা উপালদগী চিংথবিরবা উরীগা পাঙখরুখ্রে। মী পম্নমক্না মঙোন্দা য়েংদুনা লৈনখি; কনানা কদায়দা করি তৌরি খঙনখিদে। গোবিন্না মাগী ফমফমদা ফমখিবগা এনাউন্সর অমনা লাউড-স্পিকরদা

লাওথোরকই, "হৌজিক ঐখোয়গী গোবিন্দানন্দ শ্বামী য়ৌবিরক্রবনিনা ঙসিগী সৎ-সঙ্গ অসি হৌনবা তৌজরগে।" গোবিনগী মশক উবদা স্নমতিগী আশা ভঙ্গ ওইখ্রে; মহাক সৎ-সঙ্গদু ঙাইহাক য়াওরম্লগা মপান থোকপা শারদুনা তুমিন্না থোরক্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে; থৌরমদুদি চথহৌরি।

বাখন্দা লুপ্তুনা সড়ক্কী মতাইদা মরূ-লুরুপ চৎলিবী স্নমতিনা ময়ুম য়ৌরমদাইদা এক্তিবা তোংবা চহী ৩২/৩৩ মুক্কী লোনগা ওইগদবা নুপা অমনা তুংলোমদগী জিরি-জিরি থৌজিন্নক্লগা মমাঙদা থক লৈশিন্নগা খান্নরে। মদুদা স্নমতিদু খংপ্রেক খংদুনা শৎ হন্দোকই; বাখলগা পূমচাই চাইখ্রে। শাওনিংবদগী খন্না কম্লপ্না "অসঃ করি নুপানোনে, অস্নুক নক্না, ঙাওবু-ঙাওব্রো।" অদুবু নুপাদুদি ওস্থোকপা মীশক অমা ওইরমদুনা স্নমতি ঈকায়রপ তৌখি, শাওগৎলম্বদু খঙহন-হস্থখি। তাঞ্জাসিদা নুপাদুনা মথবায় য়াম্না বাবগী মওংদা মখোজেন্দু তপ্লপ্না "বা অমত্তা হায়গে তৌবনিদা।" মদু তাবদা স্নমতিনা মোমোন তৌরগা "অদুবোইবা, খরা বাৎলিঙেদগী কৌরকপা য়াদ্রো, থেংঙেদনা খন্দুনা ঐদি লবাই শাৎখ্রবনি, করি বানোবা" হংলগা নুপাদুগী মনাক্তা খোঙফম অমা-অনী চঙশিল্লি। নুপা অদুনা "পূক্লিংদদি কৌগে খনবনি, ইচিনসিনা হায়দোকপদি ঙমখিদ্রে" হায়রকই। - "ওস্থোকপনিদা! ইমিং ফাওবা কাউবিখ্রবোইরে।" — "নত্তে-নত্তে, বাখন্দু ওন্নরে, ইথন্তা ঈকায়জবগী বানি।" মতম কুইনা উনদবনা থম্মোয়দগী মমি শাম্লক্রবা মীশক অমনা মাবু নিংশিংবিরক্তুনা মমাঙদা চপ লেপ্লবদুদা, "মহাক্কী ঙকশমদনিকো ঐনা হুকখিবা কুন্দো পরেংদো" খল্লুবদা মথম্মোয়দু ইনৌ-নৌথোকখ্রে; মাঙগী থৌদোক পম্নমক কাওখ্রে। অস্নুম্না মহাক্না বাখল অমদা লম্ফে চৎলিঙেদুদা নুপাদুনা মথাগী বাহেশিং অসি শৌরেং থীবগুম হায়রকই। "ঐখোয় বাবাদু নহাক চৎখিবদগী মথবায় নুংঙাইতদুনা চাক্কা ইচা-চাদনা লৈরম্বনি। হৌজিক্তি অনাবা অমা ওইরে, য়াম্না শোক্লে, নংবু উননিঙ্গিঙ হায়রকই। ঙাইহাক্তং য়ৌরুসি, অমুক হনগে হায়রম্বু ঐ থিনবিগে,

অদুগা ঐ অমদুস্তু পায়দ্রে।” বাহৈসি তাবদা স্তুমতিগী মকোক্তু পঙখাগা চপ মান্নখ্রে। অচুম্বা পাউদা চৎত্রবা, মাবু মীনা ফজনা ঙাংনবগী বাদি লৈত্রে; চৎপু-চৎলুরবা হনগে হায়বদি য়ারক্কদৌবা মান্দে। স্তুমতিদু হোয় হায়সি হায়ঙমদা, হায়দসি কদায়নো “হা উরোক! নমাঙস্তু লাং, নতুঙস্তু তেন” হায়বদু ওইরে। “লম্বী অমনবা তিনশিংনগনু” হায়নবদু ঙসি মঙোন্দা থোক্লে। ফরে চৎলগদি ময়েংলুরগে খল্লদুনা মহাক্কী ফিদু অমুক্তা হোংদোক্লুখিগে হায়রল্লগা ময়ুম চঙখ্রে; নুপাদুনা থোঙান্দা ঙাইহৌরি।

সৎ-সঙ্গ চথরিঙেদা রাধামনিনা গোবিন্দা মুন্না য়েংলগা ওইরক্লিবা গোবিনগী শক্তম অমস্তুং বাখল, সমাজনা মঙোন্দা (রাধামনিদা) থল্লিবা মীৎয়েং অমস্তুং মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিনা কদোমদা, পুন্নমকসি খল্লুবদা মশাদু পুমচোক-চোকথখিবনা ঈশৈ-নোংমাই অমত্তা খুমখিদ্রে।

অশোমদনা, রোমেসনা পুরক্লিবা পাউদু স্তুমতিনা মমাদা তল্লগা বারোল পুন্নমক শিন্নরল্লে। খাউ অমদা মফি-মরোল খরা হাপ্লগা স্তুমতিদু তপ্পা-তপ্পা থোরকই। চৎনবী অমা ওইনা চতুর্দ্দশী, অষ্টমী, অমাবস্যা, পূর্ণিমা, সংক্রান্তি, মপোক নুমিৎ অমস্তুং অহল-লমনগী শ্রাদ্ধ তাবা নুমিৎশিংদা লুহোঙ-খোংদোংবগী থবক পাঙথোক্লদে। বাফম অসি লৈবনা মমানা থোঙাল ফাওবা তান্নরক্লগা লাওরকই “হায়-হায়! ঙসিদি পূর্ণিমা নুমিৎনি অহিং লেক্লরক্কনুকো।” মমানা হায়রিবা বাদু তাব্রা-তাদব্রা, স্তুমতিদু রোমেসকী গাড়ী মনীংদা ঙাথরপ তোংলদুনা চৎখ্রে।

রোমেসনা ময়ুম য়ৌরগা স্তুমতিবু থনল্লে; অদুগা অমুক চৎখ্রে। স্তুমতি মাগী খাউদু মরেঙবান্দা য়াল্লগা মরূ লুক্লপ্পা তপ্পা-তপ্পা চঙলকই। মহাকপু উবদা মাঙোন্দা ফমদুনা লৈরিবা মকুবোক্লা লাওরকই, “হাঃ ইমৌ লাকএ নুংঙাইরেদা; ইমৌনা থোংবা চাক চাদবা কুইরে। হায়ঃ মমা! নংবু তারিবরা পৈশা পুথোরকউ; ঐ ঙা লৈরুগে।” খোজেন অসি কমলিনিনা ইমুঙদগী

তারদুনা মহাকস্তু মপান থোরকই; মমৌনুপীবু উবদা হরাওজে। স্নুমতি চুরিতাফমদা মাগী চপ্পলদু লৌথোক্লগা মাঙোন কাখৎলকই। মদু উবদা মকুবোক্লা, "য়েংউনে-য়েংউনে, ময়ুমসিদা মানা তৌরিসে, নয়ুম্নিনে নুপীমচা নংবো" হায়রগা নোকচে। স্নুমতি চওশিন্দুনা মকুবোক্তা ভক্তি কৎলি। মহাক্লা হৌগৎলকপদা মতুঙদা লেপ্তুনা মাবু ঙাইহিরিবা মনেম্বোক্লা খোইরুম-খোইরুম মপাম্বোমদু তাপ পায়দুনা ওক্লগা "য়ারে-য়ারে" হায়রগা মমৌনুপীবু কোল্লদুনা লুহোংবগী কন্যা থিল্লকপদা মনেম্বোক্লা মমৌ ওকপগুম স্নুমতিবু হরাও-হরাও ইমুঙদা পুশিনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা রোমেসতু ঙমু-পোরোম অমা লৈরগা হল্লক্লে; মহাক্লা য়ৌরকপগা শুমাঙদা লেপ্তুনা মমাবু কৌথোরকই। মতমসিদা মনি-মমৌ চাকশঙদা বারী শাদুনা ফম্মিন্নরি; কৌরিবদুস্তু তায়। মচানুপানা, "ইমা। ইমা।" কৌজরবস্তু মমানদি কৌরিবসি মাবুনি হায়না স্নুমতিদা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা খঙহল্লি। স্নুমতি ফুক হৌগৎলগা ইল্লম্লিবা ফিদু হাইফেৎ শেমজিন-শাজিন, লুখম কারপ ইল্লগা তবি-তবি থোরক্লে। রোমেসকী মখুত্তগী ঙাদু মকুবোক্কী মমাঙদা ঈকায়-ঈকায়না লৌরগা ইমুঙদা চঙখ্রে। মহাক্লা চঙলমদাইদা তঙাংলবা চিম্বান্দুনা হাইনোক তৌরগা মীৎচিনা রোমেসতা য়েংলম্মী; রোমেসকী থম্মোয়দা তিঙ লাওনা পানখি। স্নুমতিনা ঙাদু চাকশঙদা পুশিল্লক্লগা মনেম্বোক্কী মমাঙদা থম্মী। হেক উবদা মনেম্বোক্লা, — "অসঃ তল্লেদকো, হৌজিকপু পোরোম শেমদৌসে।" মনেম্বোক্কী বাহৈসি তাবদা স্নুমতিনা ঙাদু মহাক শেমজরগে, মনেম্বোক্তু মাগী তৌগদবা থবক্তু অদুম তৌবিয়ু হায়রকই। মদু তাবদা মনেম্বোক্লা মমৌনুপীবু নুংশিনা য়েংলদুনা নোকমি-নোকমি, —"ফরে-ফরে অদুদি ইনেম চাকথুম চঙলগে; নংনা ঙাসি খরা শেল্লকওকো। অদুগনে নুপীমচা। ঙমু পোরোম লাক্লবসি খরদি বাবনি, হাউবদি চারিমখৈ পেন্দবনি।" মনেম্বোক্কী বাসি তাবদা স্নুমতি, ঈকায়-মীনোক অমগা লোয়ননা, —"ঐখোয় মাসিমা" হায়রল্লগা মনিঙথোঙদা ঙা-শেম্বা থোকখ্রে। ঙসিদি স্নুমতি, "ওল্ড বাইন ন্যু বোট্টল" নিংশিংলকখি।

## ২৮

সোমদম্বু সং-সঙ্গ অদু লোয়শিল্লক্লে। গোবিনবু নুংশিজবা মরুপ-মপাং খরনা মাগী মনাক্তা চঙলগা ৱাহং-পাউহংলি। মতম অসিদা রাধামনিম্বু তপ্লা তপ্লা লাক্লুনা গোবিনগী মনাক য়ৌরক্লে। য়াম্না ঙকপা মওংদা মহাক্না খুউ-খুদক কুল্লদুনা মখুৎ লোম্নরগা "অরোনবা ৱাফম অমবু নকাদা শেংদোকচনিঙদুনা মতম অম্বুক কুইবসি মীনোক মৈশা খাঙজরকপনি; তাবিনবা লৈত্রে। ঙসিদগী ঐম্বু যোগিনী ওইজরগে; ননাইবু কৃপা পীনবিয়ু" হায়রগা গোবিনগী মখোঙ শোক্না খুরুম্লরে। গোবিন, খোঙফম অমা-অনী হন্দোকই, "কৃষ্ণ! কৃষ্ণ!" শোল্লি; "তথাস্তু।" মহাক্কী চহী মতাঙ অমম্বুং মশক-মতৌদুগা হায়দোরক্লিবা ৱাঙাং অদু তাবদা মীয়াম পুম্নমক ঙকপনা খম থেঙনখি, অমত্তা কাইনখিদে। মচানুপীগী মতৌসি উবদা মমা ইবেম্মা থম্বালসনানা, "ইমাগী ইবেম্মা। রাধা! ইমাবু করি ওইরসিগেনে" হায়না লাওরম্লগা লৈমায়থক্তা হায়থখ্রে। গোবিনগী মনাক্তা লৈবা মী খরা অমনা গোবিনগা রাধামনিগদা ওমশিল্লি, খরনা জ্ঞান য়াওদনা লৈমায়দা তাদুনা লৈরিবী মমা অদুদা ওমশিল্লি। মতমসিদা গোবিন্না রাধামনিগী মকোক মপাদা মখুৎ অদু উপ্লা তিংথোক্লগা আশির্ব্বাদ পীরি।

"নিবসত্তু তবগেহে নিচলা সিন্ধু পুত্রী।

- - - - - - - - - - - - - - - - - - - - - -

- - - - - - - - - - - - - - - - - - - - - - -।

ন চলতু তবচিত্তে পাদ পদ্ম মুরারি।

আয়ুসমান ভবতু ভব।"

"রাধা! হৌগৎলো।" গোবিন্না "রাধা" হায়না কৌবসি মতম অমদদি মানা তাজনিঙবা ৱাহে ওইরম্মী। হৌজিক্তি খোঞ্জেন অসিনা মাবু ঙমখৈ উদ্রবা ঈপাক্তা অমদা লংথবিরে। অদুনা গোবিনগী মফমদা মহাক্না হায়জরকই, —

"ঙসিফাওবদা শ্বামীজীনা ননাইবু "রাধা" হায়বা নত্তনা ননাইগী ইমিং অমুক্তা মপাঙ ফানা কৌবিখিদ্রি। মদুমক্তনা ননাইনা ঙসি ফাওবা হিংজরিবনি। হৌজিক্তি মিংগৌ অসিনা থম্মোয়সি কায়খিদৌরে; ননাইবু "রাধা" কৌবিরগনু।" তনিক-তনিক্কবা মহাক্কী বাহেশিংদু তারগা স্বামীজীনা — "রাধা! তহা-তহাগনু।" মথংদা মীয়ামদা ওনশিল্লগা - "অবা-অনা থিদনা অসিগুম্বা সৎ-সঙ্গসি তোয়না পাঙথোকপিয়ু; ননাই ঐস্বু য়াওজগে" হায়রগা মাগী সুইট-কেসতু পায়খৎলগা চৎপা হৌরকই।

মায়থোঙনা থম্বালবু ঙমজরবী রাধামনি মশমদু লবাইদা বাংনা পুনখৎ, শেৎলিবা ময়াঙ-লং অমদি ইল্লিবা নামাবলি অদুতনা ফিজোল ওই, মখোঙদা চপ্পল ফাওবা তোংদনা স্বামীজীগী মতুঙ ইন্দুনা চৎখ্রে। মখোয়না চৎখিবদু তিল্লিবা মীশিংদুনা তম্মিন-তম্মিন য়েংদুনা লৈহৌখি।




—— লৌইরবা ——

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক

১ । সংস্কার কর্ম্মা পদ্ধতি - ২০০৪
(মুল ভাক্তগী সামবেদীয় অমসুং যজুর্ব্বেদ)

২ । ঐ শিখিরম্বনা হেন্না ফৈ (উপন্যাস) - ২০০৫

৩ । পঙ্চুং (উপন্যাস) - ২০০৯